# নমথাক্কী মায়খুম হাংদোক্লকপদ্ !



মীতৈলোন্দ হন্দোকচব—থোনাওজম অশোক

# নমথাক্কী মায়খুম হাংদোক্লকপদ !

## অপং থাজবগী চংনবীশিংবু
## খোমদংলিব লৈয়ে !

অনীশুব শরুক

মীতৈলোন্দ হন্দোকচব—থৌনাওজম অশোক

নমথাক্কী মায়খুম হাংদোক্লকপদ !





অহানব থুংনম— ১৯৯৬

অকোংব— পব্লিসর, স্প্রিং পব্লিকেসনস

ফংফম— Student Ex. Book Center
Wahengbam Leikai, Imphal
Manipur—795001

নমকম— শ্রেষ্ঠ প্রেস
পাওনা বজার, ইম্ফাল ।

চহী ১৩গী মমাংদগী হৌঁন ঐন চেঁলেঞ্জ কয়ামকম লাওয়কপসিদ চেলেঞ্জ অসিবু মায়েকোং য়াবিব কনামত্ত থোক্লক্নে। অদুবু Challange অসি ঐগী পুন্সিগী অরোইবা মতম কাওব থম্লগে, মসিনা ইউনিভর্স অসিদ Supernatural ওইব কনামত্ত লৈতে হায়বগী খুদম পীব ওইরসনু।

লাইগী খুজিন থৌরাংন থোকহনবনি হায়ন থাজনরিব রাকমশিংনি ঐখোয়ন থওব ওমজিব অরোনবশিংহুনি। মমাংবৈগী ইপা ইপুশিংনা থওদহুন লাইনি হায়জিন্নব কয়া ওসিদি ঐখোয়ন লাই নত্তে হায়ব থওলে। ওসিগী থওদহুন লৈরিব কয়া অসিসু থবনি তুংদদি শোয়দন থওলকনি মতম থেওব ওনবগী য়াওনি। মরম অদুন য়াথলন পাক হেক লাম্ব কংদব ওকচায়ব করিওন্দ অমদ লাইগী খুজিন থৌরাংননি হায়ন হেক্ক হায়জিনবসিদি ঐখোয় তৌদনব হোৎনরসি!

ডাঃ অব্রাহম কোচুর

# ৱাহৈ খরদং

লৈশু লৈতভ করিগুম্ব পোৎশক অমদ কিব হায়বসি অপং থাজনবগী হৌরককমনি। অসিগুম্ব অপং থাজবগী হৌরককম ওইরিব ভুৎ-প্রেৎ, লাই, হেলোই, সৈতান, মন্ত্র-যাদু, হিকাপ তেনকাপ, পোৎশেম, উাশন অসিনচিংবগী মরমদ থাজনরিব ময়ামসি অৱানব রাখল্লোম্মী হায়ব মীয়ামদ খঙহন্নবগীদমক ডাঃ কোভূরন চোকথব নাইদন মপুন্সি চুম্ন হোৎনখি। অকাওব মাইব মাইবী অমদি ধর্ম্মগী পাণ্ডত কয়াগী অৱোনব চালাক ময়াম অম কাহুন মহাক্ন মীয়ামদ কোং-দোক্লকখি। অহুবু চেংগুম শৌবগুম অমগী মথং অম তৌহুন তীনবু লাইপুব কয়া থোক্লকখি। মথোয় পুম্নমক অমমমত ওইন থেংনবদি ওইথোকখিদে। মরম অহুন ডাঃ কোভুরন পৃথিবীসিদ লৈরিব তীনবু লাইপুব পুম্নমক্তী ওইন মখোয়গী মায়োক্ত লুপা লাক্ষ অমগী চেলেঞ্জ লাওখি। মহাক্ন চেলেঞ্জ লাওরব মতুংদদি মালেমসিদ লৈরিব মতীক ময়াই চাওরব লাইওইব কনামত্তসু মহাক্তী মায়োক্ত থোরকখিদ্রে।

অসিগুম্ব অচৌব শিংনব অমগ লোয়নন শন্দোক্লম্মীব রাখল্লোন (teaching) অসি ঐখোয়গী থুম্নাইসিদসু থোয়দোক্ল কাপ্পগদ্রে খঙবদগী মহাক্তী লাইরিক 'Begone Godmen' অসি মীতৈলোন্দ হন্দোকচবনি।

ওসি ঐখোয়গী থুম্নাইসিদসু অন্ধবিশ্বাসকী অচৌব ঈচেল কয়া শাফু কম্ন চেন্থরি। মসিন থুম্নাইসিগী লন-থুম কয়াবু কাওশিংগুম্ন চেন্থখিহুন অৱেম্বদ মাংহল্লি। অহুবু চৎনবীনি খন্দোক্তুন অসিগুম্ব অমাং অতাক্তী থবকশিং অসিবু মীয়ায় য়ানয়ব মওং অমদ কজন চথনরি।

লাইরিক অসিন অপাবশিংবু ভুৎ প্রেৎকী অকিবদগী কোকহল্লব, লায় চৎনরিবশিংসি উহল্লব লোয়নন শেমদোক্লিংবগী ঈহুল কাওহল্লবদি লাইরিক অসি হন্দোকচক্লবগী মহৈ য়াল্লে হায়ন খঞ্জগনি।

মনুংগী লমাইশিংদ অশোয় অৱান য়াওব থেংনবীয়বসু চিংনদন তাকপীরক্কনি খঙ্গে লোয়নন হেন্ন কগৎনবগী রাখলদ কোংদোকপীরকপ রাকম শুদিংমক খন্থোয় শেংন লোশিঞ্জগনি।

—হন্দোকচব—

## য়াওরিবশিং

অহানব তাঙ্কক

# ডাঃ ভগবতম অমস্তুং সত্য সাই বাবা

ইংশোক ১৯৭২ দ "পুনারজনম্ম" ফিল্ম নম্নবগীদমক মদ্রাজ চৎপ মতমদ ইণ্ডিয়াগী টেক্নোলোজি ইনষ্টিটুত, গুইনদি-দ ঐহাক রা ভাংবগী বার্তোন অম ফংখি। নুমিত্তুদ চুম্ন স্নুম রারী রাতাই শাম্নবদ ইনষ্টিটুত অদুগী প্রোফেসার অমন হায়রকখি, "নহায়োল অয়াম্বন সাইন্স অমস্তুং টেক্নোলোজি তম্লীবসি মতুগী অশেংব মহাওতুদ অমদি সাইন্টিফিক্কী ওইব হৈনিংব নত্রগ অপাম্ব য়াওন তম্বসি তাংঙি, শেন্দাল লম্বীগী আশাদ ওইন তৌই। মসিগী মরু ওইব হৌরকফমদি ভারতকী শক্লাইরব সাইনটিষ্ট-শিংন Science খাদোক্লম্নগ Godman শিংগী মীনাই ওইখিবদগীনি। সাইনটিফিককী থবক তৌহুন শেল তানববুদি Godman শিংগী পাও শন্দোকপ agent অম ওইরগ থোক তৌহুন শেল তানবসিন হেন্ন নুংঙাইবজাৎনি।" অস্তুম্ন ঐঙোন্দ মহাক্কী রাখল ফোংদোক্লকখি।

"সত্য সাই বাবা হায়রিব মীওইসি লাইগী শায়োল্ল নত্রগ ***Charlantan*** (মাইবগুমজিং) অমর?" হায়রিব হীরম অসিদ খন্ন-নৈনবগী থৌরম অম পাঙথোক্কদোরি, Article খাবীরকউ হায়দুন ভারতকী মশক নাইব রিক্লি ইডিটর অমন থা খরগী মমাঙদ ঐঙোন্দ চিঠি ইরকখিব লৈ, ঐনস্তু আর্টিকল পীখি।

মহাকন ঐগী আর্টিকল অদু মথং মনাও নাইন খুৎকোং অহুমলক্ত পুথোরকখি। মদুদ হান্নগী ইণ্ডিয়া গভর্নমেন্টকী এডভাইজর ওইরম্ব ডাঃ এসঃ ভগবতম, M.S C., D. SC., Ph. D., ন আর্টিকল অনীথোক্ল ইদুন ঐগী থেসিসতুদ (article) মরৈ য়েৎলকখি।

ডাঃ ভগবতমস্তু নহা ওইরিঙৈদ Rationalist ওইরম্বী অদুবু সাই বাবান তৌব মিরাকলশিং উক্লবদগীদি মহাকন Rationalism বু

থাদোকখি কায়না মহাক্কী লাতমহু ইব হৌরকখি। মথংদ সাই বাবান উৎখিব মথল মখাগী ওইব মিরাকলশিংগী মরমদ ইরকখি। উৎলিব মিরাকলশিংহু অচুম-চুমদ লেপখোক্লব খিজিনব চৎলুই হায়নগদি শুকপন পল্লক্তে। করিগুম্ম মী অমন ধর্ম্মগী অভাও লাই চুথ্রবদি নত্রগ শেল থুমগী কল্লক মীহৌবন থুমহৎথ্রবদি অকব সাইনটিষ্ট অম ওইরকাওবদ করম্ম unscientific ওইরকপগে হায়বহু আর্টিকল অসিন ময়েক শেংন উৎলি।

ডাঃ ভগবতমন পনখিব মিরাকলগী ৱারী ময়ামহুগী মনুংদ অমতংদি ঐন খিগৎলুবদ মরী মখোঙ কংখি। ৱারীহু মখাদ থমজরি :—

"চহী খরগী মমাঙদনি, পৃথিবী শিন-থংন ক্ষাওরব জপানগী ঘড়ি শাব মুপা অমন ভারতত্ত কোয়্যরকপদ অকি-তুজুংবগ লোয়নন সাই বাবাগী মঙাল কংজখি, অঙকপ থৌদোক্লি!" অশুম্ম হৌই।

"মথল মখাগী ওইব seiko ঘড়ি কয়ামুক শারব তুংদ মহাকন খ্বাইদগী কব মোডেল অমগমুক শারে। অহুগ ঘড়িহু টেষ্ট তৌনবগীদমক হায়হুন মহাক্কী উপু মনুংদ চেকশিন্ন থম্লম্মী। তাল্লকসিদ মহাক ভারতত্ত কোয়্যব লাক্লম্মী। ভারতত্ত কোয়্যরিঙৈ মতমদ থোয়দোক্ল খঙনিংলুবগীদি নত্তন নোংম চুম্ম স্থুম সাই বাবাগী মনাক্ত চঙলুই। লাইনিংলোয় মরক্ত জপান মচা অম য়াওব উবহুদ সাই বাবান নুংশিত্তগী অপীকপ পোৎশক অম শৎ লৌশিল্লকখি অহুগ মাঙোন্দ পীরকখি। মহু হাংদোক্তুন য়েংলুবদ জপান মচাহু পুমঙক ঙকথ্রে। পোৎশক্তু মহাক্ল উপু মনুংদ থম্লম্ম ঘড়িহুমক ওইরম্রে। ঘড়িত্তুগ লোয়নরিব সিঙ্ক রিবোন অমদি ঘড়িগী অনৌব মিং অমদি অনৌব মমলনচিংব থারিব লেবেল, পুম্মক করিমত্ত কায়দন চপ মান্নরমবহুদ সত্য সাই বাবাগী divine power গী মরমদ থাজরমদব অহু খুদক্ত মাংখিহুন জপান মচাহু সাই বাবাগী মখোংদ তুথহুন খুরুমজখি। নুমিত্তুদগী হৌন মহাক ভগবান্দ থৱাই হকচাং লুপ্লব লাইনিংলোই অম ওইখি।

"জপান্দ হল্লক্লগ য়েংবদ মহাক্কী উপু মনুংদ থন্নম্ব ঘড়িহু লৈরমগ্রে। মহাক্কী পার্সোনেল সেক্রেতরিন পাও তম্বহুদন মহাক অমুক হেন্ন ওকখ্রে। সেক্রেতরিহুন অম্মম্ন তম্মী মহুদি লাইগী শকক্ম ওইন তৌব মশম মনা ইফা কাব নুপা অম নোংম ওফিসত চংলকখি অহুগ উপুহু হাংদোক্লুন ঘড়িহু পুখি।" অম্মম্ন ৱারী লোইশিল্লী।

ডাঃ ভগবতমগী মশাদ থিজিন্নিংবগী ইহুল অমত্ত কাওত্রবজাংলে? অসিগুম্ব মথলগী ৱারিসি লৌহুন মিরাকুলাস পরারগী প্রমান পীরিবনিকা হায়ন তৌরিবসিবু সাইন্টিষ্ট খুদিংমক্ক হেক্ত য়ারগত্র? সুকখি থিজিন্দন অমম্বগী থৌদোক খরদ য়ুক্ষম ওইরিব ৱারিসি সাইনটিষ্টকি একাডেমিক থোডিন হেক্ত থাজরগত্র? ডাঃ ভগবতমন Godman শিংন তৌরিব Miracle শিংবু ইনভেসতিগেসন তৌব তল্লবম্মু ইশামক্ক তৌজরগে খন্দুন ঐন মখাগী চিঠি অসি মাঙোন্দ ইখি:—

Dear Dr. Bhagavantham,

জপানগী নীপাহুন মহাক্কী জপান্দ লৈব উপুদ থম্ব ঘড়িবু ভারত্ত সাই বাবান নুংশিত্তগী পুথোকখি হায়ব নহাক্কী ৱারী অহু ঐহাক পাজরে। শেমজিন শাজিনব মানব ৱারীহু চাংয়েং ইতৌ তৌদন Scientific কী মীৎয়েংন চুম্মী হায়ন লৌশিনব ঐদি ওমদে। মহাক্কী পার্সোনেল সেক্রেতরিন তল্লীব পাও অহুন ঐঙোন্দ অমুক হেন্ন চিংনহল্লী। শখঙদব মী অমন ওফিসত চঙলীক্লগ উপু হাংদোক্লরবদি মথৌ মশক খঙব সেক্রেতরি অমন বেল খীঙহুন পুলিস কৌরোইদবগী মরম লৈতে। সাইনটিষ্ট অমন অসিগুম্ব মঙদ মঙ্গ্রা তানবগী ৱারী অসি অচুম অরান য়েংশিন্দন থাজরবদি unscientific ওইরে হায়ন লৌজে। অহুন ঐহাক খিগৎচগে, চানবিহুন নহাক্ক জপান মচাহুগী মীং অমদি লৈকম খঙহনবিরকউ।

ৱাক্মসিগী লংলা লংজিন থুপচিনবিহুন ঐন খিগৎপসিদ নহাক্ক তেংবাংবিত্ররবদি নহাক্কীহু তশেংন অচুম্ব ৱারীনি হায়ন লৌজরোই।

লোয়নন সাই বাবাগী মরমদ অদোম্ন হায়রিব পুন্নমক থুপচান্নবনি অমদি মথোই হাপ্তুনা অরানব রাপাও শন্দোকপনি হায়ন লৌগনি।

নহাক্কী অচুম্ব থিরিব

Sept. 11, 1973 Abraham T. Kovoor
"Tiruwalla," pamankada Lane,
Colombo-6,

থা অনী হেল্লব ক্কাওবদ ডাঃ ভগবতমদগী পাওথুম অমত্ত লাকখিদে অহুন ইশান থিজব তাখি। শ্রীলঙ্কাগী জপানিজ এম্বেসি অহুন চানবিবদগী seiko ঘড়ি শারিব ফার্ম মপুগী মীং অমদি এড্রেসনচিংব ঐহোন্দ কজন পীবিরকখি।

K. Hattori & Co LTD কী প্রেসিডেন্ট Mr Shoji Hattori দ ১৯৭৩ গী ওক্তোবর তাং ৩০ দ ঐন চিঠি অম ইখি। মহুদ ডাঃ ভগবতমগী Miracle গী রারিহু পনখি। মখাগী রাহং থরসিস্থ হংখি।

১। করিগুম্ব মতমদ ভারতকী সত্য সাই বাবাগ অদোমগ নত্রগ অদোমগী কনাগুম্ব মীওই অমগ উন্নখিব লৈত্র ?

২। সাইবাবান মুংশক্তগী ঘড়ি অম পুথোক্লুন অদোমদ নত্রগ অদোমগী কনাগুম্ব মীওই অমদ পীরকখিব লৈত্র ?

৩। শখঙদব নীপা অমন উপু হাংদোক্লগ ঘড়ি পুথ্রে হায়ন অদোমগী personal secretary ন নখোয়গী কনাগুম্ব মীওইদ নত্রগ অদোমদ পাও তমখিবগ লেত্র ?

৪ অদোম নত্রগ অদোমগী কনাগুম্ব মীওইশিং সাই বাবাগী লাইনিংলোয় ওইব য়াওত্র ?

পাওথুম ফংখি। ভারতকী ইপং পংজব লাইনিংলোয়শিংবু মীৎ পাঙথোকহন্নবগীদমক Mr. Hattori গী পাওথুমদু মখাদ থমজরি। মসি, charlantan শিংন লাইগী কিজোল শেত্তুনা চৎপা মকম থুদিংমক্ত ডাঃ ভগবতমগুম্ব ওইদব পরেং শন্দোকপ অমদি ওইজ ওইথক তানব এজেন্ট কয়ামরুম অম লৈ হায়বসি মীয়ামদ খঙহন্নিংহুন হোৎনজবনি।

To.

Dr. A. T. Kovoor,

Pamankada Lane,

Colombo—6' Sri Lanka.

Dear Dr. Kovoor,

অদোমগী ওক্তোবর তাং ৩০ গী চিঠি অহুগীদমক তশেংন নুংঙাইজে, Paranormal ওইবা রাকৎশিংদ scientific research তৌবিবগীদমক অদোমবু থাগৎচরি। অদোমগী চিঠিদ পনবিরকখিব Mr. Sai Baba অহুগী মরমদদি ঐহাক মখা তান করিস্নু হায়ব ঙমজদ্রে। মরমদি ঐহাক ইশামক অম্রদি ঐগী ষ্টাফকী কনাগুম্ব মীশক অমত্তগ হায়রিব মীওইত্নুগ শকখঙনদে। রাফমত্নু তশেংন য়ুক্ষম য়াওদবনি হায়বসিমদি ঐন মম্লেক শেংন হায়ব ঙম্মী। মরম অহুন খোদোক্তুগী মরীদ হংবিরকপ রাহং পুন্নমক ঐখোয়গ মরী লৈনদব ঙাক্তনি হায়ন পাওখুম পীজরি।

অদোমগী

SEICO

K. Hattori & Co , Ltd.

Sgd. Shoji Hattori, President,

5, Koyobashi-2-Chome, Chuo-Ku,

Tokyo—104,

Established —1881,

Cable : Hattori Tokyo

November 8, 1973. Phone : Tokyo 563-2111

ঐন চিঠি অসি ক্ষংবগ photostat copy অমগ সোয়নন ডাঃ ভগবতমদ অস্নুম্ন ইখি :—

Dear Dr. Bhagavantham,

জপানিজ ঘড়ি শাবদুন মহাক্কী উপু মনুংদ থমজয়ম্ব ঘড়িবু সাই বাবাদগী কংঙি হায়ব ৱারীদু অচুম্ব ওইরম্লোই হায়বসি নহাক্ন পাওখুম পীরকখিদবদুদগী চিংনব হোৌরবনি। মথা তান ঐন থিজিনবদগী শ্রীলঙ্কাগী জপানিজ এম্বেসিদগী address কংখি।

ঐগী ৱাহংদ K. Hattori & CO LTD. কী প্রেসিডেন্ট, Seiko ঘড়িগী মপুম্ব ওইরিব Mr. Shoji ন ইরকপ পাওখুমদুগী photostat copy অমম্তু হাপচরি

করিগুম্ব Mr. Shoji অসি নহাক্ন লৌখিব ৱারিদুগ মরি লৈনদব মীশক ওইরবদি চানবিদুন নহাক্ন খঙব অশেংব মশক মমীং অদু ঐঙোন্দ খঙহনবিয়কউ। চিঠি অসিগী পাওখুমম্তু করিগুম্বদ হল্লক্রবদি নহাক অসি, থোক তৌদুন মীংচৎ ফংনব হোৎনব সাই বাবাগী ৱাপাও শন্দোকপ Agent অম তশেংন ওইরে হায়ন লৌগনি।

অচুম্ব থিরিব নহাক্কী
অব্রাহম টি কোভুর

চিঠিদুগী পাওখুমম্তু অদুমক হল্লকখিদ্রে। ডাঃ ভগবতম অসি charlantan (মাইব-গুমজিৎ) সত্য সাই বাবাগ লৌতুনরগ মশাগী কান্নবগীদমক অরানব ৱাপাও শন্দোকপ মীশক্তি হায়ন ঐন থল্লম্বদু হোৌজিক্কি ময়েক শেংলে।

অনীশুব তাঙ্কক

# শেরান্নন খণ্ডব

শ্রীকে পি কেসাভা মেনোন্ন মহাক্কী ৮৩ শুব মপোক কুমওন নুমিত্ত ইব রারেং অম ভারতকী চেকোং অমদ ঐন থেংনখি। শ্রীমেনোন অসি শ্রীলঙ্কাদ হান্ন ভারতকী হায়-কম্মিসনর ওইরম্ব মীশক্তি, মহাক অইবনি, মরৈবাক নীংব মীনি, ভারতকী অহানব জর্নেলিষ্টশিংগী মন্নুংদম্ব অমনি। মহাক্কী খুৎইবু মীয়ায় থরাই য়াওন পানৈ অমদি ভারতকী মীওই লাক্ষ কয়াগী পুকনিং লৌশিং পীব ওম্ব অইবনি হায়ন ময়ামন শিংথানরিবনি। মহাক্ক ইরকখিব রারেংহু মথাদ থমজরি:—

"মী অমগী থাজব হায়বসি মী মশামক্তুন থেংনজরুব থোদোক রাথোক্তুগী মতুং ইন্ন ওইরকপনি। চপ মান্নব থোদোক অমদ নহাকন খণ্ডব ওমহৌত্রেব পোৎশক অম অতোপ্প কনাগুম্বন খণ্ডলক্লবদি মহুবু লাল্লি হায়রুব য়াগত্র? নুমিদাংদ ঐন অতিয়াদ য়েংব মতমদ থরানমীচাক অমকাওব উব ফংদে মরমদি ঐহাক হৌজিক মীৎ তাংলে। করিগুম্ব ঐগ কম্মীন্নরিব মীওই অমন হায়রিব অতিয়াসিমক্তদ পুম্নং লংলব থরান-মীচাক মিলিয়ন কয়ামরুম উব ফংডি হায়ন ঐঙোন্দ হায়রক্লবদি ঐন মাবু ওইদব ভাংই হায়হুন মরাল পীব য়াগত্র? অহুগ অতোপ্প মী অমন অমুক তেলিস্কোপকী মতেংন য়েংলগ, থরানমীচাক অমুক্ত হেন্ন য়ান্ন উই হায়রক্লবদি মহুদ ঐন— মখোয়ন উরিবশিংহু রাখলন পংথন খনজিন্দুন উরিবনি হায়ন য়েৎলুরবদি ঐবু চুমগদৌরিত্র? মী পুম্নমক সেন্দো নত্রগ জো লৌউইসকুম্ন মপাঙ্গল কন্দে। হায়রিব অকনব মীওইশিংসিম্ব রামা-নুজা নত্রগ ইন্সটাইনগুম্ন পুকনিং লৌশিং চঙখোন্দে। করিগুম্ব হায়রিব রাকম অসি য়াবিরবদি মীওই খরন অতোপ্প মীওই খরদগী স্পিরিচুয়েল পরার অমদি experience হেন্ন লৈরমকম থোকই হায়বসি য়েৎনিঙাই লৈতে। মসি ঐগী থাজবনি, অসিগুম্ব রাখল অসি খনবদ ঐদি পুক্লিং

পোত্থাজৈ অমদি নুংঙাইব কংজৈ : মতৌ অম্বুম্ন করিগুম্ব থাজব খরগী পাম্বৈ শীজিন্নহুন ইংন চীক্ল মপুন্সি লেন্নব হোৎনজরিব অহু থ্ৎগাইনব-গীদমক ঐন করিগী শিংচেপ থাজিল্লৎগদৌরিবনো ?”

শ্রীমেনোন্ন হায়রিবসিবু করিনো ! শাথীন শোয়রে, হায়কেৎ রাখল খল্লব মীওই কাওবদস্মু মহাকী মরৈ অসিন হুমহুন পুগনি।

হকথেংনব লৌশিং (experience) নত্রগ খঙব (perception) হায়বসি মখল অনী গুই, মহুদি— Subjective অমদি Objective।

Objective Perception হায়বসি ঙসাইগী মীৎন নত্রগ তেলি-স্কোপকী মতেংন নোংথক্ত খরানমীচাক উবহুবুনি, মহু অচুম্বনি লোয়নন ঙশেংলবনি মরমদি অতোপ্প কনাগুম্ব অমনস্মু খরান্মীচাক্তৎ উব্র নত্রগ উদত্র হায়বহু অমুক হন্ন য়েংব য়াই, অমরোমদ Subjective experience হায়বসিদি অচুম্ব ওইববুদি য়াই অহুবু ঙশেংনমক শোয়জে হায়বদি লৈতে মরমদি মহুবু চুম্মী চুমদে য়েংনবগী পাম্বৈস্মু লৈতে।

খুদম ওইন পীক্লিব অঙাং অম তুন্ন তুন্ন কমুংদ মপান থোকচিনবগী লায়না-ন নায়ে খল্লসি। মহাকী খঙদব মমা-মপাশিংন অয়ুক খুদিংগী মাঙোন্দ চৈ-ঙাংবিরম্ব য়াই। অঙাংন করম্ন কমুংদ মপান থোকচিল্লি ? কিডনিদগী য়ুং অহু লিক্লাগুম্ন মরিক মরিক চুমথরক্তৎন য়ুংগী খাও অহুদ শুম শুম চেন্থরকই। খাও অহু থল্লকপ মতমদ sensory nerve শিংন লেক্ষৎদ য়াম্ন থৎন পাওহু পীরুগনি। মহুগী পাওহুন অঙাংহুগী রাখলদ মঙ অম ওইহল্লকই। মঙহুদ মহাক্ল কমুংদগী কুমথরগ ইউরিনেলদ চৎকনি অহুগ মকমহুদ মহাক্ল য়ুং হানগনি।

অঙাংন মিকপ থোক্তি্ৎঙৈ অয়ুক্ত কনাগুম্বন অঙাংহু পমখৎপীরগ অচোৎপ ফিদক্তৎ অকংবন মহুৎ শীজিনবীহুন অঙাংহু অমুক হন্ন কমথক্তৎদ তুমহল্লবদি মহাকন মীকপ থোকলকপ মতমদ মহৌশাগুম্ন ইকিং কিংন কমুংদ মখুৎন মাহুন য়েংগনি। কমথক অহু ইকং কংন লৈরম্ব থেংনবদ মহাক হরাওবগ লোয়নন কমুংদগী চোংথরকনি অহুগ মমাদ পাও তম্নগনি, “ইমা, ঙরাং নুংদাংদি ঐ কমুংদ য়ুং হাঞ্জিল্লে, মপান্দ চৎলগ হাল্লৎরে।”

অঙাংসিন তমজরিব পাওসি অচুম্বনি অদুবু অশেংবদি নত্তে। চুম্মী হায়বদি তাই মরমদি মসি অঙাংদুগী subjective experience নি। অদুম ওইনমক তশেংবদি নত্তে মরমদি অঙাংদুন কমুং মথক্ত মপান খোকচিনখি হায়বসি খিগৎপদ ঐখোয়ন শোয়দন খেংনগনি। মসি শেরাম্নন খঙব অচুম্বনি, অদুন মসিদ খাজবগী যুক্তম শাগৎপ য়াদে।

শেরাম্নন খঙব নত্রগ উব হায়বসি মখল অহুম খোক্ত খায়দোকপ য়াই, মদুদি— Illusion, Hallucination অমদি Delusion।

Illusion হায়বসি অরানব Sensory experience নি। Hallucination অসিসু ফিজিকেল, chemical, biological অমদি সাইকোলোজিকেলগী ঈথিলশিংন খোকহনব অরানব mental experience শিংনি। অহুমশুবদ- Delusion হায়বসিন তাকপী তম্বীবদগী অমদি লাম্ন খাজহনবদগী রাখলদ পকশিনখিব শেরাম্নব মমিশিংদুনি।

অহানবদ, Illusion হায়বসি নৈনসি— ঐখোয়গী ইন্দ্রি মঙাগী মতুং ইন্ন মসিবু মখল মঙা খোক্ত খায়দোকপ য়াই, মদুদি- মীৎন উবগী illusion, নাকোংন তাবগী illusion, শোকপ-খেংবগী illusion, মনম নম্বগী illusion অমদি রাহৈ নত্রগ লোলগী ওইব illusion।

সুংশা কন্ন শাব মতমদ কোলাস খাব লম্বীদ লাপ্ন য়েংবদ ঈশিংগুম উরিবদু মীৎয়েংগী ওইব (optical) illusion নি, মদুবু ময়ামরিচিকা হায়নসু খঙনৈ। অরাপ্পদগীদি মদু তশেংন ঈশিং মাল্লী।

হৈক্রু চারব তুংদ ইশিং থকপ খুম্নীবসি চীনগী ওইব illusion নি তশেংনমক্তি ঈশিং অদু খুম্বদি নত্তে, অদুন মসি illusory experience অমনি। হৈক্রুদি চাদন ঈশিংদুতং থক্লগ মদুগী অচুম চুমদ কনান হায়ব ঙমগনি।

নৈন্সু নৈতব ভুত প্রেত, সোইতান, হেলোই অমদি লাইমুনচিংবদ খাজরিব মীওইশিংন নুমিদাংদ নত্রগ অমম্ব মকমদ চৎপ মতমদ শারোই ঙারোইশিংদু মখোয়গী মীৎমাংদ খোক্লকপ য়াই। মদু optical illusion নৈবদগীনি। পীশক পীক্লিডৈদগী খুৎশেমগী অকিবসি

মকোক্ত হাপ্পিনবিগ্রবনিন মখোয়ন উৱিব পোৎশকুশী মনাক্ত নকশিন্ন চঙহুন য়েংলুনবগী থোনাহু লৈজদে। অসিগুম্ব মশেন মরাংব তম্মলাই উৱিব মীশিংসি optical illusion নত্ত্রগ Hallucination লৈব মীশিংনি। রাকমসি থোনা লৈন অমদি Scientific ওইন থিজিল হুমজিল্লুব মীশিংতন থঙব ঙম্মী।

মেজিকসিয়ানশিংন মমীৎ মনা লংথোক্লিব নত্ত্রগ ধর্ম্মগী কিজোল শেত্তন মীবু থক লাওহল্লিব অসিনচিংবশিংসি optical illusion ঙাক্তনি। মেজিকসিয়ানশিংন নত্ত্রগ মিরাকল পাকে'ামারশিংন মখোয়গী হকচাং নত্ত্রগ কিজোলশিংহু অমুক্তং চেক তৌগে হায়ব শুকয়া য়ারোই মরমদি মখোয়গী অরোনব ময়াম অম মখোয়ন শেৎ ইল্লিব কিজোল মরক্তুদ ফুমহুন থম্মী !

হৌজিক হাল্লুসিনেসনদমুক য়েংলসি ঃ— মমাঙদম্ হায়খ্রে হালুসিনেসন হায়বসি অরানব রাথলগী experience শিংনি, মসি হকচাংগী কেমিকেল, বাইওলোজিকেল, অমদি সাইকোলোজিকেলগী ওইব কিভম্‌শিংন থোকহল্লকপনি।

হকচাংগী ওইব ঈথক ইপোম ঃ—সুইটজার্লেন্দগী রাণ্টর হেস, য়ালে ইউনিভর্সিতিদগী জে ডেলগাদো অমদি মেছিগান ইউনিভর্সিটিদগী জেমস ওলডসনচিংব ডাক্তরশিংসিন লাও-খোংব, অকিব, চাক লায়, অরাব, তুম্ব, থরাই নুংঙাইতব, থমথেংন হরাওব, নুংশিব, নুংশি নুংওনগী রাথল, খোয়রাংব, শাঙব, মরুপ মপাং ওইমিন্নবগী মওং, কি তুকৎচব, মৈচাক, অপেনব অসিনচিংবশিংসি electrical impules শিংন মথল মথা অয়াম্ব ব্রেনগী মফমশিংদ stimulate তৌহল্লগ মী অমদ হায়রিব কপ্প নোকপনচিংব থৌদোক ময়ামসি থুদক খুদক্ত থোকহনব য়াই হায়ন চাংয়েং তৌহুন উৎখ্রে।

ত্রম থীনব, ময়াম চঙহুন থুপাক খব, প্লোক থীব, ঈশৈ শকপ, শৈরেং থীব, প্লোগান লাওব, জগোই শাব, হকচাং নীক খোৎপ, চাথোকদোবমখৈ শংত্রিক য়েংব, মচু মচু নত্ত্রগ লংত্রিক লংব মৈ

কাপশিনব, অঙৌব লৈমাইদ অমুব দাগকম তাহনব অসিনচিংব ময়াম অসিনম্মু hallucinatory experience (মীৎ থকপ) থোকহল্লি।

ভূতকী জগোই, voodoo dances, Rock'n roll, Baila twist, kavadi dances, kolam dance, লাইশঙদ পুজা তৌব, ধর্ম্মগী ওইব মীতিন, লৌরোক পাম্বাগী কুম্মৈ, ক্রিকেট শান্নব, মৈথক্ত চৎপ পোপ মিউজিক, হায়রিবশিংসি য়েংবদ রাখলদ চঙক মাইঙরুব কিভম অম তৌরিবসি nervous system গী rhythmical stimlation ওইবদগীনি।

হৌজিক পোৎশেমগী ওইব মতীক ময়াইদমুক য়েংশি। ঐখোয়গী অহল লমনশিংন অা মথাই থাইনদগী হৌন তোড়ি, আরাক, কানি গঞ্জানচিংব চাহুন হালুসিনেসন ওইহনবগী লৌশিং শিজিন্নরম্মী। মসি সিনহল্লিশিংদন অথানা অহুগ তামিলদন পুমাথাম্নার হায়ন খঙনৈ।

মাদ্রাজকী মুথ়ুমুদানি খ্রিস্ত লৈব বালাজি তেম্পল হায়বসি তামিল নাহুগী মনুংদ হৌনহুগী খ্বাইদগী মমিং চৎপ লাইশঙনি। লাইকম অসিগী প্রসাদি চাবদ পুক্নিং রাখল থুৎনুংঙাই অম তৌই হায়বগীদমক লাইকমসি মমিং চৎলিবনি। প্রসাদি হায়বসি ভক্ত ময়াম শেল কৎলম্বহুগী মহুৎ ওইন লাই পাম্নরিব অহুন মীয়ামদ য়েনবীরকপ লাইগী চীঞ্জাক্তনি। ১৯৬৩, মেগী তাং ৭ ত সেবা কংলিব মপুহু গঞ্জা গ্রেইন ৩৯৬০ গ কোম্নন পুলিসন ফাখি। সাধু অসিন প্রসাদিদ গঞ্জা হাপচিল্লি হায়বসি চপথৎপদগী খঙলকখি। তশেংবনি, ধর্ম্মগী পংথহনবদ গঞ্জাগী শীজিন্নকমসি মহাক কজন খঙব জাৎনি।

হৌজিকী মতমদন L.S.D. (Lysergic acid Dithalamide) মারিজুআনা, হিরোইন, মেসকালিন অসিনচিংবসি মেন্টেল বুষ্টর ওইন শীজিন্নৈ অহুগ Lagerctil, librium, Vallium, Miltown, Amital Sodium হায়রিবশিংসিস্মু মোল্লং চুহনবদ নক্লগ পংথহনবদ শীজিন্নৈ। L.S.D. খজিক্তং চারব তুংদ মশাগী হকচাংদগী মহাকী থরাইহু মপান থোক্লকই অহুগ অহাংবদ লেপ্তুন লৈ অমদি মশাগী অশিব

হকচাংবু মমিংময় উরকই মতুদ মহাকন পাখত্তুনা লাওই হায়রব ডাঃ অলবার্ট হোফমেন্ন মশামক্ত থেংনরকপ experience কী মরমদ হায় ।

L.S.D. মকুপ মিলিয়ন অমন মী অমবু হালুসিনেসন ওইহন্দুনা য়ায় নুংঙাইব অমদি সিজোফ্রেনিয়া ওইব কিভমদ লৈহল্লি মতুন ধর্ম্মগী অঙাও লাই চুব হেনগৎহল্লি । Schizophrenics অমদি religio-mania ন নাব মীওইশিংগী ঈদ য়াওরিব L.S.D. গ্রুপকী কেমিকেল মচল-শিংসি য়েংলগ ডাঃ কাসটেল অমদি ডাঃ হুইডলি-ন হায় মতুদি সাধু, সন্ন্যাশি অমদি লম্বোইবশিংন পুজা তৌবদ নত্রগ মাইবীন জগোই শাব উবদ অয়েংব কনাগুম্বসু জগোই শাব য়াওশিল্লিবতু মখোয় মখোয়গী বোডি কেমেষ্ট্রিশিংতু (মথুম মরাং হোৌরকপদগী) মখোং মরম খঙলক্তবদগী তৌরিবনি ।

হোৌজিক বাইওলোজিকেলগী কিভম্ন থোকহনব অতুমগুব মখলগী stimuli অসিমুক লৌখত্তুনা য়েংশি :— কানাদাগী ওরলান্দো মিল্লর অমসুং এল্লেন কিসর কৌব প্রোফেসার অনীসিন ক্রোমোজোমগী কিভম কায়বদগী (abnormal) মীওইবগী হকচাংদসু abnormal ওইরকই হায়ন পুথোকখ্রে । মীওইবগী মশাদ য়াওকম থোকপ XX ক্রোমোজোম জুরা ২২ অমসুং XY ক্রোমোজোম অম লৈবগী মহুত্ত XX ক্রোমোজোম জুরা ২২ অমসুং XYY অম লৈরবদি মীতু অনম অহা চুই ।

হকচাংদ ভিটামিন অমদি Enzyme রাৎপদগীসু রাখল শোই-নাইবসি থোকহল্লি, বেরি বেরি হায়ব লায়নাসি ভিটামিন B রাৎপদগী থোকপনি, পেং চোইব অসি লায়নাসিগী মতুং চল্লি । Pellagra হায়ব অঙাওবগী লায়না অসিসু ভিটামিন রাৎপগ মরী লৈনৈ । অসিগুম্ব অনাবশিংসি ভিটামিন মতীক চান পীজহুন লায়েংবীরগ মহৌশাগী কিভমদ অমুক হন্থিলহনব য়াই ।

Endocrinal gland শিংদগী হোর্মোন মতীক চান পুথোকপ ভমজবসু enzyme অমদি ভিটামিন রাৎপগী লাইওং অতুগুম রাখল

শোইনাইহল্লি। ঐখোয়গী হকচাংগী পেরাথাইরোক্সিন হায়বদি পেরা-থাইরোদ গ্লান্দন হোর্মোন মতীক চান পুথোকপ ঙমজ্রবদি শাথিব অঙাঙব অম ওইরক্নি।

অমুকখক ঐগী ইমুংগী নুপীমচা অম (ঐগী) শিগ্রব ইমাগী স্পিরিতপু মহাক্ন অতিয়াদ য়েংখৎপ খুদিংগী হেক হেক উই হায়দুন তৌবদগী ঐন য়ুমদগী ( কেরেলা ) সিলোন্দ পুরকখি। মেডিকেল চেকঅপ তৌবদদি পেরাথাইরোড বেরা লৈরয়ে, অদুন কেলসিয়ম হেন্ন পীজদুন লায়েংবিরে। মহাক্না হকচাং কয়ব তুংদদি শিগ্রব ইমাগী spirit হেক হেক উবদু তোকখ্রে।

হৌজিক সাইকোলোজিন খোকহনব ক্ষিভমশিংসিদমুক য়েংলসি—করিগুম্ব সজেসন অম তৌদুন ঐখোয়গী পুক্নিং অসি থুক লাওহনব য়াই হায়বসি সাইকোলোজিদ ময়ায় খঙনরব য়াকমনি। হায়রিব সজেসনশিং অসি Auto-hypnosis নত্রগ hetero hypnosis ন তৌব য়াই। Hypnotism ন য়াখল চোইব কহনবগুম hypnotic সজেসনস্সু psychic অমদি psycho somatic কী ওইব অনাবশিংবু কহনব ঙম্মী।

ধর্ম্মগী লান চৎনরিব অমদি থাজনরিব ময়ামসি হীপনোসিসকী মোং হাদন চেন্থরকপ ঈচেলনি। অঙাওবগুম য়া ঙাংব, লাইয়োন তীল্লোন শোনবনচিংবসি সাইকোলোজিদ য়াসোলালিয়া হায়ন খঙনৈ। পুজা তৌব, খুরুম্ব, ডেভিল ডান্স, মন্ত্র-যন্ত্র শোনব, লাইদ চাকথা পীব, লাইফম চৎপ, বলি কৎপ, লাইফমগী ঈশিং থকপ নত্রগ ইরুজব অসি-গুম্বশিংসি তৌরগ অনাব কহল্লি হায়রিবসি করিস্সু নত্তে auto নত্রগ hetero hypnosis কী মহৈনি।

কয় ধ্যান তৌদুন অমদি মন্ত্র শোন্দুন মী মশান মশাবু হীপ্নোতাইজ তৌজব য়াই। মী অমন ধ্যান তৌরগ নত্রগ লাই তোংলগ ঙাওলক্লীব-শিংদু লাইগী পাওদমখোল নত্তে মহাক্না ককঙাওনয়ব মপুক্নিং অদুদগী থোক্লকপনি। L.S.D. অমদি গঞ্জা শিজিন্নরগস্সু হায়রিব চোই-য়োলশিংসি অদুমক থোকচরকই। মেডিতেসন তৌরিব নিউরোতিক

অমদি সাইকোতিকশিংন— মখোয় লাইপাও পীব ওয়ে, মণ্ডাল কংলে, কংঙমদব মিরাকুলাস পরার অমদি খণ্ডব অমদি খণ্ডঙমলোইদব পুন্নমক খণ্ডনবগী power কংলে হায়ন লাওরিব অহু সাইকিয়াত্রিষ্টশিংগী হৈনজব শিনফমনি অহুন ঐখোয়ন মখোয়দ খুক্লমহুন বোর নিবদ করিস্থু কাম্নব কংলোই। ধর্ম্মগী মনুংদ তোঙান তোঙানব রাখল্লোন খোক্লক্লীবসি মখোয়গী কাউন্দরশিংগী মথল মখাগী ওইব খুৎভাওশিংহুগী মতুং ইমনি।

অয়োইবদ অহুমশুব মথলগী শেয়ান্নন থাজব (delusion) অসিমুক লোৎখহুন য়েংশি—

Delusion হায়বসি পীশক পীক্লিভৈদগী হোৌন মতম কুইন তারক্লীব লাম্ন থাজনবীগী য়ারী শিংবুল অহুবুনি। খুদম ওইন—ভুত প্রেত, সৈতান, এঞ্জেল, পাঞ্জি, খুবাক ময়ী য়েংব, numerology, ভুত শাম্নব, মন্ত্র যন্ত্র, হুইকাপ তেনকাপ, সাপ তৌব, বোর পীব, হীংচাবী চঙব, বলি কৎপ, লাইকম চৎপ, চীং-কাব, লাইগী মনাই, লাইফমলেন, উমংলাই, শয়োই-ভায়োই লাইগী পোৎ, লাইগী মতম, লাইগী ঈশিং, র্শগ, নোয়োক, পতাল, অমুক হন্ন পোকপ, তেলিপাথি, অসিনচিংবশিংগী মরমদ থাজনরিব অসি শেয়ান্নব থাজব ওাকুনি।

শ্রীমেনোম্ন হায়রিবহুদি ইশাগী পুক্লিং ইং-চীক্ল লৈনবগীদমক অপং থাজবি অমদ লুপ্তন লৈজরবস্থু করিস্থু কায়দে হায়বনি। মহুগীদমক্তি করিস্থু য়ানিঙাই লৈতে L.S.D. গঞ্জা, কানি, য়ু, হেয়োইননচিংব শিজিন্নরবস্থু অহুমক য়াগনি। মতাংসিদ খন্ননিঙাই ওইরিবদি কংলিব experience শিং অহু পুক্লিং নুংঙাই-নুংঙাইতে হায়বগী য়াকমদ নত্তে মহু চুমত্র নত্রগ চুমদত্র হায়বগী মরমদনি।

অহুমশুব তাঙ্কক

# সাধু অমগী অঙকপ লায়েং

নুমিৎ মখিনী চুপ্প শাথীন কোক চীকলব ভুংদ মহাক্কী অনাবহু হৌই। খবর পারগ অনাবহু খঙিনব হোৎনৈ। অস্থুম কোক চীক্লকপ খুদিংগী খবরত্ত পাবদ মাঙোন্দ খবর পাবগী নুংশিৎ অম চুপ্রে। তুমবু তুমত্রবদি খবরত্ত পাহুন লৈ অহুবু পারিবহুদি মখা ইচৎ চথদে। অয়ুক্কুগীন নুমিৎ তাব কাওব মথুত্ত খবর অম পায়রগ চৌক্রিদ লেঙদন ফমহুন লৈ। চেনাহুদ নুমিৎ চুপ্পহুম পাই, নত্তে পেরাগ্রাফ অমত্তদনি, নত্তে নত্তে! শুপ্পগী রাহৈ অমত্তদনি মহাকন পারিবহু। মহাক্কী মমিৎতু স্পোৎ অমদ অহুমক য়েংহুন লৈ।

মমান মহাক্কী পামজরব চৌক্রিহুদগী চিংখৎলগ চাক পীজনব য়ায় রান হোৎনজৈ। মাঙোন্দ লাম্ব কাওজ্রে অহুন চাক পুথমহু ইম্বোক্লকই। মহুগী মহৈন অস্থুম অস্থুম ময়াং কংশিল্লক্রে, মমৈদদি মহাক তাইফেৎ তাইরে। সরস্বতি জফনা গার্ল স্কুলগী য়ায় লাইরিক কব ছাত্রিনি।

য়ুম হোংব— সরস্বতিগী মপা মিঃ রামানাথ, কলম্বোদ সরকারগী থবক তৌই। মফমহুদ মহাকন অনৌব য়ুম অম শারে, মহুদ মহাক্কী ইমুং-মনুং পুম্নমক হোংনবগীদমক মচানুপা কান্দাস্যামিন স্কুল তম্ব লোয়ব ঙাইহুন লৈরম্মী। মতমসিদ মপান সরস্বতিগীদি থোইন লুন খল্লদে। অমবু ওইরবস্থু অমবু ওইরবস্থু মহাক্কি খরনি লৈরগ থাজগ্রগনি, মহাক্কীদমক মতৌকচাব নুপা অম ফংব হায়রবসি জফনাদগীদি কলম্বোদন চেন্ন লায়ন থোক্কনি খল্লম্মী। অস্থুম ১৯৪৫ দ মথোয় পুম্নমক কলম্বোদ হোংলক্রে। মতমসিদ মচানুপা অহল কন্দাসামি ইউনিভরসিতিদগী ওনর্স ডিগ্রি ফংবগ লোয়ন লোয়নন কোরিন ফ'াম অমদ থবক তৌরে। সরস্বতিদি লাইরিক তম্ব তোক্লে। অহুগ থাজ-য়োঙবগী মতম ঙাইহুন লৈরে। মাঙোন্দ নুংশিৎ অম চঙলক্লিবসি ১৯৪৭ তগীনি। মতমন

হৌজিনখিবগ লোয়নন মহাক্কী ফিভমত্থু অস্তুম অস্তুম হেক্সিল্লক্লে। মহাক মতোমত রা পংভাংত ভাংভি। করিগুম্ব মতমদ রাম্বব মখে মতোমত পংনোক্ত নোকই।

কন্দাসামিদি মরক মরক্ত ঐগীদ হেক হেক কোয়রকই। নোংমদি মহাক মপাগন সরস্বতিবু ঐগী নাক্ত পুরক্লম্মী। ঐগী মুপীগ ইবানিন সরস্বতিগ কুইন রারী রাতাই শান্নরব তুংদ ঐন কান্দাসামি অমদি মপাদ, মুপীমচাসি য়াম্ন থুন Neurotic ওইরকপগী মওং লৈরে অহুন খর থুন লুহোংবিনব শিনবিয়ু হায়খি।

সাধু—খরনিগী তুংদ, লাইগী শক্তি চেনব, কোকওমদব লায়না কয়া ফহনব ওম্ব, ডাক্তরশিংন য়াররোই হায়ব অনাব কয়া ফহনগ্রব অফাওব সাধু অম লৈ মতুদ য়েংহনসি হায়ন মপাগী মমান্নব অমন পাও পুবক্লম্মী। সাধুগী মতীক মগুন পল্লহুন মমান্নবহুন পাও তম্মী, "অমুকথক মী অম মাওখিবদ সাধুহুন লৈফম তাকপিহুন মীহু ফংখি।"

মচানুপীগী অনাবহু সাধুহুবু য়েংহল্লসি হায়ন মখোয়ন লেপ্লরে। মথংগী মুমিত্ত মমান্নবহুন সাধুহু পুহুন লাক্লে। সরস্বতিগী মপা রামানাথন সাধু অহুবু ইকাই খুম্নব অমদি নোল্লকপগ লোয়নন খুদক্কী ওইন লৈতেংলব ল্রোইং রুমদ তরাম তরাম ওকপ্রে।

সাধুহু নাপু মচুগী ফিজোল শেৎলি, মকোই শাংভি, থৌরি শারব মশমহু কোকথক্ত চেৎন পুনশিল্লি, চা চন্দোম্ন মরাইবক্তু পুমলও লংভি, তশেংনমক সাধুত সাধু মাল্লি হায়। মপান মচানুপীগী মওং মতৌ পুম্নমক রারি শাবগ লোয়নন মচানুপীবু সাধুহুগী মনাক্ত পুশিন্দুন য়েংহল্লি।

হু—সাধু অহুন মমিৎ উইশিনহুন মিনিট খর কম্ন মেডিতেসন তৌক্লরগ হায়রকই "মুপীমচাসিদ পোৎশেম অম লৈরে। কল্লক খম্বন চাওবী মমাগী মরি মতা অমন করিগুম্ব মহী ওইব পোৎশক্ত অমদ হু ম্নানশিল্লগ পীথকখিবনি। "সরপা পুজা" নত্তনদি অতোপ্পন ম্নাম্নরোই।"




## সাধু অমগী অঙকপ লায়েং

তাখোক তাশিন তৌহুন সরপা পুজাগী মুমীৎ [illegible]রে। চঙগ[illegible] পোৎচঙ পুন্নমক সাধুহুন ইরম্মী। সাধু চৎপ্লব তুংদ [illegible]ামিন মমা মপা অনীগ কন্ন হেক্ত মরৈ য়েৎনরে। সাধুহুন হায়রম্লিবহু মরম চাদব য়াম্ন য়াওই, মেণ্টেল স্পিসিয়েলিষ্ট অমদ সরস্বতিবু য়েংহনসি হায়ন কান্দাসামিন হায়জবহু মমা মপা অনীন মরা লৌবিক্রে, সাধুহুন হায়-রম্বহুতন চুম্মী থন্দুন লৈক্রে।

সরস্বতিদ হু পীজরিবসি কনান ওইরমগদে হায়ন মমা মপা অনীন পুং কয়ামরুম চুপ্প খন্নমিন্নরে। মথোঙ মরম ইখঙ খঙদন মিসেস রাম-নাথকী পোকমিন্নদবী মচে অমদ রাক্ষমহু হেক তাইশিনবিরে, থামুক্কী মমাঙদ মথোয় ময়াম হায়রিব মরী-মতাগী য়ুমহুদ পার্তি অম য়াওরুই। মহু নীংশিংলগ মিসেস রামানাথন হায়রকই—

"চুম্মী চুম্মী! গুকশোয় হেক শোয়জবনি, মহাক্নি।"

"মহাক শোয়দন কল্লক্লমগনিয়ে, মরমদি লাইরিক চপ মান্নন হৈরবমু ঐখোয়গী কান্দাসামিন মহাক্কী মচানুপাদগীদি তোলোপ চাওব হেল্লিদন, অহুননি।" মতুংদদি মথোয়গীদ কোয়ব চাব করিগুম্বী অমত্ত তৌরগুমসি হায়ন মতৈ মনাওহু শাওনিংবগ লোয়নন লেপ্পরম্মী।

পুজা— কিগী খাওজাও অম য়াম্বরহুন হায়নখিব নুমিত্তুদ সাধুহু থংলরে। অখন্নন শেম শারব পুজা তৌকম কাহুদ মহাক চঙক্রে। সাধুহুন কল্লাংলোমদ মমাই ওনশিল্লগ খোংগ্রাই চন্দন কমক্রে মমাঙদ লাতোন অনী থাই। পিথাইগী চফু অম ময়াইদ লৈ, অখোকপ য়ুবী অমসু মথক্ত থম্মী, হেক মনীঙদ য়ুবী থাওমৈ অমসু থাল্লি। চেঙ, কবোক, লৈ, চেঙকুপ, লকোইনচিংবসু লৈ। শঙ্গোম তঙ্খায় য়োন হাপ্প চফু অমসু লা মথকুদ থম্মী।

সাধুহুন লিন মানব খোইজিং খোইজাংব উরি পাম্বী অকংব অম থাওদগী পুথোক্লগ শঙ্গোম য়াওব চফুহুদ তাশিল্লী। মহাক্কী মমাঙদ কান মচা অমদ সরস্বতি কমহল্লী। মিনিট ২০ মুক লেপ্তন সাধুহু মন্ত্র শোল্লম্মী।

সংস্কৃত শ্লোক খর খীরগ অহানব পুজাগী পনখৈ অম লোয়শিনখ্রে। অনীশুব মতাংদ সাধুত্ন লাইগ রারী শাব হৌরক্লে। মহাক্ন চে অমদ লাইন হায়রকপ রাশিংত্নু ইশিল্লি।

ধূপকী মৈখুন কাত্নু পুম্মম মমহল্লী। কাত্নুগী মঙং মতোত্নু চীংলেম্ব অমদি পুক্লিং থুক লাওব পোকহল্লী। মহাক্ন মন্ত্র শোনব অমদি লাইদ মুরুম মুরুম ভাঙবত্নু নগুন কাত্নুদ লৈরিবশিংত্নু কনামত্ত চেক-মোক লাওনদে। নুপীমচাত্নু অশাব লাইগুম তুমীন কম্মী। হৌজিক সাধু অত্নুন ধূপ কন্বী অম পায়রগ সরস্বতিগী কোকথক্ত অহুম্নক হন্ন হায়রে, অত্নুগ ইঞ্চি ৩০ মুক শাংব লং অম পুখোক্লগ লংত্নুগী অরোইবদ সরস্বতিগী মচিম্ন চীকহল্লি অত্নুগ অতোপ্প লং মচীন্দুন শঙ্গোম চফুদ লুপশিল্লি।

হু লৌথোকপ— হৌজিক সাধুত্নুন মন্ত্র লাও লাওন শোনব হৌরক্লে। সাধুত্নুন মহাক্কী খাওদগী মালিকা লৈ খুবাম অম পুখোরক্লগ মখুৎ ওইন পায়, মখুৎ য়েৎন লৈ খর সরস্বতিগী কোকথক্ত চাইথৈ, লা মথক্ত লৈরিব মখল মখাগী চেং কবোকশিংত্নুদস্থু লৈত্নু অমমম থাদৈ। শঙ্গোম চফু মনুংদস্থু থাদৈ, অত্নুদগী মহাক্ন মখুৎ য়েৎন লিন মানব চৈত্নু পায়রগ য়ায়থুন সরস্বতিগী কোক্তগী শঙ্গোম চফুরোমদ শৎ নাম্বরকথি।

হৌজিক চফুদ য়াওরিব অঙৌব শঙ্গোমত্নু তপ্প তপ্প হীগোক মচু ওনব হৌরক্লে, ভাইহাক্কী মতুংদদি মপুং ফান হীগোক মচু ওইখ্রে। মিনিট মঙাগী তুংদ সাধুত্নুন লাওরকই, "সরস্বতিগী মশাদ লৈরম্ব হুত্নু শঙ্গোমদ চেম্বখ্রে!" কাত্নুদ লৈরিব মী পুম্নমক মমীৎ মনা য়ুংখৎনখ্রে। চিংনত্নুন লৈরম্ব কান্দাসামি কাওব পুমঙক ঙকখ্রে।

লৈনুংদ ফুম্ব— নুপী মচাত্নু তপ্প লেপখৎহল্লে। সাধুত্নুন মখুৎ অনীমক্ন সরস্বতিগী মরাইবক শোক্তুন য়াইকখোল পীবিরক্কই "ইচাসিদি মতুংদ অমুক নাররোইদবনি।" মিসেস রামানাথন পেঞ্জরত্নুন মপুরোইবদ হয়াওন য়েংলকপ তাঞ্জাহুদ সাধুত্নুন মখোয়গী মীনাক্ষীত্নু কৌরগ শঙ্গোম চফুত্নু শিন্নরম্মী অত্নুগ হায়রম্মী "শ্রীন মকমসিদ অকনব পুজা

তৌরিঙৈ মনুংদ নহাক্না চফুসি নখুৎন তুংলোমদ পায়রগ পুখো অদুগ নহাক্কী খুৎ ম্নেৎকি খুৎশা অহুম পায়ব ওম্ব শম্বি মতুম অম চফুসিদ হাপচিল্লু। ইংখোন মনুংদ কোম অম তৌখোকউ অদুগ নখুৎ অনীমক্না চফুদু পায়রগ নমাই নোংচুপ ওল্লু, নমিৎন নুমিৎত য়েংলগ কোমদুদ শঙ্গোমদু হৈখৌ হৈথব লোইরগ চফুদুসু খাদৌ অদুগ খুগাইয়ু। পুম্নোই লোইরগ কোমদু কজন ফুমজিল্লম্মু।"

মীনাইদুন চফুদু পুদুন মপান্দ হেক খোকথিবগ কান্দাসামিসু মহাক্কী মতুং পরপ পরপ ইন্নরম্মী। মহাক্না মীনাইদগী চফুদু লৌরগ উপু মনুংদ শো লোনশিন্দুন থম্লে অদুগ রাকমদু কনামত্তদ হায়দোকনু হায়দুন মীনাইদুদ মেল্লম্মী।

মনা—হৈকৎ লৈকৎ ময়ামদু মহাক্কী খাও মনুংদ হাপচিল্লগ সাধুদু চৎকদবগী খৌরাং তৌরক্লে। মিঃ রামানাথ মতৈ মনাওন খুরুমজরম্মী অমদি পুজা তৌবিবগীদমক লুপা কয়া কৎচোগে হায়ন হংজরম্মী। "ঐদি করিসু লৌদে। তশেংনমক্তি ঐদি খুৎন পৈশা শোক্কে, নখোয়ন নুঙাইত্রগন ঐগী খাও মনুংদুদ লুপা ২৫ শুম্বতং হাপচিল্লু।" সাধুদুন চীং-লেম্ব শাদুন হায়রকই। মতৈ মনাও লোম্ন অমুক রা তানরগ সাধুদুন হায়বদুদগী ভংখাই অম হেনগৎন লুপা ৫০ চৎপী অম কোন-শিল্লগ সাধুগী খাওদুদ হাপখ্রে। সাধুদু চৎখিবগ কান্দাসামিন ঐগী নাক্ত খুদক্ত চেল্লক্লুন সাধুন তৌরম্ব অঙকপ মথক্কী রারীশিংসি তম্লখি। থীম্বব তৌদন ইবানি মখোয়গী য়ুমদ লাক্লে। কান্দাসামিন শঙ্গোম চক্কুদু উপু মনুংদগী পুখোরকই।

ফাব— ঐন শঙ্গোমগী মচুদু মুন্ন য়েংলব তুংদ অতোপ্প চক্ক অমদ শঙ্গোমদু তপ্ন হৈথরম্মী মদুদ খাই মনিং ইথং থংন তুম্ব লোয়কাত্রিব মুক্কী গুলি অম য়াওরম্লে। ঐন মদু লৌখৎলগ কান্দাসামিদ পীরম্মী, মহাক্না চুগল্লব inktablet অদু পুদুন চেম্মোকথ্রগ মমা মপা অনীদ উৎলুরে।

লুপা য়াংখৈ তিংখোক্তুন সাধুদ মখোয়বু অপংব শিজহল্লুরে হায়ন খঙলকপ মীৎকুপ্তুদ রামানাথ মতৈ মনাওদু শাওবন মৈ হৌরে।

সাধ়ুহ নক্ল লৈরম্লবদি কোক-লু কাইনরমগনি। সাধ়ুন মালিকা লৈগ লোয়নন শঙ্গোম চক্ মনুংদ Ink-tablet লোম্ল হাপচিম্বহু কাব ঙম-হৌদব অহুগীদমক কান্দাসামিহু খোয়রাং খোয়শাঙনব উৎলি।

ঐন মখোয়দ হায়, "মুম্ল নিংথীন য়েংলগ মেজিকসিয়ানগী ত্রিক কাব ঙম্বগুম ভূত শান্নব মীগী থোক-মোক ময়ামহুসু মিকুপ নাহুম-শিংন য়েংলবদি হেক্ত কাব ঙম্বনি। মসিগী সাধ়ুসি য়াম্ল শিংব মরৈহৎনি। মান সন্থি হাপচিল্ল, হৈথব মতমদ মুমিত্ত য়েংঙ, চফু থ়ুগাইয়ু অমদি পোৎশক পুম্নমক ফুমজিল্ল় হায়রিবসি কনাগুম্বন Ink-tablet তু কাব ঙমদনবনি।

"পোৎশেমগী হু অহুন চাকখাও মনুংদ মতম কুইন লৈরগ রাখল চোইরকই অমদি হায়রিব হুসি পুজানচিংব তৌরগ লোখোকপ য়াই হায়ন খঙদব মীশিংসু থাজরিবসি তিনবু লাইপুব মাইবশিংন ময়াম থাজনব হায়হুন পংহায়দ হায়জিনবদগীনি। কলম্বোদসু খৃষ্টান প্রিষ্ট-শিংন লুজদব থবকশিংসি অপংবশিংদ হেক হেক তৌবী।

"হক্লোনগী মতুং ইন্ন, য়াদগী চঙখিব হুশিংসি মহৌশান মপান ইপান থোকপদ চৎখিগনি। করিগুম্ব তুম্ব ঙমদব পোৎশক ওইরবদি খোঙ হাম্বদ চৎখিগনি। মসিন Central nervous system দ করিসু শোকহল্লোই অহুন পুক্লিং অমদি রাখলদ শোইনাইব থোক্লোই।"

শাওরব রামানাথন মথংগী মুমিত্ত মমান্নবহুগ লোয়নন সাধ়ুহ কোইথি খিহুন থমকা তৌরগ লুপা য়াংখৈহু অমুক হন্দোকহল্লকখি।

ঐগী খুত্ত চুরিব মুক্ত কোক্লব হোৎনবদ মুমিৎ নিনী চঙখি।

## মরিশুব তাঙ্কক

# লম্বী সোরোক্ত থোকপ ভূত

নীপা অসি ময়াম্ম শকখঙনরব ইনাক-খুনব শ্রীলঙ্কাগী ইহান হানব মোতোরিষ্টনি। চহী খরগী মমাঙদ মহাক Delauny Belleville গী মপু ওইরম্মী। ঐ মহাক্কী কারদু উৎপ্রে, অচৌব কোইরক কোয়ব Brass Radiator, Brass Windscreen, folding hood অমদি Brass luggage carrier নচিংব য়াওই। মখাগীসি মহাক্ক কার লমজেল তাম্নব য়াওরুবগী রারীনি—

কারদু মপোৎ মচৈ শুন হাপচিন্দ্রুন গলেদ লমজেল তাম্নব য়াওরুরব তুংদ, নুমিত্তুমক্কী নুমিদাংদ মখোয়গী লৈকম হিক্কাদুরা রেষ্ট হাওসত অমুক হল্লরুম্মী। মহাক মশামক্ক কারদু থৌই। মহাক্কী chauffer দু (কার থৌব মী) কারগী মনিংদ তোংহল্লম্মী, মনিংদ তোংবদুদ নীপাদু মমায় মনীং ওনদুন কম্লম্মী।

ডাডালা সেমিটরি (মোংকম) মপা হেক য়ৌরকপদ ইখঙ খঙহৌদন কারগী মৈ মুৎখ্রে। মৈ মুৎপদুদ চৎপ য়াদদুন কারদু খামলে, Chauffer ন কুমথরগ অচৌব কারবাইড লেম্পতু থানগৎলি। মখোয় অমুক কার থৌদুন চৎপ হোরে, হিক্কাদুরা য়ৌদুন গাড়ীদু লেপ্লে, মনীংদ কম্ব Chauffer ন লাক্লগ থোঙ হাংদোক্লগনি হায়বগী রাখলদ মহাকন ভাইদুন লৈ (মসি old world courtesy লৈরিভৈগী রানি)। কন কুইন ভাইরকাওবদ Chauffer দু লাক্রুবদ মহাক্ক কুমথরগ য়েংলুই মদুদ chauffer দু রাম্বদুন লৈরম্লে। লাইকম্রদুন করক্লব তুংদ chauffer দুন মখাগী রারীশিংসি লীখি:

"মৈ চুখৎলব তুংদ কার থৌরকপ মতমদ অঙৌব মুত্তি অমন কারগী মনীংদ তাম্নরকখি। মুত্তি অদুন কারদ অসুম অসুম নকশিল্লক্রিবমখৈ চাওব সুম সুম হেনগৎলকই অদুগ ঐহাকপু ফাগদবগী মখুৎ অনী

তিংথোক্লকই। ঐন কিমনখিহুন কয় কয় লাওই মহুদ মুত্তিহু অমুক শুম শুম পীকশিনখি। ঐন লাওবহু কনামত্ত তাদে, অহুন মুত্তিহু হয় হয় থোক্লকখি। অকিবহু খাঙব ঙমদবদগী ঐহাক জ্ঞান মাংখি। রেষ্ট হাওসন ঐ জ্ঞান তারক্লীবসিনি।"

ডাডালাদ মোতোরিষ্ট কয়ান অসিগুম্ব থোদোকসি থেংনগ্রবগে ? রাক্লীসি শ্রীলঙ্কাদ লৈব ওতোমোবাইল এসোসিয়েসনগী থাগী চেকোং "THE RECORD" ত ১৯৬১ গী জুলাই থাদ কোংলকখি। চে-কোংহুদ মখাগী রায়ৌশিং অসিমু য়াওরকখি : (অইব— মি: জে:)

গোরাকানাগী ভুত :—গলে রোডত লৈব গোরাকানা সেমিটরি অসি শাথীরব তয়গনব মফম অমনি। মফমসিদ অঙাং পম্বী নুপী অম উখাদ হেক হেক লেপ্তুনলে। অচৎ-অওক মীশিংদ মহাক্ল নোম্লুকপগ লোয়নন অঙাংহু অমুক্ত পায়বিয়ু হায়, করিগুম্ব মীহুন কিথি-কিরুম তৌরুবব নক্রগ অঙাংহু লৌরুরবদি মীহু অহুমক শিরে। হায়রিবসি নাইতোম চৎপ মীদত তৌগল্লি। মোতোরিষ্টশিংন মফমসি য়োরকপদ থৈদোক্তুন লম্বী মতাই মতাইদ গাড়ী থোনৈ। মফমসিদ এক্সিডেণ্টমু তোয়ন থোকই। অমুয়মু হায়নৈ, মহুদি— হেক ঙম্লীবমথৈ লাওন (খোন হোন) অকামপেৎ অমদি চীন থীহুন চৈরবদি নুপীহু মাংখি, মহাক অকামপেৎ রাহৈ খাঙব ঙমদে।

কানাতেগী ভুত—অহুমগুব রারি অসিন কোরিন লেডি অমগীনি। রোসমিডকী টেক্সি এক্সিডেণ্ট অসদ মহাক শিখিবনি। মহাক্ল শিগ্রব তুংদ নোংম টেক্সি ড্রাইভর অমন মুমিদাংদ কানাতে সেমিতরিগী লিচ গেত লাম্থোকপ মতমদ "অঙৌব নুপী" অমন রোসমিড চৎশি হায়হুন খাম্লম্মী। টেক্সি ড্রাইভরহুন নুপীহুন হায়ব মফমহু ত্রান্ন মহাকপু পুবীরে অহুবু হয় য়েংলুবদ মহাক্লী কার মনুংদ কনামত তোংলমম্লে।

চিঠি ইব— রারি অহুমসি পায়ব তুংদ ঐন "The Record" ত মখাগী অম্ভুম ইখি :—"অদোম্ন জুলাই থাগী "THE RECORD" ত

কোংলক্লীব ভুতকী য়ারীশিংসি ঐভোন্দ য়ান্ন ঙক্ক থোকই। তশেংনমক মসিদি চুম্মী হায়হুন প্রমান পীব ঙম্নরোইদব ফুঙ্গা য়ারিগুম্বনি। THE RECORD কুম্ব জর্নেলদ অসিগুম্ব য়ারীসি চন্নকম লৈতে। মসিদি হৌজিক্কী মতমসিদ থোক্লীব ট্রান্সপোর্টকী সাইন্টিফিক ওইব মেকানিজম মম্নামহুগী মীৎয়েংকম ওইগদব চেক্কোংনি।

মুন্ন পারগ মিঃ জেংন পীরিব য়ারীশি শেমজিন শাজিনবনি হায়বসি অহুমক খঙব ঙম্মী। মহাক্কী য়ারী মতুং ইন্ন, গোয়াকানাগী অঙাং পম্বী ভুত মুপী অহুদ করিগুম্ব অকিব উৎলুয়ব নত্রগ অঙাংহু লৌক্লবদি মীহু শি। মহু নাইতোম চৎপ মীদত থোকই। মোতোরিষ্টশিংন অঙাং পম্বী মুপীহু উদ্রবস্থু অয়াম্ব মতমদ মকমহু য়োক্লকপদ লম্বী মতাইরোমদ কায় থেদোকই। এক্সিডেন্ট থোক্লিবহু মতাইদ থৌক্লবহুননি। মসিমস্থ হায়রি মহুদি খোন হৌন লোনচোপ ঙাঙলবদি মুপীহু মাঙখি।" (capitals mine)

শন্দোক্ক নৈনব— মথক্ত পনগ্রিবশিংসি শন্দোক্ক নৈনবদ মখাগী য়াকমশিংসি য়াহংগ লোয়নন থোক্লকই :—

১। নাইতোম চৎপ মীথক্তদ থেংনরবনিন থোদোক্ক, উহৌ তাহৌব অতোপ্প মীওই কনাম্থু লৈরম্নোই।

২। করি করি থোদোক থোকখি হায়বসি শিগ্রিব মীহুতন তশেংন হায়ব ঙমগদবনি। অশিব মী অমন, য়া ঙাংব অমদি ইব ঙমদবনিন মহাক কিবদগী শিরিবনি নত্রগ অঙাং লৌক্লবদগীনি হায়ন ঐখোয়ন করম্ন খঙগদৌরিবনো ?

৩। ভুত উন্নরুরগ শিহৌদ্রব মখোয়শিংহুন, মখোয় কিরম্লবদি নত্রগ অঙাংহু লৌরম্লবদি শিরমগনি হায়বসিন অমুক করম্ন খঙগদৌরিবনো ?

৪। ডাডালাগী ভুত নুপী হায়রিবহু মতম কুইনগী মমাঙদ মহাক্কী নাক্কোংগী ক্রম অমদি থোপ পুমহুন মাঙগ্রবনি, মহুদবু লোনচোপ ঙাংলগ মহাক্ক করম্ন তাব ঙম্নীবনো ?

৫। মোতোরিষ্টশিংন অঙাংগম্বী নুপী উস্নু উদন মতাইরোমদ থৈদোক্কনন চৎলি হায়বসি মরম চাদব রানি।

৬। কার কয়ামরুম মকম অমত্তদ এক্সিডেন্ট ওইরিবত্থু লম্বীগী ক্বিভম কত্তবদগীনি ভুর্তন থোকহনব নত্তে, অত্তোপ্প লৈবাক্তদি অসিগুম্ব থৌদোক থোক্লবদি মহৌশান রোড ইঞ্জিনিয়ার-শিংদ য়েংহল্লি অদুবু ঐখোয়গী লৈবাক শ্রীলঙ্কাদদি খয়োম চবানগীদমক মাইবশিংদ হোৎচিন্নে।

৭। অকামপেত্তু লোন অমদ হেক্ক ঙাংব য়াত্র? করিগুম্ব য়ারবদি ভুত নুপীদু লোন পুম্নমক খঙবী ওইব তারে। করিগুম্ব মলতিলিংগুইষ্ট ওইদ্রবদি চৎলিব মী খুদিংমক লোন অমত্তদ অকামপেৎতু ঙাংব তাত্র? লম্বীদুদদি লোন মাম্নদব মী ময়াম অম চৎলিবনি।

৮। নাইতোম চৎপদগী মকমদুদ শিদুন লৈরম্ব মীশিংগী লিষ্ট অম মিঃ জেংন পীব চুম্মী মতুম্ন মীহাৎ মীপুনগী ওফিস নত্রগ অনকপ পুলিস ষ্টেসনগী রিপোর্ট য়াওগদবনি।

৯। নাকল অমরোমদমুক, মোতোরিষ্ট লিশিং কয়ান করি থোয়দোকপ অশোয় অঙাম য়াওদন নুমিদাংদ চহী চুপ্প চৎলিবদুদি মিঃ জেন নিংশিংদ্রিব করিগীনো? মদুগী মনুংদ ইশ্যামকস্থ য়াওরিবনি।

কানাতে ভূতকী মতাংদ মিঃ জেংন অস্থুম্ন হায় "টেক্সি এক্সিদেন্টত ফোরিন নুপীদু শিরব তুংদগীদি টেক্সি ড্রাইভরশিংন নুমিৎ তাপ্রবতুংদ লিচ গেট লাম্পোকপ মতমদ অঙৌব নুপী অমন গাড়ী থাম্মী অদুগ রোসমিত প্লেসত পুবিয়ু হায়। অদুবু মকমদু য়ৌরক্লগদি মহাক্কী টেক্সি মনুংদ কনামত্ত তোংলমদে।"

ডাডালা অমদি গোরাকানাগী থৌদোক্তুদ চেম্নব মীশিংদি হীংদে, ক্বরে, অদুবু হন্দক্কীসিদি মদুগ মাম্নদে, মীশি মীনা য়াওদে অদুন অঙৌবী

মুপী অহু রোসমিত পেলেসত অমুক্ত পূজগে হায়ববু লাইবক থৌবদগী অমুক্ত পুব ফংঙ্ক্রি হায়ব কলখোগী টেক্সি ড্রাইভর ময়াম অম হৌজিক হৌজিকস্থু লৈরি। মহুন কমদৌব ?

কোরিন লেডিহু মহাক্কী নোংচুপকী ফিজেত্ত খোক্লকপ্র নত্রগ ফি অমত্ত শেত্তন খোক্লকপ্র হায়বহুস্থু পন্দে। করিগুম্ব মহাক্ক তিংগাকোক্ক খোক্লক্লবদি, ড্রাইভর অমন ফি শেত্তবী মুপীবু থবক চৎথোক খোত্তোক-লকপ মী অম ওইন লৌকম থোক্কে। মরমদি মকমহু অথন্নব কানাতে সেমিটরিগী গেতনি। অমঁরোমদ করিগুম্ব মহাক্ক চপ চান অহিংবী মুপী অমগুম ফি শেৎলম্লবদি ঐখোঁয়ন নীংশিংগদবনি মহুদি শিগ্রব নুপীহুগী থরাইখক্তন ভূত ওনব নত্তন থরাই য়াওদব ফিজোল ময়াম অহুস্থ ভুত ওল্লক্লে। অমুকস্থু অত্তোব ফিজোল শেৎপী নুপীহুন কারগী মতুং ইন্দুন তান্নরকই হায়রি অহুবু মহাক্কী তোংশা অমদি শরুদি য়াওরম্লোই, মরমদি পুমখিব কুইরে। নত্রগ য়াওব জাৎল ?

হিংলিত্র নত্রগ শিরত্র ?— ভূত নুপী অহুন তেক্সি ড্রাইভরদ রা ঙাংব ঙম্মী হায়রবনিন রাকমসিস্থু খোক্লকই মহুদি মহাক্কী খোঞ্জেলগী শিংলি, থবোম্বী, চীনবাল, লৈ, brain গী speech centre নচিংব হৌজিক ফাওব থবক তৌরি অহুবু হায়রিব কয়াৎশিংহুদি মতম কুইনগী মমাঙদ পুমহুন কানাতে সেমিত্তরিগী লৈশা ওনগ্রবনি। নত্রগ ভুত্তূন অত্তোপ্পগী নাকোংদ তাহন্নব মখৌ তাব Air vibration শিংহু থুৎজু-থুৎলাই খর পাম্বহুন শেম্লগ speech পুথোক্লিবজাৎল ?

ঐন কানাতেগী লিচ গেত মনাক্ত অত্তোপ্প মী অমগ লোয়নন কার মন্নুংদ ফমহুন নুমিদাংগী পুং ২'৩০ তাব ফাওব অহীং অনী ভাইখি। মফমহুদ-মী তোংদব তেক্সি হঙ্গৎ হন্দা চেনখিবহু ঐখোয়ন মশীং থীবদ ২১ শুই। অহীং অনীহুদদি ভুতনচিংব অমত্ত খোক্লকখিদে।

মঙাশুব তাঙ্কক

# মান্দাতিভুগী সানকিলি ভাইরান

মন্দাত্তিভু হায়ব মকমসি জকনা সহরগী খাদ লৈব অপাকপ ঈথৎ মচা অমনি। থুমহীগী পাৎ অমন পেনিনসুলাদগী ঈথৎ অসি তোখাই তাহল্লি। লোমী অমদি ঙা কাব কাঙলুপ খর মচোই মচোই থুন্দাই। লোমীশিংহুগী মরুওইব শিনকমদি হীদাক মনা থাবনি। মাইল মরিমুক্তং চাওব পাৎ অহুন খন্দোক্লুন থমথিবদগী লমদমসি মালেমসিদগী তোখাই তান লৈবগুম তৌরি। মখোয় অয়াম্ব (হেন্দোক খোয়দোক্ল নুপীশিংন) নালুর কান্দাম্বামী লাইকম (জকনা) দ পাঙথোকপ চহীগী অচৌব মেলা অহুব্ থৌরাংন ঙাইহুন লৈনৈ, চহী অমগী মনুংদ তাঙ্গা অসিদতনি মখোয়ন হি তোংহুন পাৎতু লান্দুন চৎলগ সহরগী অরং অরাক্লী পুন্সি অহু উব ফংজরিব।

সমুদ্রদ হিংব Halophytic কী পোৎচাক খর থিজিন খোমজিন-বগীদমক ১৯৩২ গী এপ্রিল ছুতিদ হায়রিব ঈথৎসিদ ঐহাক লৈরুই। ঐখোয়ন লৈরুব বংলোহু খা থংব তোর্ব্বান্দনি, সমুদ্র ঈপাক্ল মায়োক্লন লৈ। সমুদ্র খোঙবান অমদি তাম্নশন্দোকখ্রিব পোহামগী চীংশাং অনীগী মরক্ত থেন্তক তৌব অপাকপ মকম অমম্ব লৈ। মকমহু ইরুজকম অমদি সমুদ্রগী শা, ঙা কয়াগী শাদানকম ওইব অনীমক খুদোং চাহল্লি। ইচা-নুপানে, নুপীনে ঐখোয় অহুম নুমিৎ য়ুংব মমাঙদ সমুদ্রদ হেক হেক চৎলি, নুংথিলদ ঙাইহাক্ল তুম্মী, অহুগ নুংশা নেমথরক্লগ ঈথৎসিগী মখল মথা অয়াম্ব মকমদ কোয়ব চৎলি। অসুম্ন কোয়ব চৎপসিদ নোংমদি স্কুলগী ওঝা অম থেংনরম্মী। লমদমহুদ ঐন উবদ ফুরিৎ লৌৎপ মীওইসি মহাক্ল অহানবনি। ঐখোয় শক তাক্লরে, মহাক্লী মিং মারকান্দ কৌই। লমদমহুগী থুম্নাইগী পুন্সি অমদি মীওইশিংগী মরমদ ঐখোয় ক্লুইন রারী রাতাই শাম্নরম্মী। নুমিৎতুদগী হোন মারকান্দন ঐগী বংলোদ হেক হেক কোয়ব লাকখি।

নোংম নুমিদাংরাই অম মারকান্দুন লিষ্ট অম পুথোরকই। মহাক্ক রারী হৌরকই, মহুদি খুঙ্গংসিদ করুব ভীনমু লাইমু অম চঙলক্লে অহুন নালুর কৌব লাইকমলেনহুদগী অকাওব যোগি অম কৌরগ চাকথা পীহন্নব লমসিগী মী পুন্নমক খন্নরি। মসিগী স্পিরিত অসি শরোন য়াম্মী মী অয়াম্বনমসু থেংনরে। কনাগুম্ব খরদন "সানকিলি ভাইরান" ওইন অহুগ মীওই খরদন "মোহিনি" ওইন শাকোংঙি।

শরোই ঙারোই ঃ— "নোংম নুমিদাংদ নুপী অমন য়েনখাদ থোকলুবদ য়ুবী পাম্বী মখোঙদগী অতোপ্প নুপী অমন মাবু মখুৎ হত্তুনে কৌরকখি" হায়ন মারকান্দুনে রারী শমথরকই। মহাকন খন্নহোৌদন নুপীহুগী মনাক্ত চৎলম্মী অহুবু ইখঙ খঙহোৌদন শকখঙদবী নুপীহু খ্বাই মাংগ্রে। পুং ৩ গী তুংদ নুপীহু জ্ঞান তারকই, নুমিৎতুদগী হৌন মহাক অঙাওবীগুম তৌগ্রে। অতোপ্প থৌদোক অমদন নোংম নুমিদাং অথেংবদ নহা অম মহাক্কী হীদাকমনা ফার্মদগী হল্লকপদ লম্বীদ মশক মতৌ কজবী লৈশাবী অম থেংনৈ। নুপীহুন মহাক লম্বী লম্মুক্ররে অহুন মহাক্কী মপাগী মনাক কাওবদং থিনবিরম্মু হায়ন মাঙোন্দ হায়জখি। মখোয়নি রারী শা শাহুন মতেক খর চৎমিন্নরম্নগ ইখঙ খঙহোৌদন নুপীহু উব ফংখিদ্রে অহুবু নুপীহুন ঙাংব রাদি অম্মুমক তারম্মী। মহাক্ক কিরহুন ময়ুম য়োনব হোত্তনে চেল্লক্রম্মী। ময়ুম য়োরগ রাম্বরে। নোংঙানবগী অয়ুক্ত জ্ঞান তারকখি। অতোপ্প রারী অমসু লৈ মহুদি চহী তরেৎকী নুপী মচা অমন নোংম নুমিদাংদ মখোয়গী মাঙ্গোলদ হুই অমুবী অম উখি। মহাক্ক মুঙ মচা অমন হুইহুদ থোয়ম্মী। মহুদগীদি হুইহু "সানকিলি ভাইরান" ওল্লকখি, নুপীমচাহু অম্নক্কী মতীক কিগ্রে মহুদি নুমিৎতুদগী মহাক মরোল থোকখিদ্রে।

যোগি— "খুঙ্গংসিগী অহনশিংন মমাঙগী চয়োলদ মীতিন তৌহুন লমদমসিদগী করুব শরোই ময়ামসি তাম্বোকহন্নব যোগি অম কৌরুনব রারেপ্প্রে। হায়রিব যোগি অসি য়াম্ম মতীক মঙান চাওবনি, চহী অমগী

মনুংদ থা অনীখক্কমক নালুরদ লৈ। অতৈ মতমদন তিরুকেথ্‌স্বারাম, কাতারাগামা, অমদি সিভানদিপদামনচিংব লাইকমশিংদ লাইনিংহুন লৈ।" মতাংসিদ ঐগী অপাম্ব রাকম খর মারকান্দুদ কোংদোকখি অমদি রাখলন পংশা শাজিনব স্পিরিত অহু তাম্বোক্লব হোৎনবদ খোয়দোক্ল মতম অমদি পৈশা মাগুহনবিক্রগনু হায়খি। অহুম ওইনমক ঐন চৎত্রিভৈদ কল্গিগুম্ব থৌ তৌব তারবদি ঐস্মু য়েংগে হায়খি।

চয়োন অমগী তুংদ মারকান্দ্‌ লাক্লন নিংশিংলৈ মহুদি মথংগী নোংমাইজিংদ পুজা তৌনব থোরাং পুম্নমক শেম শারে, জকনাদগী "লাই তাইনগদব মী" অহু লৌরুনবগীদমক নীপা অহুম হীদ খোঙশানগ্রে।

হায়রিব নোংমাইজিং মুমিৎতুদ ঐস্মু চাকঙন চারগ চৎলি থুঙংহুগী নুপী অঙাং পুম্নমক পুজাহু য়েংনবগীদমক লৌমী অমগী য়ুমদ হুপ্ন তিল্লম্নে। ফজন শেম শারব য়ুখন মথাদ মতৌ মালহল্লব মকোই শাংলব যোগি অহুন নাপু মচুগী লৈ পরেং অহুম মঙকশমদগী য়াম্বহুন কল্লি। মরাইবক্ত চন্দোম্ন লম্পাক অম তৈশিল্লি। মমাঙদ পিথ্‌রাই থাওমৈ অনী লৈ, হৈ, লৈ অমদি মথল মথেলগী চেং থোয়দিং হাপ্ল পুখম কয়ামরুমস্মু লে। মুঙ অহুমথক য়ুংলগ পিথ্‌রাইগী কোনপাক অম মথক্ত তোংহল্লি মখাদ য়ুবী মকু শর থম্মী। ঘী, য়ুবী থাও অমদি থোয়দিং থাওনচাংব থাও মথল মঙাশু লিক্লীদ হাপ্লগ পরেং লেংহুন থম্মী।

যজ্ঞ— যোগি অহুন সংস্কৃত অমদি তামিল মরোন্দ মন্ত্র অমদি শ্লোক থীহুন পুজা তৌব হৌরে। মহু পুং অম হেন্ন চৎথৈ। মন্ত্র থীব লোয়রে, যোগিহুন মমীৎ উইশিনহুন হীরি কোনব হৌগ্রে অহুগ মচীনহু লাওন কাথোক্ত্‌ন মরৈ তিংথোক্লক্লে। মহাক্কী মনাই অমন অচাকপ করপুর অম যোগিহুগী তিংথোক্লব লৈহুদ হাপচিল্লী। থোংলব লৈহু মৈন্ন ঙুং-ঙুং চাকগ্রে, যোগিগী মচীন্দগী মৈগী চীং পোকথাইবগী মতৌগুম মৈ ময়াম অম পাইথোরকখি। অহুগ থ্‌নমক মহাক্ল অচাকপ করপুরহু কোনপাক্ত্‌দ কামশিনখি। অহুম্নক হুম্ন যোগিহুগী মচীন্দ করপুর মৈ থাব মতমদ তীল্লিব মীয়ামহুন "হারি, হারো" "হারি হারো হায়া"

হায়ন পুল্লপ পুল্লপ লাওই। মসিগী তুংদ যোগিহু অকনব মেডিতেসন চৎথগ্রে। খোংগ্রাই চল্লগ মখুৎন খোঙমচাশিংহু পায়। মহাক্ক মার-কানহুবু কৌরকই, ঐন উবদ ফুরিৎ লিৎপ মীসি ময়ামহুগী মরক্ত মহাক্কনি। যোগিহুন মাঙোন্দ মশাগী খুজেং মিহুনহু পায়হুন য়েংহল্লি। মীকুপ খরগী তুংদ মারকানহুন লাওরকই "স্বামীগী মিহুন লেপগ্রে!" মীয়াম পুন্ন লাওরকই "হারি-হারো-হারা" মারকানহুগী তুংদ অহল অমম্ব চংশিনহুন যোগিগী মিহুল য়েংখি। মহাকনস্থ লাওরকই "যোগিগী মিহুন লেপগ্রে!" মহাক হেক লোয়রবগ খুদক্ত ঐস্থ চঙভি। মিহুল পায়হুন য়েংভি হৌরকপদ চাং নাইন হুল্লম্মী অহুদগী তপ্প তপ্প পিকথরকই পোলোইদ পুংলেপ লেপখি। মিনিট মঙামুক্কী তুংদ তপ্প তপ্প অমুক কাওরক্লুন চপ চাবী ফিভমদ হক্তিল্লকই। হায়রিব মিত্রংসি লোয়রব তুংদ যোগিহুন মহাক্কী মনাইদ কোনপাক মখাদ মৈ হৌগৎলু হায়গ্রে। মহাক্ক লীক্লিশিংদ য়াওরিব থাও মখল মঙামক কোনপাক্ক্‌দ হৈথরে অহুগ য়ুবী মকুহু মৈ থাহুন থাওহু শাহল্লম্মী। থাওহু শৌরকপ মতমদ যোগিহুন চম্প্রা অহুমথক হন্ন হন্ন মস্ত্র শোনহুন চামথোক্লে অহুগ থায়দোক্ক্‌ন থাও অহুদ থাদরম্মী। থাও অহুন কজন ব্রোং ব্রোং শৌরকপ মতমদ সানকিলি ভাইরান ওকননিংদব মী পুন্নমক অমমমত ওইন চঙলকউ হায়ন যোগিন লাওরকখি। থ্বাইদগী অহল ওইরব মুপা অমন ইহান হান্ন চংশিনখিহুন যোগিহুদ খুরুমখি। থান কাখৎলকলিব থাওগী কোঙ্গোলহু কামথোকগ্রগ সাধুহুন মহাক্কী মখুৎ য়েৎহু অশৌব থাওহুদ লুপশিনখে, মকমহুদ লৈরিব মী পুন্নমক পুমঙক ঙরুখি। মহাকন খুদোম্বীহু লুপশিন্নগ থ্‌ন শৎ চিংখৎহুন ওই থংব খুৎপাক্ত শ্রু শ্রু নৈশিল্লি। অহুগ থাওহু অহলহুগী লাইবক্ত নম্বী। অম্মুয় মকমহুদ হেক লাকখিব নুপী অঙাং, অহল, হন্নু-হনা পুন্নমক অমম্ভ চিথদন থাওহু লাইবক্ত নমখি ইতোমতনি নাম্বোকহৌব। অমুক লুপ্পন মী মঙা তরুক কাওবদি কোমৈ। হৌরকপদ খুদোম্বী থক্ত লুপ্পম্বনি হৌজিক্তি মখুৎ থুবাম পুন্নমক অশৌব থাওহুদ পুন্ন্‌প লুপশিনগ্রে অয়েংব পুন্নমক মঙগুন্ন ইথব থরুৎনম্মী জেপ্পুন লাওখি "হারি-হারো-হারা।"

ভুত তানথোকপ— মহু লোয়রগ কোনপাক মথাদগী মৈহু মুথংলে। অহুগ যোগিহুন মহাক্কী খাও অমদগী লংত্রিক লংব য়ুবী মকু অম পুথোরক্লগ মশারোমদ ওনশিন্ন মহাক্কী মাওদ থম্মী। মহাক্ক "গঙ্গাজল" লিক্লি মচা অমগ লিক্কোন (cowry) মকু তরেৎথকহু পুথোক্লকই। লিক্কোন অমখক্তি য়ুবী মকুগী মথক্ত থম্মী অতৈন মহুগী অকোয়বদ থম্মী। মহাকন ময়ামদ লাওরকই, "লমদমসিদ লৈরিবসি ভুত (স্পিরিত) অমখক্তনন্তে। নুপী-নুপা পুম্ন ভুত তরেৎনি। মথোয় পুম্নমক মহু চাওব ভাক্তনি ঐন থম্নীব লিক্কোন তরেৎ অসিন মথোয়গী মহুৎ শিল্লবনি। ঐন মথোয়গী মথক্ত গঙ্গাজল হৈথব অমদি মন্ত্র শোনব মতমদ মথোয়ন য়ুবী মকুদগী লৈবাক্ত কুমথরক্লবদি মথোয় লৈবাকসি থাদোক্তুন চৎপ্রে হায়ন খওগদবনি। য়ুবী মকু অসি লম অসিগী মহুৎ শিল্লিবনি। করিগুম্ব কুমথদব লিক্কোন য়াওরবদি মহাক নিঙাই তৌব স্পিরিতনি। অদুম্ন তৌরবদি হেন্ন কনব পুজা অমমুক তৌগনি।"

হৌজিক মহাকন লিক্লিদগী গঙ্গাজল মচুম থর মন্ত্রগ লোয়নন হৈথরক্লে। পুমঙক ওকপ থোদোনি! থরাই য়াওদব লিক্কোনশিংহু হিংগৎলকপগুম লেও লেওহুন অমগ অমগ তোথাই তোথাইন য়ুবী মকুদগী মখারোমদ কুমথরক্লে। অরোইবদ লিক্কোন তরেৎমক লৈবাক্ত কুমথখ্রে। যোগিহুন লাওথোরক্লে, "হৌজিক স্পিরিত পুম্নমক লৈবাকসিদগী চৎখ্রে!" চাওরাকন অহৌংগী পুং ২ রোম তাবদ পুজাহু লোয়রে খুঙ্গংহুগী য়াইফনবগীদমক মারকানহুন শেল কৎলি অমদি কহুব স্পিরিতপু তান্থোকপীবগীদমক যোগিহুদ তৌবিমল খওব থাগৎ রাহৈ কয়া কোংদোকখি। মথংগী নুমিত্ত যোগিহুন জকনাগীদমক খোওশাদ্রিহৈদ মফমহুগী মীওই কয়ামুক্ত দর্শন পীবিরমখি অমদি খুঙ্গা ময়ামহুন থম্মোয় শেওন কৎলকপ লুপা পৈশা, অহাও অথুম কয়াসু দর্শন পীবিবগী মহুৎ ওইন যোগিহুন তয়াম্ন খোপচিনখি।

স্পিরিচুয়েল পরার —মথংগী নুমিত্ত নাপলগ লোয়নন মারকানহু ঐগী ইনাক্ত লাক্লে। "সাইন্সন খওব ওমত্রব লাইনিংব মীগী স্পিরিচুয়েল

পরারশিংহু হৌজিক্তি অদোমস্থু য়াবিনিংলম্নগনিদ ?" মারকানহুন রারৗ ওই রাহং ওই ঐডোন্দ তৌরকই। "করিগুম্ব'মগী মতেং য়াওদন লিক্কোনশিংহুন চৎপহু স্পিরিতশিংসি হৌংজি অমদি পোৎশক অমবু মখোয়ন লেঙহল্লি হায়বসি অদোমস্থু উবিরেদন ? নখোয়গী সাইন্সন অশৌব থাওদ খুৎ লুপশিনব ঙমগজ্র ? কনান অচাকপ কর্পূরবু লৈদ থম্ব ঙমগনি ? যোগিহুন তৌবগুম করম্ব পৃথিবিগী সাইন্টিষ্ট অমন মহাকী মীহুন লেপহঞ্জব ঙমগদগে ? পেরানোর্মেল থৌদোকশিংদ থিজিনবগী থবক তৌবিরিবনি অদোম অদুবু ঙরাংগী থৌদোক্তু উবিরবানন স্পিরিত অমদি স্পিরিচুয়েল পরারশিংদ অদোম্ন হান্ন খল্লম্বশিংহু কন য়াম্ন হোংলম্নগনি হায়ন খল্লী।"

"যোগিদ লুপা কয়া পীবিখিবগে ?" ঐন হংজি, "লুপা ৫০১ থক্কনি" মারকানহুন খুম্মী। "পৃথিবীগী মনুংদ থোয়দোকন ফজরব ফিজিকেল কলচর অমদি অউতো সজেসতিভ প্রাকতিস ওইরিব ইচম চম্ব ত্রিক শর যোগিগী মিং পানশিনহুন উৎপগীদমক্তদি হায়রিব শেনকমহু য়াম্মনখ্রে।" ঐন মারকানহুদ হায়। "যোগী শরন পংহায় হায়জিল্লবস্থু মখোয়ন তৌরিবশিংহু স্থপরনেচরেল ওইব করিস্থ য়াওদবনি। নখোয়গী পুজাহু তৌবদ মরু ওইন চেন চোংখিব অহনশিংহু হয়েং নুংখিল পুরকউ যোগিহুন তৌখিব পুম্নমক ঐন নখোয়দ লেয়্ন উৎচগে" ঐন হায়খি।

মথংগী অয়ুক্ত ঐগী থৌদারোই নুপামচাহুন য়ুবী তংখাই মকুহু গ্লাসকুম নান্নব হায়হুন শিরিজন তক্তুন কম্ন হোৎনৈ। ঐন সমুদ্রদগী লিক্কোন শর থুল্লরে মহুস্থু তকথত্তুন শৃৎ নালহল্লে। কর্পূর পেকেত অমগ চম্পা শরগস্থু লৈরুরে। নুমিদাং রাইরমদ লৌমী মঙাগ লোয়নন মারকানহু থুংল্‌রে। যোগিন তৌবগুম ঐহাক থোংগ্রাই চনহুন কম্লে। অচাকপ"মোম্বতি অম মাংদ থম্মী। য়ুবী থাও অমদি চম্পা অখাইব য়াওব কোনপাক অমস্থু ভোভ মথক্ত থাঙ্গৎতুন ঐগী য়েৎ থংবদ লৈ। ঈশিং লিক্রি অমস্থু লৈ।

ঐগী তিংথোক্লব লৈদ কর্পূর মৈ থাহুন পুজাহু হৌরে। মৈরী অহু মীকুপ খর কামথোক্লগ ঐন অচাকপ কর্পূরহু লৈমাইদ থাদৈ। হান্নরিবসি অহুমলক হন্ন তৌখি। মথংদ মারকানহুদ ঐগী খুজেং মিহুল য়েংহল্লি মহাকপু খাজহন্নবগীদমক মিনিট মঙা ইশাগী মিহুল লেপ-হলন্নে। মখোয় পুন্নমক্ত মিহুল য়েংহনখি যোগিগী মিহন লেপ্লগুম ঐগী মিহুনহুস্ন লেপ্লী হায়ন মখোয় মঙামক য়ায়ল্মী তাল্লকসিদ ঐগী নুপামচাহুন শ্তোভ মৈ হৌগৎলকই। ভাইহাকতংগী তুংদ থাওহু ত্রোং ত্রোং শৌরক্লে। চম্পা মচেৎতু থাও মরক্তুদ খরো খয়ো ওল্লি। কোজোন থানা কাখৎলকই, মহু কামথোক্লগ ঐগী য়েৎথংব খুৎন থাওদ লুপ্লগ ওইথংব খুৎত শ্রু শ্রু নৈশিল্লি। মহু হন্ন হন্ন তৌই। অয়োইবদ য়ুবী মকু অহু ইশারোমদ ওনশিল্লগ থয়ে। নাচোমগী অকোয়বদ নুঙ খিনবগুম লিকোন তরেৎ অহু য়ুবী মকুগী অকোয়বদ থম্মী। লিকোন-শিংহুগী মথক্ত লিক্লিদগী ঈশিংহু তপ্ন তপ্ন হৈথবদ কাওরিশিংহু লেঙব হৌরক্লে পোৎলোয়দ মখাদ তারক্লম্মী।

অচম্ব ত্রিক— মীকুপ খরদি মখোয় তুমিন তুমিন লৈনখি। ঐন মখোয়দ শন্দোক্ন তারক্লম্মী মহুদি যোগি অমদি ঐন তৌরিবহু খঙঙমদব লাইগী খুজিন থোরাংন ওইহনব নত্তে। লিক্লোনশিংগী মথক্ত হৈথরিব ঈশিংহু চম্পা মহীনি। যোগিন হৈথরিবহুস্ন ডাইলুড এসিড, চম্পা মহী নত্রগ কালৈ ওইরমগনি। লিক্লোন অসি কেলসিয়ম কার্বোনেটনি। চম্পা মহীদ য়াওব সাইট্রিক এসিডক য়েমৌনৈ। লিকোন্দ চম্পা মহী হৈথরবদি কার্বোনডাই ওক্সাইড য়াওব কোজোল ময়াম অম থোকই। কেমিকেল রিএকসন ওইরিবৈদ অকুপ্ন কোজোল লিশিং কয়ামরুম মশাদগী শোগৎলকপহুন মরম ওইহুন লিকোন মচেৎশিং অহু য়ুবী মকুদগী নানথরক্লিবনি হঞ্জিন হঞ্জিন্ন কোজোল থোরকপহুন লিকোনশিংহু নাকলদ থৈদরকপগ লোয়নন পৃথিবীন চিংশিনবদগী মখাদ তারক্লিবনি।*

অশোব থাওগী মৈশাসি অম্বুকী মতীক কল্লী মহুদি খুৎ হেক খিংজিল্লবদ শুকশোই শোয়দন পোকনি। অহুবু থাও মখল অমথক্ত

ওইরব নত্রগ মথল মঙা য়ানশিন্নরব, পাত্র মথুম হাংদোক্নু থম্নব—মনিল চৎথোকহল্লব—হায়রিব ফিভমশিংসি ওইরবদি সেন্টিগ্রেদ ডিগ্রি ১০০ দগী হেন্না শুকশা শায়োই। চম্প্রা মহীদ ঈশিংগী শরুক য়াম্না য়াওবন শৌরিব থাওদু মনিলগ লোয়নন সেন্টিগ্রেদ দিগ্রি ১০০ দ থম্মী। মহুদ য়াম্না থুন খুৎ লুপশিনব মতমদ হায়কেৎ কজন শারবসু পোকপদি পোক্লোই, খুৎ ওইদমুক য়াম্না থুন নোইশিল্লিবদু শাবগী চাং হন্থহল্লিবনি। করিগুম্ব থাওদুদ চম্প্রা মহী য়াওরমত্রবদি খুৎ পোকথোক্লমগনি।

কর্পূর হায়বসি য়াম্না থূন মনিল ওইথোকনব পোৎশক অমনি। মনিল কাগনবসিন মরম ওইদুন মৈ চাকল্লি। অচাকপ কর্পূর লৈদ থমত্রিঙৈদ ঐখোয়ন তিনবোং থোকহল্লি অমদি স্বোর শাংন চিংশিল-হোই। অচাকপ কর্পূরদু লৈদ হেক থম্নবগ ঐখোয়ন মৈরিদুগ লোয়নন স্বোর শাংন কামথোকই। স্বোর কামথোকপ লোয়ত্রিঙৈদ কর্পূরদু মপুঙ ফান ওথোকহোৌগদবনি। করিগুম্ব খুজিন থুনাস্থোক শোয়বদগী স্বোর চিংশিল্লূরবদি খুদোং থিনিঙাইনি।

### তরুকশুব তাঙ্কক

## লানজদ্রব ৱাখল মীৎয়েং

মিঃ X সরকারগী থবক্কী পোত্থারব মীশক অমনি। মরু ওইব ডিপার্টমেন্ট অমগী এসিসতেন্ট কমিসনর ওইনা থবক পুরম্বদগী মশাগী চহী ৬০ শুরক্লুন ১৯৬২ দ থবক্কী পোত্থাই। শ্রীলঙ্কাগী সোসিয়েল অমদি পোলিতিকেল মাইকৈদ মীয়াম শকখঙনরব ইমুং অমগী মীওইনি। ১৯৬৭ কী নভেম্বর তাং ২৬ ত মিঃ X ন মহাক্কী নহা ওইরিবি নুপীগ লোয়নন ঐবু উন্নব লাকখি। মিসেস X ঙ্গোইং ক্রমদ থনম্লগ মহাক্ক মথক্ত ঐগী নাক্ত কাখৎলকই। কুইন ঐঙোন্দ ৱারী শাই— "জেরেন অসি ঐগী অনীশুব নুপীনি, মাতারাদগীনি। অহানব নুপীদু হায়গী আম্ব্যাসাদর ওইরম্ব মিঃ ৱাইগী মচনুপীনি, মহাক অঙাং উন্নবদ লৈখিদ্রে, অঙাং অদুসু কোয় লৈখিদ্রে। ঐন থবক্কী পোত্থারব তুংদ জেরেনগ লুহোংই। চহী ৩ শুরবী নুপীমচা অমগ, থা ১১ গী নুপামচা অমগ, হৌজক ঐখোয়গী অঙাং অনী লৈরে।

"থা অনীগী মমাঙ নোংম নোং কয় চুব নুমিৎ অমদ, কয়িস্মু তৌনিঙাই লৈতবদগী ঐখোয়নি Tumbler Talk শায়রম্মী। মমাঙদসু অমুকথক শায়খি। ডাইনিং টেবল মথক্ত A দগী Z ফাওব চোক্ল ইরগ Tumbler দু মমৈ মকোক ওস্থোক্ল ময়াইদ থম্মী। জেরেন ইবানিগী খুদোম্ববীদু তমন্নর মথক্ত থম্মী অদুগ স্পিরিত কৌই।

স্পিরিত লাক্লে— ঙাইহাক কয়িস্মু তৌদন লৈরম্বদগী তমন্নরদু মতোমত লেঙব হৌরক্লে। কুইর কুইরগ মহাক্কী খোঙচৎ য়াংখৎলকপগ লোয়নন ময়েক্ত শোকপ হৌরক্লে। ঐখোয়ন চে অমদ তমন্নরন শোক্ল, শোকলুব ময়েকশিংদু ইশিল্লি। অহানবদ তমন্নরদ তোংলরিব স্পিরিত অদু লৈখিদ্রব প্রাইম মিনিষ্টর মিঃ S.W.R.D Bandaranaike নি। মহাক্তি ঐখোয়গী মরুপ ওইরম্বনিন ঐখোয়ন মাঙোন্দ ৱাহং কয়ামুক হংখি, পাওখুমসু চুম পীরকখি। অনীশুব স্পিরিত অদুদি খোমাস

সিলভা অমনি, ঐখোয়ন মশক খঙদে। মাগদি রারী ইশা শানয়ে। অহুমগুব স্পিরিত অহু লৈখিরব মেদাম বুনরাটনি। মহাক্ল হায়, মহুদি মপুরোইবন মহাকপু কাপতুন হাৎখি। মরিগুবদ মিঃ এনঃ এইচঃ মেথানন্দ লাকই। মহাক্ল হৌংলিঙৈদ ধর্ম্মগী ওর্গেনাইজেসন অমদ ইবানি থবক তৌমিন্নখি। মহাকন কান্নবব পাও কন্নামকুম পীরম্মী। মথংদ মিঃ টি. ইউ. দি. সিলভা লাকই। ঐখোয়গী পোলিতিকেল পার্টিগী মীশক ওইবন তরাম তরাম তৌনখি। তরুকগুব স্পিরিত অহুদি মিঃ সি. টি. জয়াসুন্দরানি, মহাক্ল ঐগী হকচাং না-য়েক্তনব চেকশিন্নু হায়ন জেরেন্দ পাওতাক পীরম্মী। চাক তোক্লগ ঙাইহাক পোথারব তুংদ তমন্নর টোক অমুকস্থ চৎথরম্মী। হন্দক্তি বিস্কুন ইহান হায় লাকখি। ঐখোয়ন রাহং খর হংলুবদ মহাক্ল অমুক ওনখৎলগ মহাকপু করিগীদমক শকখঙজিবনো হায়ন তখৎলকখি। মথংদ কাতারাগামা দেভিও লাকই। থা অনীগী মনুংদ ঐখোয়বু কাতারাগামাদ লাই খুরুম্ব লাকউ হায়ন মহাক্ল হায়রমখি।

সেন্ত জুদ থোক্লকপ— ইকোন কোয় লাকখিবহু সেণ্ট জুদকী স্পিরিতনি। জেরেনবু সনাগী খুদোপ অম মাঙোন্দ কৎহল্লকউ হায়ন ঐঙোন্দ হায়রমখি। মহাক্ল মসিমস্থ হায়রমখি মহুদি- চর্চ্চত লৈরিব মহাকী মুত্তিহুগী মখোঙদ জেরেনগীদমক অতোপ্প সনাগী খুদোপ অমস্থ থন্নমগনি, জেরেন্ন মুত্তিহুগী মাংদ কেন্দ্রলনচিংব কৎলগ খুদোপতু লোব য়াগনি। মথংগী নুমিত্ত ঐখোয়নি চৎলগ সেণ্ট জুদকী মুত্তি মখোংদ কেন্দ্রল থান্নম্মী, তৌইগুম্বসুং মকমহুদ খুদোপ্তি লৈরমদে। জেরেন্দ নীঙব কাইরম্মী অমদি মথাই নুংঙাইরমদে। তমন্নর টোক তৌদ্রন ঐখোয়ন য়ুমদ স্পিরিতশিং কৌবসি অমুক হন্ন তৌরগুমসি হায়ন হল্লকপ মতমদ ঐন জেরেন্দ হায়খি।

অহুবু ঐ খঙহন্দন জেরেন্ন নুমিদাংদ মতোমন্ত তমন্নর টোক তৌবদ সেণ্ট জুদ অমুক হন্ন লাকুন সনাগী খুদোপ থমহোদবগীদমক মহাক য়ান্ন নীংঙমহোত্রে হায়ন জেরেন্দ হায়ররে। মহাক্ল মহু তৌখিবগী

মরমদি ঐ য়াওবদগীনি অহুন মথংদদি জেরেন মতোমন্তমক লাকউ হায়রমখি। নোঙাল্লগ মনাওনুপা পুরগ মহাক চর্চত চৎলে। মহাক্ক মৈরা কপ্তুনে খুরুমজখি অদুবু খুদোপতি ফংজ্রে। ফন কুইন ঙাইরে, কপ্তুন হায়জরে, অদুবু খোঙচৎ অহুম্মু নীঙব কায়রে। খুদোপ ফংজ্রবদ মহাক চর্চতগী হনসি য়াজ্রে। কাইনথংদ মনাওনুপা অমদি ড্রাইভরন নমহুন কারদ চিংখৎলগ পুরকখি।

অঙাওবী ওইরকপ—নুমিত্তুদগী মহাক রাখল চোইরবী মী ওইরে। সেন্ট জুদকী রাতমক ঙাংই। হৌখিব চয়োল অহুম্মুকসিদি লাও খোংহুন অমদি অঙাং অম পাম্মীত হায়হুন লৈ। মীয়োনব থা মাপন শুরেম্মু হায় অদুবু মশাদদি করিগুম্ব খুদম অমত্তম্মু লৈতে। অনীগুব অঙাংসি পোকপ মতুংদগী ইবানি অমুক্ত য়ুমদিম্ক্রি মরমদি ঐহাক হৌজিক লাই নীংলি অহুন নুপী শম্মদে।

মক্কম কম্মামুক্ত পুহুন মাবু লায়েংলক্লিখসি থা অনীমুক শুরে। মহাক্কী মনাওন অকাওব রোমান কেথোলিক চর্চ অমদম্মু পুরুরবনি। অদুবু হেম্ম ফিভম শোকচিম্ম হল্লকই। মরুপ থরন হায়বদগী নয়াকাকান্দেগী চর্চ অমদমুক পুরুরে। মহুম্মু কাম্নফম খঙদে। মথংদ স্বর্থসেয়ার অমদ য়েংহনবদ হায়রে, "জেরেন্দ য়েৎলিবসি 'কালুকুমারিয়া' কোবী হীংচাবীনি। ফনবগীদমক পৈশা চঙন পুজা তৌরে। ফংত্রে। মথংদ পামানকাদাগী মাইব অমদমুক য়েংহল্লে, মহুদ ঐগী অহানব নুপীহুগী স্পিরিত চঙহুন নারিবনি হায়রকই, মহুগীদমক মহাক্ক মন্ত্র শোল্লব থাও তৈ-খোত্তুন য়েংলে, যন্ত্র কম্নাম্মু মখ্বাংদ শীজিনবিরে অদুবু অমত্ত কাম্নব ফংজ্রে।

কাইনথংদ অকাওব শুথ সেয়ার নুপী অমদ পুরে। মহাকন "অঞ্জানামালায়াদ" য়েংলগ ঐখোয়গী য়ুমগী চাওরাকপ থর ফাওরে। থরদি অচুম্ব য়াওই। মহাকন হায়, য়েকনব মী অমন জেরেন্দ অথম্নব হু অম পীজখ্রে। হু লোথোক্লবগীদমক মাইবীহুন করিগুম্ব থর পীথকই ঙাইহাক লৈরগ জেরেন্দু ওথোরকই। মাইবীহুন শেল ময়াম অম লোখি

শহুবু অয়েৎপদি হৌজিকন্থু লৈখি। মথংদ রাতালাগী য়োমান কেথো-লিক প্রিষ্ট অমদমুক য়েংহল্লি। মহাক্ন সৈতান চঙবদগীনি হায়, হোলি রাতার খর পীথকপগ লোয়নন ক্রোসত মমাইবক শোক্তুনে থুরুমহল্লি। কাম্নদে। তমর্ব্ব টোক ভোব অমন হায়বদগী কাতারাগামাগী লাইশংদ অমুক পুয়ে। মকমহুদ পুজা তৌখিঙৈদ মহাক রাম্বগ্রে। লাইকমহ চৎলুবদগী লোংমদি করম্মী অহুবু অমুক হৌরক্লে অয়োইবদ মাতালাদগী মাইব খর কৌয়ে, মখোয়ন অহীং চুপ্প পুজা তৌই, পুজা তৌখিঙৈ মচুংদ মাইবশিংহুগ লোয়নন জেরেম্ন জগোই শাই। মতমহুদ মাইবহুন মহাক কনানো হায়হুন জেরেন্দ হংই। মহুদ ঐগী অহানব হুপীগী স্পিরিতনি হায়ন খুমখি। য়েন অম কৎলবদি জেরেনগী হকচাংদগী থোকখিগনিস্থ হায়রকই, অহুন য়েন অম হাৎলে। মহাক পুং অমমুক রাম্বরুই। অয়ুক্ত খর কবঙম তৌরম্মী। লাই খুরুম্মীবগী লুপা পৈশা পীগ্রে। মখোয়ন চৎগ্রব মতুংদ নহা অমন ঐঙোন্দ মথংদ অমুক হৌরক্লবদি অদোমগ উন্নজো হায়বিরম্মী। ঙরাংদগী অমুক মীয়োনবগী রা পল্লহুন লাও-খোংব হৌরক্লে। অহুন লাকচরিবসিনি।

রারী—মতাংহু য়োৌরকপদ মহাক মথাদ কুমথহনগ্রে অহুগ মহাকী হুপীহু মথক্ত কৌখৎলে। জেরেম্ন কাখৎলকপদ ময়োন্দি শেংদন মচৌন্দ মুরুম মুরুম শোল্লি। ঐগী হুপীন জেরেনবু কমুং মথক্ত পোথাহল্লি। জেরেন মতমগী চৎনবী মওংদ মমল য়াম্ব শাড়ী শেৎলি। চহী ৪৪ শুরবস্থু য়াম্ন নহা ওইন উরি। মশা-মউ ফরি, লকোই অমুনবঙম কুচু কুমেন মশেক মঙান থোকই। য়েংবদ ইরাং পুরমগদব মাল্লবস্থু নোল্লকপ অমদি মপুক কব মীওইনি, চেকশিন থম্বম য়োক্রকপগী মমি তাই।

লাইট হীপনোসিস তৌহুন রা হংবদ মহাক্ন থুম্মী, "ঐগী য়ুম মাটা-রাদনি, মাটারা কনভেন্টদ লাইরিক তম্নকই। থর্ম্মগী ক্লাসত কেথোলিক নত্তবমথৈ চঙব য়াদে হায়ব লৈতবনিন ঐদি ইমাম্নবীশিংগ লোয়নন খৃষ্টান ক্লাসদ অমদি মখোয়ন লাই থুরুম্বহুদ অহুমক য়াওরকই। ইপুরোইবগ ইবানিমক বুদ্ধিষ্টনি। ঐগী হুপাগী অনীমক শুব লুহোংব ওইরবস্থু ঐগীদি

মচুন অহানবনি। ঐখোয় য়াম্না নুংঙাইবন অমন অমবু ইকাই খুম্নবগ লোয়ননা যুম্বানমদৈন্নে। অনীশুব অঙাংসি পোক্লব তুংদা ইবানিন অঙাং পোক্লগুম্সি হায়না খল্লখি, মচু করিগুম্ব খুদোং চাদব অম লাক্লবদি ইচাশিংসি মতৌক চান শেম্ব ওয়োইটর খনবদগীনি। লাই নীংকম কাদ মহাক্ন খোঙ লোনশিল্লগ তুম্মী। অতোপ্প কাদ ঐন অঙাংশিংগ তুম্মী। লাই নীংকম কাদ লোর্ড বুদ্ধগী মুর্ত্তি অচুগ নাকন্দা বিষ্ণু অমদি কাতা রাগামা দেভিওগী মুর্ত্তি লৈ। মুর্ত্তিচুগী মমাঙদা থাওগী মৈ অম নুমিৎ চুপ্প থাল্লি। নুমিৎ খুদিংগী লৈ-সু কৎলি। লুপা পৈশাগীদি ঐখোয় মরাঙ কায়। ঐগী ইপুরোইবদি পুকচেল চাওই অমদি মীনুংশি লৈ। ঐখোয়না অতোপ্পগী ধর্ম্মবুসু ইকাই খুম্মৈ। পুজা নুমিৎ খুদিংগী ঐখোয় লাইশঙদা চৎলি। ঐ ইতোমত তমল্লর টোক শান্নব মতমদ সেণ্ট জুদন ঐঙোন্দ রা কয়ামরুম হায়খি, মচু ঐগী নীপাদ তাহল্লমু হায়। মহাক্ন ঐবু নুংশি হায় অমদি নহানমুক্কী মপোক্ত ঐসি মহাক্কী নুপী ওইরম্মী হায়। মমাঙগী মপোক্ত ঐগী মিং রোজ কৌই অচুগ মহাক্কী মিংন রোজি রামুজ কৌই। অচুন মথংগী মপোক্ত মহাক্ন ঐগী ইপুরোইব ওইগনিসু হায়। তমল্লর টোক লোয়রগ মিঃ জুদন অহৌংদ য়াম্না তোয়ন ঐগী ইনাক্ত লাকই অমদি ঐগী ইনাক্ত তুম্মৈ। করিগুম্ব মতমদ ঐগী নীপান য়ুমদ লৈত্রিবৈদ মহাক্ন চাকথুমদ চংঙকই অচুগ ঐবু বাথরুমদ চিংশিল্লি। মকমচুদ মান ঐবু কোনশিনবী অমদি ঐবু নুংশিব তম্মী। করিগুম্বদন মহাকন ঐগী কি লৌথোকপী অচুগ ঐগী হকচাংদ ক্রোস মার্ক য়েকপী। মরক মরক্ত মহাকন নাদি নাহন্দন ঐঙোন্দ হেক হেক চীকই।" মতাং অসিদ মহাকন করিমত্ত চীংনব তৌদন মহাক্কী ফুরিত্ত হায়দোক্লগ ক্রোসকী মওং মানব মহাক্কী থবাক্ত খুজিন্ন খোৎপগী অমদি মথুৎ য়েত্ত চীকপগী দাককম লৈরিবম্ন য়েংহল্লি। মহাকন মখা তারকই "মহাকন থৌজানবিবদগী ঐনম্ন মাবু য়াম্না পায়ে। মহাক মশক মতো য়াম্না কজে, মুত্তিদ উবচুগ মহাক্ন পুমথেল থেৎমৈ। মকোই শৃৎ নাম্ন কোকই' মহাকন হায়রিব রাশিংচু নীপাদ তমথোক্লবদি ঐগী ওকশম

কক্কথৎকনি হায়রুন নোংম চে অমদ ইরকখি। নোংমন ঐগী কুজ খুদোপ অমদি নাচোম অনীমক মহাকন লৌখি। অহুমক হন্ন ঐগী মোন মথাদ মহাক্ল লুপা ১০০০, লুপা ১৬০০ অমদি লুপা ৪০০ থন্নমখি।" রাহৈশিংসি হায়রগ মহাক্ কন্ন কপখৎলক্লে। করিগী কপ্লিবনো হংবদ মহাকন খুম্মী, "ঐ অঙাং অম পোক্লগনি, হৌজিক থা মাপন শুরে। মথংগী থাদ অঙাংসি পোকপদ অয়োনব অঙাংনি হায়বসি ময়ামন খঙনগ্নগনি। লোম্বা লোম্থৎপকী অঙাংসি পোক্কদৌ শরুক ঐহাক শিবন হেন্ন ফরে।"

মতাংসিদ মহাক হৌগৎহল্লে। ঐগী নুপীদ মহাকপু মথাদ পুথহনগ্নগ মিঃ x অমুক কৌখৎলে।

হৌরকফম— মিঃ x ন হেক কমথররবগ ১৯৬৪ জানুয়ারি তাং ১২ গী Ceylon Observer (Sunday Edition) অম ঐন পীশিল্লি। মহুদ ঐন পাহুকাদ থেংনরুব মাগী থৌদোক্কৃগ চপ মান্নব রারি অম য়াওরি। লতা কৌবি স্কুল তম্মীবি নুপীমচা অমগী রারিনি। মহাক্কী শিগ্নব নুংশিনজরন্ন মুপা অমগী স্পিরিতক অহীংদ উন্নহুন নুংশি নুংঙন রারি শান্নবগী মোল্লুং লাইচুহুন নাবগী থৌদোক্কি। মিঃ x ন মহু পাব লোয়বগ ঐন হায় "অদোমগী নুপীগী রাকমসি হৌজিক পাবিরিবহুগ মান্নে, মসি অদোম্ন থোকহনবীবনি।" মাঙোন্দ মরাল শীজিনবহুদ মহাক হেন্ন মথরাই নুংঙাইত্রে। "নখোয় অনীমক্কী রাখলদ অপংব অমদি অমম্বদ থাজবগী মমি মম্নাম অমন কুপশিন্দুন লৈরে। স্পিরিত-শিংসি অহীংব পোৎনি, মখোয়বু তমন্নর নল্লগ planchette শিজিন্নহুন কৌরগ রাহং পাওহংব য়াই হায়রিবসি মখোং হুক্কব রানি। জেরেনগী রাখল চোইরিবসি তমন্নর তোক শন্নবদগীনি। মহাক য়াম্ন সেনসিত্তিভ ওইব মীশকনীন মহাকন অঙাং ওইরিডৈদগী হৌন লান্ন উরকপ— ভুত প্রেত, যাতু, পুজা, লাই তানব অমদি অতৈ অতৈ অপং থাজবগী মনিল ময়াম অহু কোকপ ঙমদন মাঙোন্দ ওমহুন লৈ অহুন মশাগী রাখলগী কোমদ ইরাকনবনি।

"তময়র মথক্ত নখোয় অনীমক্কী খুদোম্বী থম্নবস্থু মহুবু লেংহল্লিবদি জেবেনগী তোংশাগী psycho-motor movement ননি। মরম-সিননি হুম্মিদাংদ মতোমত শাম্নরবস্থু তময়র অদ, লেংলিব। মিং বম্মারানাইক, মেদাম বুনরাট অমদি অতৈ মীওই কমামক্লমগী ম্পিরিত খোয়ক্লিব অমদি রারি শাম্নরিবহু অশেংব খোদোক নত্তে। তময়র লেওলকপম্বুদ জেবেনগী মশাদ পাখংপ অম পোকখ্রবনি। পুম্নমকসি মহাক্কী unconscious mind দগী লাকপনি conscious knowledge দগী নত্তে। অসিগুম্ব অওকপ খোদোক রাখোকশিংসিন মহাক্কী অশোনব পুকনিংদ অকায়ব ময়্ম পী। তময়র তোক মতমদ সেন্ট জুদ খোয়ক্লীবগী মরমদি মতীক চান অরাম খোয়াংব লৈয়িব শাকবী মুপী অমগী Sex gland শিংবু চয়া হেনহনবদগীনি। তময়র তোক শাম্নব হৌব নুমিৎতুদগী মহাক পেং চোইরব কিভমদ লৈরবনি, ওইম্রিব মোম্রং লাই চুবগী খোদোক পুম্নমকসি মাঙোন্দদি Subjective reality নি অহুবু মসি objective factual দি নত্তে। মুংশি পাওজেল পুহুন লাক্লিব সেন্ট জুদ, মহাক্কী খোয়জী মীহুন তম্ব, মোন মখাদ পৈশা লৈয়ম্ব, খুদোপকী রাশক, মথংগী মপোক্ত অমুক লুহোংবগী রাকম হায়রিব পুম্নমকসি মহাক্ক পামজক্লব মোম্রংহুগী মমিনি। অমুকস্থু কূজ খুদোপ অমদি নাচোম মাংম্রিব, হকচাংদ দাককম অমদি চীককম তারিবশিংহু মহাক মশামক্ক খঙজদব মওং অমদ তৌখিবনি।

"অদোমগুম্ন লাইরিক লাইশু হৈরব মীওই অমন psychiatrist শিংগ তায়রমদন (অপংব, থাজগনব মীওইশিংদগী শেল চাখোকপীব) শেম্রাং মাইবশিংগী মনাক্ত কুম্ন, রিবসি লাইবক থীবনি। নহাক্কী VIP মক্লপশিংন লৈবাক্কী ওইব রাকমদ কাওব হায়রিব charlantan শিংহুগ তাখোক তাশিন তৌবহু উক্লবদগী নহাকস্থু মাইকৈদোমদ চংশিনব ওইরমগনি খল্লি।"

হীদাক— জেবেনগী অনাবদি তশেংনমক রাখলগীনি, মসিদ ম্পিরিত অমদি হুনচিংব অমত্ত য়াওদে। অদোম খোদাং অম লৌবিব তাই

মতুদি ঙসিদগী হৌন জেরেনগী মকমদ মপুরোইব অমগী হৌনবিহু তৌবিয়ু অহুগ মেডিতেসন তৌবসু পোথাবীরো। নহাক্কী নুপীগী খ্বাইদগী মরু ওইব চহী মতাং অসিদ ইন্দ্রিশিং চরা হেলহনব হায়বসি য়াম্ন পঙবগী থবক্নি। করিগুম্ব অদোম্ন থম্ন চহী য়াম্বী নুপী অম লৌরম্নবদি মসি থোক্লমলোইদবনি। অঙাং মশিং য়ামহন্নীংজ্রবস্থু মেডিতেসন তৌবগী মহুৎত কেমিলি প্লানিং ক্লিনিকত চৎলম্নবদি হেন্ন করমগনি। নহা ওইবী নুপী অম লৌরগ মেডিতেসন তৌহুন লৈথোকপিম্নিবহু, অদোম শাথীন শোম্নরে! :

করিগুম্ব জেরেন্ন লমকেৎ লমহাইদবী অমদি নোম্লুকপী নুপী অম ওইরমজ্রবদি মহাক্কী হকচাংগী থোরাংবহু কোক্রবগীদমক clandes-tine method শিজিন্নরমগনি। মতুগী মহুত্ত মোঙ্গ্রংগী পাম্বৈ শিজিন্নহুন মহাক্কী য়াম্ন মথো তারিব থোরাংবহু কোকহঞ্জারিব অসি য়াম্ন ফৈ। নিংথো মচাগুম্নব মঙলানগী সেণ্ট জুড অহু মহাক্কী uncon-scious mind দত্ত উবনি।"

থাজবগ লোয়নন মিঃ X ন ঐন হায়রিব খুদিংমক তৌগনি হায়রম্মী। মহাক কুমথগ্রে। জেরেন অমুক মথক্ত কৌখৎলে। ঐগী নুপীন মহাকপু হীপ্তুনে পোথাহল্লী। ফজন হিপনোতাইস তৌরব তুংদ ঐন মাঙোন্দ হায়খি :—

"নঙগী মাঙদ লেপ্লিবসি সেণ্ট জুডনি। লাক্লিবসি মহাক্কী অরোইব থোঙচৎলি, নহাক কায়নরসি হায়ব লাক্লিবনি।"

রাহৈশিংসি তাবদ অমদি নিংথোমচাগুম্ন নিংথিজবর মহাক্কী মথংলেন্দ উবদ জেরেনগী মায়থোংদ হায়ঙমদব অর-নুঙাই য়াম্নরব শক্লোন অম ফোংদোক্লকখি।

মাঙোন্দ অমুকস্থু হায়খি, "সেণ্ট জুডন মহাক্কী মচাহু নহাক্কী নাওফমদগী লৌথোক্লুন পুথ্রগনি। মহাক ঙসিদগী অমুক হন্ন নঙগী নাক্ত লাক্লরোই। মতুগী মহুৎত নপুরোইবন নহাক্কী নাক্ত নুংতিগী লাক্লগনি।

মহাক্ন নঙবু য়াম্ন লুন তৌবীরগনি। ঙসিদগী হৌন নখোয় অনীমক য়াম্ন নুংশিনবগ লোয়নন নখোয়গী অঙাংশিংগ লোয়নন য়াম্ন নুংঙাইন লৈরগনি।”

অস্ময় hypnotic suggestion পীরব তুংদ মহাক্কী মোমোন নোক্লবী মুপীগ লোয়নন মিঃ X তু হয়াঙ হয়াঙ ময়ুমদ হনখ্রে।

থা অমগী তুংদ মিঃ X মতৈ মনাওন মখোয়গী নুংঙাইব কোং-দোক্লহন খুদোলপোৎ ময়াম অমগ লোয়নন ঐখোয়বু উন্নব লাকখি। য়ায়ী শান্নব মরক্ত ঐন—মসিগী য়ারিসি ফ্রান্স, স্পেন অমদি ইটালিগুম্ব লৈবাক্ত শন্দোক্লবদি য়াম্ন কান্নগনি অহুন কোংদোকপ য়াবগী অয়াব মখোয়গী মকমদগী পাশ্মী হায়খি।

“লৈবাকশিংহুদদি কয়িগী ?” জেরেম্ন হংলকই।

“কয়িগুম্ব লৈবাকশিংহুদ নহাক লৈরম্লবদি তশেংন ভুত তোংলবী ঋষি অম হায়বদো নহাক ওইজরম্লগদবনি।” ঐন খুমখি।

তরেৎশুব তাঙ্কক

# মতম মাঙহনব ভূত

খোঁদোক অসি অরোন সিংহোগী য়ুমদ থোকখিবনি। ভূত অমন অরোন সিংহো, মতাক্কী নুপী (পোড়ি হামি) অমদি অমত্ত ভাইজয়বি মচানুপী প্রেমাবতিবু ওৎপিয়ক্লীবসি থা নিপাল শুরক্লে। মঙারক হন্ন পুজা তৌগ্রে অদুবু ভূত্ত্ব মখোয়গী ইমুংদ অদুমক নৈশিনদুন লৈরে। ভূত্তুন য়ুম মনুংদ নুঙ অমদি লৈঙোই লংশিল্লকই। চক্ষু উয়ান, কপ প্রেত, গ্রাসনচিংব হেক্ত লংখাইয়কই। থাওমৈ মুথৎলি। উদব খুৎ অমন প্রেমাবতিগী মশম ককথৎলি। মকম ইখঙ খঙহৌদন ভূত্তুন ইব চিঠি য়ুম মনুংদ থাদয়কই। মুংশিত্ত পোৎ-চৈ পাইখৎলি। উপু মনুংদ থম্ব ফিরোল কাতিন চপথৎলি। কক্লাংদ করি ক্রিনো ইশিল্লী। চাক থোংলিঙৈদ চফুদ লৈঙোই হাপচিল্লকই ........ অসিনচিংব।

মসিগী মতাংদ ঐবু কৌরকপদগী ঐগী নুপীগ পাওমী থরগ লোয়নন ঐখোয় ১৯৬৩ নবেম্বরগী তাং ২৫ নিংথৌকাব নুমিত্ত কলম্বোগী পানালুরা হায়ব অরোন সিংহোগী লৈকমদুদ চৎলি। শাংন কার থোরব তুংদ মিগোদা জংসনদগী অমুক পানালুরা লম্বীদ হায়থদুন মাইল অহুম চৎলগ কার থামলে। হৌজিক কৌ অমদি য়বর পাম্বী হোব মাইল মথাইমুক্কী লোবুক অম কাওদুন থোঙন চৎলগ অরোন সিংহোগী য়ুম য়্যৌগদবনি।

অরোন সিংহোগী য়ুমদ ভূত চংবগী পাওদু লমদমদুদ লৈব মী পুন্নমকস্থু খঙনরম্মী অদুন নুমিৎ খুদিংগী নুপী অঙাং হনু হনা কয়ান ককচেং চৎপগুম মহাক্কী য়ুমদ মরী মরী চৎনরম্মী। ঐখোয়ন খোঙন চৎপ হৌরকপদ মীয়াম অমন ঐখোয়বু ওমশিন্দুন য়্যেংনখি (খবর অমদি চেকোংদগী ঐগী কোতো উখিব অমদি য়ারী তাব মী য়াওবজাৎনি) ময়ামদুগ লোয়নন ঐখোয় পুন্ন চৎমীয়রে। লম্বী চৎলিঙৈদ ঐগী নুপীন খঙলাও লাওরকখি ময়াম পুন্নমক থ্রুকৎনখি। নুপী অনী চঙদুন মহাক্কী

খোঙদ নপ্পীব তীনকাহু চিংখোকই। ময়ামহু থীক থীক্ক নোকখি। নুংথিলগী পুং ৩.৩০ তাবদ অরোন সিংহোগী য়ুমদ ঐখোয় থ্ংলে।

ভুতন নৈথাইরব য়ুম— অরোন সিংহোগী পিকলপ তৌব অহনব য়ুমহু ররর পাম্বীন ইকোয় কোয়শিল্লী। ঐখোয়ন হেক চঙবদ "য়ুম অসি ভুতন লান্দারে!" হায়রন কক্লাংদ সিনহলি লোন্দ মৈতাম চাওন ইরিবহু উই। কনান ইবনো হংবদ অরোন সিংহোন খুম্মী, "থা অনীগা মমাঙদ ভুতন ইরম্বনি। য়ুম মনুংদ ময়াম অমম্থ ইরি।" কা অনীগী য়ুমনি, ঐখোয় অচৌবহুদ চঙলে। কক্লাংগী মাইকৈ মরীমক শিন থ্ংন ইরিবহু অয়াম্বন সিনহলি লোন্দনি। বনানস্থ য়াম্ন লাল্লী, মরক মরক্তস্থ ইংলিসন ই, মহুস্থ মথক মথা ওন্নব য়াওই, মসিন তাকপদি ভুত্তু ইংলিস তমথংলকপত ঙাইরি, কজন হৈত্রি হায়বনি। মকম থরদদি পাব খোক্তবমখৈ অমগী মথক্ত অম লোনশিন্দ্ন ইশিল্লি।

ভুত (***Poltergeist***)— অরোন সিংহো মতৈ মনাওন রারী হৌরকই, "ইহান হায় ভুত অসিন তৌরকাখবদি য়ুমথক্তগী লৈঙোই চাইথরকপনি, অহুগী মথংদ নুঙ লঙকখি। চেক তঙ্খাইমুক চাঙব নুঙ ফাঙব য়াওরকাখ। থরান লৈরগ কপ-প্লেট, চফু-উয়ান নুংশিত্ত পাইব হৌরকখি, উপু মনুংদ শো লোনশিন্দুন থম্লফাওবদ হেক্ত পাইখোরকই। ভুতসিন থ্গাইরিবসি কপ-প্লেট ১৫ শুরে। লৈপাক্কী চফু কয়া অমম্থ থ্গাইখ্রে। মী চীঙ্কপ মতমদ চাকথুমদগী চফু মতোমত থরো থরো ওন্দ্ন থোরকই। ঐগী ইচানুপী প্রেমাবতিন লৈব মকমদত ভুতসি লৈ। মশাক্তি উদন থাঙমৈ কামহুন মুথংলিবসিম্থ মশিং য়াম্রে। ঐখোয়ন নুংশিং চংদনব খোঙ খোঙনাও পুম্নমক লোনশিল্লবস্থ কায়দে। মঙারক শুরে পুজা তৌরিব অহুবু কব ঙমদে। নহানস্থ পুজা অম তৌথিবত ঙাইরি। ভুতন প্রেমাবতিগী মশম তুবৎ তুবৎ ককথংলিবসি মঙারক্তি শুরে।" তাঞ্জা অসিদ পোডিহামিন চেখাঙদগী শম মপুন মচা অম পুখোক্তুন উংলকই, মহু হায় প্রেমাবতিগী মকোক্ত হৌরম্বনি। শমশিংহু হায়কেৎ য়াম্মী।

ভূতন শম্ম ককপদ চাকথুমগী থাঙ মচাশি শিজিন্নৈ। অককপ শম্মগ থাঙগ লৈমাইদ থাদরকপ মতমদত প্রেমাবতিন মশম ককপ্রে হায়রসি থঙজি মচুদ মহাক্ক পাথঙ্ন লাওরকই। ঐখোয়ন চেনশিনব মতমদ থাঙগ শম্মগ লৈমাইদ তারম্মী।

য়ুম্মগী পোৎ চৈদ তাইনব—"উপু মমুংদ থম্ম প্রেমাবতিগী ক্লোক অমগ ঐগী শাড়ি থরগম্মু ভূতসিন শেগাইপ্রে।" পোড়ি হামিন মথা তারকই। শেগাইরব শাড়ি মচেৎশিংহুন লাইখি শাই। মচেৎ থরন জেকেটকি মঙংমু শাই। নোংমদি থম্ম যোয়োক য়ুবিনচিংব ময়াম অম চাইখাইরম্মী। চাক শোরিবৈদ লৈঙোই থাদরকুন ঐখোয় কয়ারক চয়া হেনগ্রবনি। অমুকথক প্রেমাবতিদগী চাক পুথম লাকখি মশক্তি উহৌদে। উপু মঙুংদগী মাংখিব কিশিংহু কাইনথংদ নোংম দোলান মথক্তগী কংখি। মতম থর মথুরাগী য়ুমদ প্রেমাবতি থম্মুই মচুদমু ভূতু অহুমক ইম্মখি। মহাক্ক মক্ষমচুদ লৈরিবৈদ, প্রেমাবতিবু মমা মপাগী মনাক্ত থাখো নক্রবদি ঘড়ি থুগাইগনি হায়ন ভূতুন মথুরাহুদ চিঠি ইরকখি। ভূত অহুন রানাসিংহগী (মথুরা) মচাগী শজোম ইন্নব লীক্লিহু কমুংদগী থাদহুন থুগাইখি। নংশিল্লক্রব ররর মহীদ ররর মকু লংশিল্লকই। য়ুমদ মী য়ায় তীল্লবদি ভূতন মখোয়দ নুঙন খোমজিল্লকই, কয়িগুম্ম মতমদ মীগী মমিং ইরগ লংশিল্লকপম্মু য়াওই।

খিজিনব— ইমুংহুদ তিল্লিব মীয়ামহু লাকশিনব অয়াইব থবক ওইরমদে। ঐন কাব ভূত য়েংগনি হায়হুন মীয়াম পুম্মমক্ত খোরাংম ঙাইনরি। ঐন ভূতু মঙকশম পায়হুন ইমুংদগী চিংখোক্লকনি হায়ন মখোয়ন থম্নরথমু কনান থঙব। ইনভেসতিগেসন তৌব হৌনবগীদমক ঐন ময়াম পুম্মমক মপান্দ লেঙথোকপীনব হায়জখি মচুদ মখোয় পুম্মমক কেপ্তেনগী য়াথং মতুং ইন্ন লাম্মীশিংন চৎপগুম মরী মরী খোরুপ্রে।

য়াজে-ন কেমেরা সৎ পুখোক্তুন কক্লাংগী মাইকৈ মরীমক কৎ-কৎ কাঞ্জী। কা মঙুংদ ঐখোয় মরী লৈ, তিজে কারাতনেন ইবগী থবক তৌই, মিগোদা বিদ্যালয়গী প্রিন্সিপাল গুনাসেকারা, মহাক্ক লোল

হন্দোকই অমদি ঐগী নুপী। য়ুমহুগী মীওই অহুম ঐন তোঙান তোঙান কৌশিন্দুন রা হংলে। মখোয় পুম্নমক মশা মশাগী মমিৎমক্ক হেক উব রাহুত্তমক হায়হল্লমী। অরোন সিংহোদগী হৌরগ প্রেমাবতিদ লোইশিল্লি। মহুদ মখাগী রাকমশিংসি কংখি।

থৌদোক— অরোন সিংহো চহী ৬২ শুরে, মহাক্নী নুপীগীন ৫৪ নি। মখোয় অনী ১৯৪৮ দ লুহোংঙি, মখোয় অঙাং পোক্তে। মখোয়ন প্রেমাবতিবু নুমিৎ ১৫ নিত ঙাইরিভৈদগী য়োকখিবনি। অঙাং অসিগী অশেংব মমা মপা কনানো হায়বসি খঙখিদে। অশেংব মমা অহুনদি প্রেমাবতিবু হিংহন্নীংদবনি। হৌজিক প্রেমাবতি চহী ১২ শুরে, লাইরিক য়াম্ন শোল্লি, চহী ১২ শুরবসু ক্লাসতি ৩শুবদ অহুমক লৈরি। চহীতুগ য়েংনরুরবদি মহাক চাওব য়াম্ন থীল্লে, পাক হেক মীওই শুগদৌব মান্দে।

স্কুলদ নত্রগ য়ুমদ প্রেমাবতিগ শাম্নমিন্নব মমান্নব কনাসু লৈতে। অঙাং মাংগনি হায়হুন পোড়ি হামীন লৈকাইগী অঙাংশিংবু মহাক্নী য়ুমদ চঙহন্দে। প্রেমাবতিবু অতোপ্প মমান্নবীশিংগ তোৎন তিন্নহন্দে, তোঙাম্ন থম্মী।

প্রেমাবতিবু মখোয়ন হেক পোকচব মচাগুম লুন য়োকচৈ, অয়োকপনি হায়বসি খঙহন্দে। খা নীপালমুক্নী মমাংদ নোংম মমান্ন-বীশিংন অয়োকপনি হায়ন লক্লরকই হায়হুন প্রেমাবতি কপ্ন কপ্ন স্কুলদগী হল্লকখি। অরোন সিংহো মতৈ মনাওন মখোয়ন হায়রিবহু অচুম্ব নত্তে, কাল্লি তৌরিবনি হায়হুন মচানুপীবু থেমজিনবী। অঙাশিংন নুংতিগী লক্কবদগী মহাক স্কুল চৎপ ইকাইরে, কাইনথংদদি প্রেমাবতি স্কুল চৎলু য়াত্রে।

প্রেমাবতি— ঐন প্রেমাবতিদ রা হংব মতমদ থম্ন চেকশিন্ন হোৎনৈ। মাবু হয়াও তম্নাম্ন, য়াম্ন থোৎ মেঙন অমদি নুংশিন লোয়নবী। ঐগী নাত্তোন্দ মহাক্নী মীৎয়েং থমহল্লি। পুংথাইমুক রারী শারব তুংদ মহাক থোকহনত্রে অহুগ মমা মপাহু অমুক কৌশিল্লি। মিনিট ১০ মুক্নী তুংদ ঐখোম্ন পুম্নমক মপান থোকমীন্নবক্নে।

ঐন গুমাঙদ খোল্লক্লগ তিল্লিব মীয়ামহুদ লাওখোক্লম্মী, "খুদক সিদগী হৌন য়ুমসিদ অয়েৎপ অমত্ত লৈরুরোই। ভূত হায়বহুদি য়ুমসিদ লৈব নত্তে অহুবু মহু তাম্মোক্লবগীদমক অরোন সিংহোন মাইবশিংদ লুপা লৈশিং অম তিংখোকখ্রে। য়ুমসিদ তৌরম্লিব ময়ামহু ইমুংসিগী রাখল চোইরব মী অমননি। হায়রিব মীওইহুন অমুক হন্ন তৌররোই হায়ন ঐঙোন্দ রাশক্লে। করিগুম্ব অমুক হৌরক্লবদি হায়রিব মীওই অসি mental specialist অমদ লাম্মেংবিগদবনি, পুজা তৌবনদি কায়রোই, থায়নগী মীওইশিংন হকচাং অমদি রাখলগী অনাবশিংসি "কত্তব স্পিরিত চঙহুন তৌরিবনি হায়ন খল্লী অমদি খয়োম চবান থাদোক্লগ কৈ হায়ন থাজৈ। ওসিম্ব থায়নগী চাওখৎত্রিব রাখল্লোনদ থাজব মীশিংন অসিগুম্ব অনাবসি ফনবগীদমক খয়োম চবান তৌই।"

ময়াম্ব খুবাক খুহুন থাগৎপ কোংদোক্লকই হল্লকপদ মিঃ গুনা-সেকারান য়াদবদগী মহাক্তী মিগোডা মহাবিত্তালয়গী বংলোদ ওাইহাক পল্লম্মী। মিসেস গুনাসেকারান চা লোন্দনুন পুখোক্লকই।

শন্দোক্ল নৈনব— ঐখোয় ময়াম চা থক্লিজৈদ প্রেমাবতিন pol-tergist-ওইরকখিবগী রাকমহু ঐন অমুক নৌংশিংজি, "মহাক্ল অহুক নুংশিজরিব মমা মপা অনীহুবু অশেংব মমা মপা নত্তে হায়ন খওলকপ মীকুপ্তুদ মাঙোন্দ অচোব রাখলগী চৈথেং অম ফংখি। অঙাং ওইরিজৈগী মতমদ মহাকপু লুন-চায় তৌবিব মীশক অম মাঙখিব হায়বসি য়াম্ব থম্মোয় শোক্লিংঙাইনি, মসি কনাগুম্ব নুংশিনব (sexual love) অম মাঙখিবদ লৈশাবী অমন ফংব অরাব চৈথেংদুগ মান্নৈ। হায়রিব অরাব চৈথেংসিন মহাকপু অঙাওবী ওইহনবনি।

"অরোন সিংহো মতৈ মনাওন অঙাংসিবু লৈকাইগী অঙাংশিংগ তোংন ভিন্নহন্দবগী মরমদি অশেংব রারীহুবু লোৎশিন্নব হোৎনবদ ওইরমগনি। মখোয়ন তোৎন ভিন্নহন্দব অহুন খুৎশেমগী অশোয়ব অম ওইখি। প্রেমাবতিন মশান মশমহু ককথৎচবনি মরমদি মহাক মশানদি খওজদন মশম তেনব স্কুলগী অঙাংশিহু ওইনিংজি। মশাগী চহী ১২

শুরবসু মহাক্নী রাখলদ্বি চহী ৬/৭ তগী হেন্দ্রি । চহী ৬/৭ কী অঙাংশিংন লাইথি শান্নব পাম্বগুম মহাকসু লাইথি শান্নবিংত্তি অদুন মহাক্ন মমাগী শাড়ী শেগাইরগ লাইথি শারিবনি ।

"মহাক্ন লাইথিক শোল্লিবসি intelligence রাংপদগীনি । মহাক্ন অশেংব মমাগী অঙাং থাঙদ লৈরিবঁদ রৈথনব হোৎনখি, অদুগীসু মথক্ত পোকপ নৌরিবঁদ সুমিৎ ১৫ নিসু মীরাইবিখি । মতুগী তুংদ মহাকপু লংথোক্লকপনি । মহাক্নী হকচাং অমদি রাখলগী চাওখৎপ থেংথরিব অমদি পেৎ-পেৎ নারিবসি মহাক্নী মপুন্সি মরু হুন্নকপ মতমদ শাথীন ওৎপীখিব অদুননি । হৌজিক অঙাং অসিবু মশা-মউ কন মীরক ত্তিলহন্নব হোৎনব হায়বসি অরোন সিংহো মতৈ মনাওন য়াম হৈ-শিংন চেকশিন্ন য়োকপী থাকপীবগী মথা পোল্লি ।"

"মখোয় মতৈ মনাও অনীন অকি তুজুংনিঙাই অইব রারী কয়া লীথিবহু ময়ামসু ত্তাবিরিবহুনি । মখোয়গী রারীশিংহু ঐন থাজথিবদি নত্তে, ইনভেসতিগেসন ভৌব য়ানব রারীশিংহু অদুমক ত্তাবগী রানি ।

য়ুমদ ভূত চঙলে হায়ন ইমুংহুগী মীওইশিংন খল্লবদি মখোয় অকিব খরগ লোয়নন হীংলবনি, মহুন মশাবু মীনমজহল্লি । অসিগুম্ব কিন্তম অসিদ ভুত শাজিন্নরিব মী মশাহুনসু হায়দোকচন্নব অদুগ লৈমীন্নরিবশিং-হুনসু খঙব (কাব) ওমন্নব, মতাংদুদনি লৈসু লৈতব ভুত্তদ ত্তাইশিন্নরিব । মখোয়গী পুক্নিংগী কিন্তম অদু শাথীন শোকথরবনি । অদুন মখোয়ন লেপচরিব পুক্নিংগী কিরেপ অদুদ অতোপ্প কনাগুম্বগী পাওত্তাক পাক চঙঙ্ হায়ব য়াদে ।

মখোয় অমম্নমক্তং কৌশ্লিনহুন রাহং হংব মতমদদি ওইথোক্তব থৌদোক হায়বদি সুংশিত্ত পোৎ চৈ পাইব, উদব খুৎ, উদব চীয় থাওমৈ মুথৎপ, প্রেমাবত্তিদ কোয়িন ইন্নব ভূত অসিনচিংবগী মরমদ অরোন সিংহো নক্সগ পোত্তি হামিন করিগুম্ব অমত্ত কাওব পন্নক্তে ।"

নীপালশুব তাঙ্কক

# গঙ্গা ঈশিংগী অঙকপ মতৌ

ঐগী পোক্লকম ওইরিব কেরলা অসি লমগী মওং-মতৌ, ঈশিং-লুংশিং, শা-ঙা, উপাল-রাপাল অমদি মসিদগী হেন্দোক্লুন নাং অমদি মীওই-মীতৌ ফাওব শ্রীলঙ্কাগ য়াম্ন মান্নৈ। শ্রীলঙ্কাদ তৌবগুম লাইদ চাকথা পীব, পুজা য়ৈগ তৌব অসিনচিংবসি হৌজিক হৌজিক ফাওব কেরলাগী থুঙংশিংদ কন্না চৎথনরি। ঐন অঙাং ওইরিঙৈ মতমদ ইমুং অমগী করিগুম্ব থুদোং থীব থোদোক হায়বদি অনা-অয়েক থোক্লবদি থৌ তৌবসি হেক্ক চৎনরম্মী। য়ুমথোং অয়াম্বন অপং থাজবদগী মন্ত্র যন্ত্র নত্রগ করিগুম্ব মথল খরগী হীদাক থম্নরম্মী। হায়রিব হীদাক অহুন অনাব থুদিংমক ফহল্লি হায়ন মখোয়ন চেৎন থাজনরম্মী। Naire শিংন বেনারস লাইফমদগী পুরকপ গঙ্গা তুরেনগী ঈশিংবু অনাব মথল পুম্নমক্কী হীদাক ওইন শীজিন্নরম্মী। সাহিরয়াগী খৃষ্টানশিংন এন্টিওককি থাঙ নত্রগ লাওরদেসকী ঈশিংবু শীজিন্নরম্মী। মুসালমানশিংগীন মক্কাদ লৈরিব কবাগী ঙুঙগ শোক্ল শম্নরক্লব ঈশিংন ওইনৈ, মতু চহী থুদিংগী হজ থোঙ-শানবশিংন পুরকপানি।

ঐগী লৈখিত্রব ইনাও U. S. Yale University গী Dr. Behanan T. Kovoor গ হৈবানি ১৯২১ দগীন ১৯২৪ ফাওব কলকতা ইয়ুনিভরসিটিদ লাইরিক তম্লম্মী। কলকতা অসি Tiruvalla দগী চাওরাক্ল মাইল ১৫০০ রোম লাপ্নী, ট্রেন চৎপদ নুমিৎ ৫ রোম চঙি। তিরুভাল্লাদগী লৌরিব অঙাং অনীনু মহৈ-মশিন তম্নবগীদমক থাপলব গঙ্গা তোর্ব্বানগী city দ চৎপ হায়বসি মতমহুগী ঐখোয়গী য়ুম্নোন কৈরোন্নবশিংদ য়াম্ন তাংব থোদোক্লি। লম লাপ্ন অমদি শেল য়াম্ন চংবন মরম ওইদুন কালেন ছুত্তিদত ঐখোয়নি য়ুমদ থোক্লকই।

কায়নবগী থোদোক— কালেন ছুত্তি লোইরদুন কলকতাদ চৎলমদাই মতম অসিদি পুক্লিং অসি লাংতক্লৈ। নুমিৎ থরনিহুদদি ধর্ম্ম

জাৎ অমদি লাইয় ইনাক খুনব থাক্তন য়ুস্নোন কৈরোম্নব খুদিংমকন ইবানিবু চাকৌই। মথংগী ছুতি থোক্লকপ মতমদ গঙ্গাগী ঈশিং থক্তিক্তং ওইরবসু পুরক্তব য়াদে হায়দুন Naire গী ইমুং খুদিংমক ঐখোয়দ কম পাওমেল্লি। মখোয়ন ইবানিসি য়ায় লাইবক করব মীনি হায়ন লৌই য়য়মদি অঙাং ওইদুনসু শেংলব গঙ্গাগী ঈশিংদ ইরুজব কংবন ঐখোয় অনীদি শোয়দন অয়ান খুভম হায়বসু কংলনি থৈ।

খোঙশানগদব নুমিত্তদদি য়ুস্নোন কৈরোম্নবগী অহল লমন অমদি মূপী অঙাংশিং পুম্নমক লাক্তন ঐখোয়গী য়ুমজাও অমদি শুমাং অহু পীক থয়ে। মীওই অয়াম্ব ইচম চমজব লৌমী তাক্তনি, ঐখোয়বু কায়নব খোৌরমহুগীদমক নুমিত্তম মখোয় পুম্নমক লৌবুক্ত থবক শুব চৎত্রিবনি। ঐখোয়গী নুংশিজরব মাম্মা পুরোহিত Rev. K. P. Thomas নায়মগী লাই খুরম্বী, মহুগী তুংদ ইমান তাকপীব মতুং ইন্ন অহল লমন পুম্নমকী নাক্ত থৌজাল নিব (খুরুম্ব), চঙই মহুদ মখোয়ন পীরোইনব খোঞ্জেলদ 'না-য়েকনু' হায়ন ঐখোয়গী কোকথক্ত মখুৎন নাম্বী। অয়াম্ব নুপীশিংদি মখোঞ্জেল থোক্ল কপ্পী। অহুগুম্ব মীনুংশিগী ওইব মীকপ অহুন ঐখোয়গী নৌরিব থম্মোয়বু পেৎথহন্দুন ঐখোয়বুসু কপহল্লী। মহুন তশেংন কায়নবগী অন্নাব চৈথেংহু কাওহল্লি অমদি শাংলব খোঙচৎ অহু খোঙ থাংব খোকহন্দ্রবগুম তৌই। কলকতা য়্যৌরক্লবদত মথল মথেলগী কুম্মৈ উক্লব অমদি হোষ্টেলগী ইমান্নবশিংগ য়ায়ী য়াতাই শান্নবনচিংব তৌব ময়াম অহুন য়ুমগী অমদি নুংশিরব ইখুঞ্জাশিংগী য়াথলহু তপ্প তপ্প অমুক মমি শায়কই। অসিগুম্ব পুক্লিং নুংশিব য়াথল অসি মথংগী কালেন ছুতি চৎলমদাইদ অমুক নীংশিংলকই।

গঙ্গা— গঙ্গা অসি শেংলব কৈলাসতগী হৌরক্লগ গঙ্গাগী ভমপাক্ত মাইল ১৫০০ য়োম চেম্থরক্লব তুংদ বেঙ্গলগী সমুদ্র ঈপাক্ত তিনৈ, তুরেল অসি কালেনগী মতমদ হীমালয়গী উন শৌদোক্তন ইচাও থোক্কই। ঈশিং অহু কয় চেম্থরকপন মতম অয়াম্বদ ইনৈ নৈ। ঐন বেঙ্গলদ অসুক কুইন লৈরকপসিদ গঙ্গাদ অমুকথক্তং ইরুজখি। মহুন অহানব

অমদি অয়োইবস্নু ওইখি ময়মদি ইরুজব তাঙ্গা অহুমক্তদ থম্মোয় শোকপ থৌদোক অম থেংনখি। ঐন গঙ্গাগী ইয়োম্‌্‌ংদ ঙাইহাক লুপলুয়গ কাওগৎলকলপদ ভৌথাংনব নপ নপ্‌ল্লাওব পোৎশক অমন ঐগী কোক্ত থেংলকখি। য়েংলুবদ শাথীন পুমথয়ব মীগী মশা শগন ওইরম্মী। মচেৎ থয়স্নু ঙান চাখোকখ্রে। মহু থেংনরুবদগী ঐ নাখি অমদি হুমিৎ নিনী চয়া হেনখি।

হৌজিক্কী মতমদদি আইম্ন খিংখ্রে, অহুবু মতমহুদদি অরাং ভারতকী হিন্দু অয়াম্বন মখোয়গী মুংশিজয়ব কনাগুম্বগী অশিব হকচাং অহু শেংলব গঙ্গাগী ঈশিং অসিদ ইয়াৎ পুজা তৌরগ লংথবসি চংনরম্মী, অস্নুম গঙ্গাদ লংথয়বদি শিগ্রব থয়াই অহুন লাইগী খুম্না কংজে হায়ন মখোয়ন থাজরম্মী। অশিব হকচাং থাদব ওমদব তুয়েল অসিদগী লাপ্ন লৈগ্রব মীওইশিংন পোৎলোয়বগী উৎ অহু তুরেলসিদ থাদরৈ। চহী য়াংখৈমুক্কী মমাংদদি গঙ্গা তুয়েলগী ঈমাইদ মথল মথাগী পুমথয়ব মীওইবগী হকচাংন কোইতাও ভাওহুন লৈরম্মী। তুয়েল অসিগী তোর্ব্বান্দ খুন্দারিব সিটি, টাউন অমদি খুঙ্গং কয়ামরুমদগী নুমিৎ খুদিংগী অশিব হকচাং লিশিং লিশিং তুরেলসিদ থাদরৈ।

তুকৎচনিঙাই ওইরব অসিগুম্ব গঙ্গাগী ক্ষিভমসিদ ভারতকী মকম কয়ামরুমদগী লাইখুকম্ব লাকপ মীওই মিসিয়ন কয়ান ইরুপতুন ইরুজবত নত্তন মোংথ্রব ঈশিং অসিবু থকচিনহুন মশাবু শেংদোকচরি। মনাক নক্ক তাওথরক্লিব অশিব অপুম্বহুবু ইম্বোক্লগ অহুমক ইরুজব ঙম্ব লাইনিংব কয়া ঐগী মীৎমক্ক উরে। ক্ষত্রব মহীক মনাই ময়ামহুগী ময়মদদি থন্দন মীশা অপুম্বগী মচুম ওইরব গঙ্গাগী ঈশিং অহুবু শেংলবনি অমদি লাইগী খুদোললনি থল্লিব মীশিংসি মখোয়ন পীশক পীগ্নিডৈদগী হৌন মখোয়গী রাখলদ শেরান্নন থাজহনখিব অম লৈবদগীনি।

শেংলব তুয়েল অসিদ থেংনখিব ওনীংব থৌদোক অহুগী তুক্কৎচয়ব মহৈন গঙ্গাগী ঈশিং মরীক অমফাওব ঐগী মুংশিরব খুঞ্জাশিংদ পীথক্লয়োই হায়ন ঐন খনখি। বেহনান ইবানিন মখোয়বু নীংব কায়হন্নীংদবদগী

অকব ঈশিং খর গঙ্গাজলগী মচুৎ ওইন পুরশি খন্নথি। ঐখোয়ন ছুতি ওইরহুন য়ুমদ হল্লকপদ, কোটারাকারা রেলরে ষ্টেসনগী ফিলটরগী ঈশিংহু লিক্লী অনীখক্ত পীক থম হাপ্পিল্লে অদুগ ঐখোয়গী লগেজদ হাপচিল্লে। খুদক অদুদগী ঈশিং লিক্লী অনীদু 'গঙ্গাজল' ওনখ্রে।

রেলরে ষ্টেসন্দগী তিরুভল্লা য়ৌনব বসত মাইল ৩৬ কী লম্বী চৎকদবনি। লম্বীদুদ মখল মখেলগী বস চেল্লি, ড্রাইভরশিংহু অমগ অমগ অখোয় অহেন য়াম্না তান্নরম্মী, মহুন তোংলিন মীশিংদদি নুংঙাইরম্মী মরমদি মখোয়ন তোংলিবশিংবু নোল্লকপ অমদি থোৎ মেওন লোয়নৈ। মতমহুদ বস ট্রান্সপোর্ট অহু সরকারগী মখাদ লৈরমদে অহুন ড্রাইভর-শিংন চৎনিংব লম্বীদ চৎলি, পেসেঞ্জরন অপাম্ব মকমদম্মু লেপ্পী, ড্রাইভরন তোক্লিংলবম্মু গাড়ী হেক্ত চেন্দে। ভারা হেন্ন ফংনবগীদমক কোটোরা-কারা রেলরে ষ্টেসনদ লৈব বস কন্দক্তর খরদি পেসেঞ্জশিংগী পোৎ-চৈশিংহু মখোয় মখোয়গী বসত হাপচিন্নব হোৎনবদ হুমাং তানৈ।

কন্দক্তর অমন চেকশিন্দন হাথ্ হাথ্ ঐখোয়গী লগেজহু পুগে তৌবদ ঐন "গঙ্গাজল লিক্লী অনী য়াওরি খর চেকশিন্ন.পুবিয়ু" হায়রুই। 'গঙ্গাজল' হায়ব রাহৈ অহু হেক তাবদ মাঙোন্দ অমদি পেসেঞ্জর ময়ামদুদ থকইন অমগুম থোকখি। কন্দক্তরহুন নোল্লকপগ লোয়নন ঐখোয়গী পোৎয়োমহু পুরম্মী অমদি ঐখোয়নিবু ড্রাইভর মনাক্কী অখন্নব সিত অনীখক্ত নুংঙাইন ফমহল্লম্মী। কন কুইন থৌরব মতুংদ তিরুভল্লা য়ৌরে। বস অহুন ভারী নম্নব মীয়ামহু পুহুন চৎলিব লম্বী অদুদগী থৈদোকন চেনব হোৎক্লম্মী অমদি মাইল অনী লাপ্প লৈব kovoor গী য়ুম তান্ন ঐখোয়বু থৌওইন থিনবিরম্মী। পোৎ চৈ থাংথব লোয়রগ কন্দক্তরহুন লিক্লী মচা অম পুখোক্লগ য়াম্ন নোল্লকপগ লোয়ন্নন হায়রকখি, "গঙ্গাজলহু ঐখোয়দ খজিক্ত পীবিয়ু।"

অনাব ফহনব — ঐখোয়ন খৃষ্টান চৎচবী ইমাদ লিক্লী অনীহু শিন্নরম্মী। চাওখোক্চব অমদি পেঞ্জবগ লোয়নন য়ুমলোন্নব নায়ারগী ইমুংশিংদ ইমান গঙ্গাজল ঈশিংহু য়েনবীরম্মী। ইমান শিক্রিকাওব

(1942) ঐখোয়না অয়োনবচু হায়দোকখিদে। য়ুমদ থ্রংজবগী নোংম নীনি অদুদি ঐখোয়বু উন্নব অমদি "গঙ্গাজল" লৌনবগীদমক মীয়াম পুম ঐখোয়গীদ লাক্কয়শ্মী। মথংগী কালেন ছুত্তিদম্মু হায়রিব নমথাকসি অদুমক তৌখি। অমুম্ম খংন থংনন চহী মরী ঐখোয়গী খৃষ্টান ইমা অমদি হিন্দু য়ুমলোম্নবশিংবু রেলয়ে ষ্টেসনগী ঈশিংন গঙ্গাজল শাদুন লৌনমখি। অদুবু ঐখোয়না ছুত্তি থোক্লকপদ মমাংগী চহীদ শীরম্ম গঙ্গাজলন লায়না কয়ামক্লম ফহনখিবগী য়ারীদি অদুমক লোইব নাইদে।

রমন নায়ারন হায়, "হৌখিব চহী অনীসিদি ঐখোয়দ ডাক্তরগী মথৌ তাখিজ্রে। হৌখিব এপ্রেলদ ঐখোয়গী ইমা ডাইরিয়ান কয় নাখি। ঐন খোইহী চামচ অনীগ গঙ্গাজল মচুম অনীগ মৈরগ পীথকখি, মদু থক্লনি, পুং ৩গী রনুংদ অদুমক পুংক কণ্ড্রে।"

লক্ষমী অম্মান হায়, "ইচামুপীন লোক থ্রংব নত্রগ অরুম হেক হৌরকপদ গঙ্গাজল মচুম অমন হেক্ত কৈ। ঐন কোকচীক্লকপ মতম-দম্মু লাইবক্ত গঙ্গাজল তৈরগ কৈ। অমুক হৌরক্লবম্মু চীকপ শাবদি হন্থে। ভেডভেলিল পারুকুত্তিন অঙাং অনীরক পোকপ মতমদ য়াম্ন রাখি অদুবু গঙ্গাজল থকপদগীদি অদুমগুব অঙাংদু পোকপদ করিস্মু অন্না অনা নংখিজ্রে।"

"ওলিমপ্রকাতু নরায়ন-ন হৈনৌ পাম্বী অনীথক থাদুন গঙ্গাজলগী কান্নবদু এক্সপ্রেমেন্টেল রিছার্স তৌখি। মহাক্কী হৈকোলদ চপ মান্নব মথলগী হৈনৌ পাম্বী অনীথক থাই। ঈকং থাদ পাম্বী অনীদু মহাক্ক ঈশিং চাইবী। পাম্বী অমদ মহাক্ক অমুকথক্তং গঙ্গাজল থজিক্তং হাপ্লগ ঈশিং চাইখি। মপাল শাৎপ মতম য়োরকপদ গঙ্গাজল হাপখিব পাম্বী-দুত্তং মপাল শারকখি পাম্বী অমদুন অনৌব য়োম্নিংতমক জুল্লগ তোকখি।

"চালক্রোড পাটচু কিলাই-ন মখোয়গী পুপ্রিদ গঙ্গাজল চামচ অম হৈথদুন লৌনগনব লায়নাদগী ভাকথোক্লব হোৎনখি। মদু তৌবদুদগী মখোয়গী ইমুং মনুং কনামক্ত নাখিজ্রে।" অসিগুম্ম য়ারী ময়াম অম লীদুন ঐখোয়দ কোয়রকপ মীওইশিংদুন মথং চৎপদম্মু গঙ্গাজল পুরক্লব ঐখোয়নিদ কয় পাওমেল্লী।

শজোক্ল নৈনব—গঙ্গাজলগী মরমদ থাজনরিবনি মমাংঙৈদগীনি। করিগুম্ব পোৎশক, মকম, মী, মতম, অসিন চিংবদ মিরাকুলাস পম্নারি নৈ হায়রবগী অপং থাজনবিনি লৈবাক অয়াম্বদ চৎনৈ। ভাবনশাজিনবদ কংজিব অতুগী য়াংমদদি মখোয়ন করিগুম্ব অমত্ত থিব কংলোই। হিপনোত্তিক সজেসনগী কান্নব লৈদি হায়ববু মতুগী অমাংবম্মু য়াম্ন লে। মেন্টেল হোসপিতালশিংদ মথল মথাগী ওইব অত্তাওব ময়াম লৈরিবসি মথল মথাগী ওইব অপং থাজবগী মহৈনি। লাইগী থৌরম- শিংদ থাজন অমদি কিন হোৎনজব মী অতু লাইদ শোয়খিব য়াওরকপ মত্তাংদম্মু মহাক পাখৎচগনি। সাইকোলোজিন হায় অসিগুম্ব অকি তুজংব, পাখৎচব অসিন রাখল শোইনাইব অসি থোকহল্লী।" —এৈন লায়েংখিব অত্তাওব থরদি মখোয় মখোয়গী ধর্ম্ম অতুগী চৎনবী অপং থাজব অতুগ য়াম্ন মরী লৈনৈ। মখোয়শিংতুগী মমুংদ লাই তোংতুন নাবসি নুপাদগী নুপীগী মশিংন হেল্লি। নুপী মচাশিংগী মহৈ মশিনগী থাক য়াংখৎহনব অমদি ধর্ম্মগী চৎনবিন পুনশিনবিদব অসিন নুপীশিংদ অত্তাওবগী লাইনাসি মশিং হস্তহনগনি।

হোজিক ইডুকেসনগী দেপুতি দিরেক্তর ওইরিব নীপা অসি হান্ন জকনা সেণ্ট্রল কোলেজগী ওঝা ওইরম্মী। মতমতুদ এম্মু কোলেজতুদ ওঝা ওইরম্মী। মহাক্ত নোংম ষ্টাপ রুমদ থম্ব চযু অমদগী ঈশিং থক্লম্মী। পুং খরগী তুংদ অতোপ্প ওঝা অমন চক্ষুতুগী ঈশিংতু লিক্লী অচৌব অমদ লোয়ন চিথরম্মী, মতুদ অশিব জিল মচা অম য়াওরম্ব থেংনরে। প্যাওতু তারদ ডিরেক্তরতু (ওঝাতু) মশা লেকথরম্মী। কম্ন হেক্ত ওব হৌরক্লম্মী, এৈখোয়স্ত নুংশা য়াম্ন থিরম্মী। কায়নথংদ জিলতু মহাক্ল থকখিব চক্ষুতুদ য়াওরম্ব নত্তে অতোপ্প চক্ষুদ য়াওরম্বনি হায়ন এৈখোয়ন মাত্তোন্দ হায়- জিল্লম্মী। মতুদত মহাক ওব কখি। তশেংনদি জিল অশিব য়াওরম্ব চক্ষুতুদগী ঈশিংনি মহাক্ল থক্লিরবতু অতুবু অতোপ্প চযুদগীনি হায়ন মশা খওদন থাজহনবতুদ মহাক ওব করিবনি, মশাগী রাখলন অনাব ওইহল্লি অমদি কবমু কহঞ্জে হায়বসি রাকমসিন উৎলি অতুবু য়েংনিঙাই

ওইরিবদি psycho-somatic (রাখল লায়না) নত্তবন নাব লায়নাবু থাজবন কহনব ওম্মী হায়বসিদনি, মজি অরানব রাকমনি।

'কোটারাকারা রেলরে ষ্টেসনগী ঈশিং'দ মিরাকল ওইব করিস্নু য়াওদে। মখোয়গী মারীশিংহুন তাকচবদি, পিশক পীক্লিডৈদগী হৌন গঙ্গাজলগী মরমদ মখোয়গী কোক্তু কান্নদবদ শিজিন্নহুন লৈরে হায়বসিনি। চুম্নিরা, চুমদরা, অমদি করিগীদমক্তনো হায়বনচিংবগী মরমদ শুকথন খল্লদন চুশিনগ্রব অপং থাজবগী কোমনুংদ মখোয়ন থরো থরো ওনহুন লৈরে।

বজি কৎপ, লাইকম চৎপ, থুরুম্ব, লাইশঙ কৎপ, ৰ্চকী কম পায়ব, লাউরদেসকী ঈশিং থকপ গঙ্গাজল শীজিন্নব অমদি জৈগ, পুজানচিংব তৌরগ কান্নব ফংজি হায়রিবসি রাখলগীত ওইব থাজবনি তশেংন ওইথোকপদি নত্তে। অম্নম-সাপ তৌব, পোৎশেম থাজিনব, কত্তব খুদম, য়াইফব মতম, পাঞ্জি, হীংচাবী চঙব, হায়বনচিংব রাকম শিংসিস্নু থাজগনব অপংব মীওইদত থোকপনি।

লাইরিক লাইগু হৈরগ অমদি হৈ-শিংলগ পংথরোই হায়ব করিস্নু লৈতে। তশেংনমকস্নুনি লাইরিক লাইগু থাক রাংলব অমদি কমজাও কোল্লিব কম্নাস্নু মন্ত্র ওংহুন অপংবদ লুপ্তন লৈব কোঙ্গাইনি। থৌওইন শেল তানবস্নু য়াওরিবনি। চুম্ন থনব ওম্ব মীশিংহুতন হেক্ক থাজগনব হায়বসিদগী নাস্থোকপ ওম্মী। লাইরিক লাইগু হৈজরবস্ন অমম্বদ থাজব মীওইশিংসি রাখলগী ওইন মন্নবনি।

মাপলশুব তাঙ্কক

# মৈগী ভূত

তিকিরিসেনা হায়ব নুপাসি নিংথৌগুম্ব মীনি। "রাদেল্লা রাজাওরা" কৌব থুন অমগী লোচা পথাপকি মপুনি। মহাক্কী লৌপরি ২০০ য়োমগী অচৌব য়ুবী পাম্বীগী কার্ম অম লৈ। ১৯৫১ দ তিকিরি মশামক অমদি মহাক্কী খুঙ্গংহুদ অরাব থোদোক অম থোকখি। মহু ঈশিং ঈচাও নংবগী নত্রগ মপু মনাই শৎনবগী অরাব নৎখিদে। লোচা মপুশিংগী মনুংদ তিকিরি সেনা অসি থোয়দোক হেন্দোক্ল পুকচেল চাওব নীপা অম ওইরম্মী। মহাক্কী মপা মপুশিংন থম্বীরম্ব পাক চাওরব লমহুদ মহাক্ক খুঙ্গংগী লাইরব ইমুং য়াংথৈমুক্তি লেংদন লৈহনবী। মখোয়ন ইংখোলহুদ লৈহুন থবক শুরক্লিবসি সেনাগী মপা হাক্তক্তগীনি। তিকিরি সেনাগী নুপীসু মপুক মপাও কৈ।

ময়ম শুকলৈ লৈত্রবস্থু।তকিরি সেনাসি মহৌশান খর কিগল্লম্মী। মশান তনজরবস্থু মতৈ মনাও অনীন ইংখোম্ন্ংহুদ লৈরিব মীওইশিং-হুগীদি য়াইকনব খল্লি। তিকিরি সেনা অসি মশাগী ওইজ্রব তানব অমদি পোলিতিকেল থরাই য়াওব মীওই নত্তে, পোলিতিকেলসু মহাক্কী রাংমদনি। মহাক্কী হৈনবীদি নোংমগী খবর মকোক্তগীন লোয়ব ফাওব শিং শিংন পাবনি। রাশি ফল পাবদন খর হেন্ন থরাই য়াওই।

জেমী অমদি পেটর কৌব নীপা অনীথক মহাক মহাক্কী নুপীগ লোয়নন সেনাগী থবক ইন্থাং তৌই। অয়ুক্কী পুং ৫ তাবদ য়ুম্ব্গীদ থ্ংলৈ। য়াচংত্রিথৈদ নুপী অনীন ময়ুম ময়ুমদ হনখি অহুগ মখোয়নিন য়ুম্ব্গী মী পূন্নমক কমুং চংথিব লোয়রগ, চাওরাক্ল পুং ১০ গী মতুংদত ময়ুমদ হনব কংজে।

লাও থোংব— নোংম তিকিরি সেনা অমদি মখোয়গী ইমুংগী মী পুন্নমক্ল তুমথনরকপ মুমিদাংগী পুং ১১ য়োম তাবগী অহুরাইদ খুঞ্জারোমদগী নিন-খোংব মখোল অম তারকখি। তিকিরি সেনান

মপান থোক্নুন য়েংলুবগী মহুত্ত মহাক্কী কাগী থোঙ থোঙনাও পুম্নমক চেৎ-জেৎন লোন্‌শিনখি লোয়নন মৈস্থ মুথৎলম্মী। চহী ২০ শুমব মচানিপা অহনহুদ, মখোয় কাগীস্থ থোঙ থোঙনাও পুম্নমক লোনশিল্লক্লাওয়কখি। মচানিপাহু লাইরিক তমকম হোষ্টেলদগী মুমিৎতুগী অয়ুক্ত য়ুমদ লাকচবনি। তিকিরি সেনাহু অহীং মিকপ অম কাওব তুম্ব ঙমজে। মহাক্ক খল্লি মী হাৎন শুনব শোয়দন ওইরম্নগনি। মথংগী অয়ুক্ত জেমি মতৈ মনাওদি মহৌশাগুম ঙম্ন লাকখি পেত্তর মতৈ মনাও খর থেংলপ লাকই। মখোয় মরী থবক হৌবগী মতুৎত-ওরাং মুমিদাং মৈবুল অম থোক্লকই, হঙৎ হন্দা চৎলি, অঙকপনি! অহুনি আদানি হায়নহুন রাম্রি শানহুন লৈরে। তিকিরি সেনাগী ইমুং মনুং হৌগৎলকপগ মখোয়ন ওরাং উখিব অঙকপ মৈবুল অহুগী মরমদ মম্নিৎ মনা লংথৎ-লহুন রারী তম্মী। মখোয়ন হায় "ওরাং অহীং পুং ১১ রোম তাবগীহুদ ফুত ৬ মুক রাংব মৈবুল অম কন কুইন হঙৎ হন্দা পাইহুন লৈরম্নগ অকোনবদদি উখিজে।

অকিব— খুলহুদ লৈরিব মীপুম খুদিংমক্ক থোদোক্ক্‌গী রারি শাবদ মুমিৎতুগী থবক ওইনম্রে। মথংগী মুমিদাংদস্থ পুং ১১ হেক তাবদ মৈবুলহু অমুক হন্ন থোক্লক্রে। হন্দাক্তি তিকিরি সেনাগী ইমুং মনুংস্থ মৈবুলহু উরে। হুম্নি শুব মুমিত্ত মৈবুল অপাইবী অহুগী পাওহু য়ুমথংনব খুলশিংদস্থ শন্দোকখিরম্মী অহুন "রালাওরা"দ মীয়াম পুনব হৌখিরম্মী। য়ুমথংনব খুঙ্গাশিংদস্থ অকিব পাওসি মথং মথং শন্দোরকখিরম্মী। অহুন মুমিদাংগী পুং তরেৎ হেক তাবদ হুপী অঙাং পুম্নমক ইমুংদ থোঙ লোনহুন লৈনম্রে। হেক মমশিনখিবদ খুলহুদ কনামত্ত চৎথোক চৎশিন তৌনজে। থবক মকমদগী লৌমী পুম্নমক মুমিৎ তাক্সিবৈঙদ ময়ুম ময়ুমদ হম্নরে। জেমি অমদি পেতরস্থ মখোয়গী হুপীশিংগ লোয়নন মুমিৎ তাক্সিবৈঙদ ময়ুমদ হল্লে। অয়ুক থবক চৎপস্থ মুমিৎ থোক্লন মতুংদ চৎলে।

রাথল কোংদোক্লরকপ— অঙকপ থোদোকশিংগী ময়মদ খুৎয়শিংনা মান মান খঙজব রাকয়শিং কোংদোক্লরক্লে। খরন হায় মসি মৈরা পাইবি হুতনি। মহাক্কী শরাক অয়ব মী খিরিবনি। খরন হায় 'বাল্যায়া' না শায়োনব হুতনি, মহাক চহী অনীমুক্কি মমাঙদ মকমসিদ মীন হাত্তোকপীখিবনি। অতোপ্প খরন হায় লাইগী মৈনি, খরন অমুক হায় ভাইরাভায়াগী হী-য়াইনি।

অহীংগী মতমদ কোয়পাই পাইব মৈ অসি হুংতিগী থোক্লকপ ময়ম তিকিরি সেনাগী ইমুংদ অরাব অম ওইরে। লন থুম মরাং কায়ন লৈজময়খ্‌নু সেনাদি মহাক্কী থৌগল্লাই ময়াম য়াওদন মহাক নোংম কাওব লৈব ওমজদে। জেমিগী মতেং মল্লবদি তিকিরি সেনান ইরুজব কাওব ওমশিল্লক্লে। তিকিরি সেনান ইরুজব মতমদ মশান তৌজব হায়ববু বাদকুমদ কান মচা অমগী মথক্ত কল্লখক্তনি। জেমিন মহাক্কী হুকচাংদ সাপোন নোক্লবী অমদি ঈশিং বালতিন ১০১ মকোক্তগী হৈথবী। লোয়রগ মচুম তৈথোকপী। থৌগল্লাই পুম্নমক হুমিৎ তাক্লবৈদ ময়ুমদ হুন্নখিব হায়বসি পুং ৬ কী মতুংদদি তিকিরি সেনাগী ইমুং মহুং খুত্তাক লানশিবে হায়বনি। ময়ায় ভুত তাক্লোক্লব রাকম কয়ামরুম পুখোক্লয়কই। অনকপ অমদি অয়াপ্পদ লৈব মাইব কয়ামরুমগী মিং পল্লরকখি। মতমসিদ কোলোম্বোদগী লাকপ তিকিরি সেনাগী মচানুপাগী মমায়ব অমন ঐগ উক্নৌ হায়রম্বদগী তিকিরি সেনান নোংম ঐগী নাক্ত লাকখি।

কনবিব—১৯৫১ এপ্রিল থাগী থাংজ হুমিত্তনি তিকিরি সেনান ঐগী নাক্ত লাকখিবহু। রারি পুম্নমক ঐঙোন্দ মরীক চুম লীরখি। রারিহু তারব তুংদ ঐন তিকিরিদ হয়েং লাক্লগে হায়রে অহুবু মহাক্ক পুম চৎ-মিন্নপ্রসি হায়হুন কম তকমনবদগী অয়ুকী পুং ১০ মুক তাবশীহুদ ইবানি পুম্ন থোকমীন্নরক্লে। ড্রাইভরগ তিকিরি সেনাগন কৈথেলদগী মীনিট ২০ মুক চত্তন পোৎ কোকথোং অম লৈকহুন কারদ হাপিক্লবলকই। হুমিত্তু নোংমু তাই, নোংলৈ হুংশিং ময়ক্ত লেপ্তুন কার থৌয়কপন

সুংথিল পুং ৩ লোম তারকপগীহৃদ সেনাগী য়ুমদ থ.ংঙি। থ.ংবেগ ইবানি মায় মীৎ তাখোক্লগ গার্দেন্দ চা থকই। চাকথুম পান্নবশিংহু ওম ময়ুমদ হনগদবক্ষী হোৎনবন পুং ৬ তাবদ চাকলেন চানব থৌরাং লোয়রে। মথেল ময়ামহু উকয়গ নিংশিংলকখি, কৈখেলদ, ঐন কার মসুংদ ইতোমত মিনিট ২০ ঙাইখিবহু লেয়দি ওইরমক্রে।

মথোয় কোন লিক অমুক কেংলমক্রে পুল্লপ খোমজিল্লগ ক্লোনশঙদ থমজিনক্রে অহুগ হাথ. হাথ. মৈনম অমমম পায়হুন চেন চেম চৎনক্রে।

হুম্মিদাংদদি অতিয়াহু তশেং তশেংলকখি, পানখৎলকপ থাগী মঙালহু বোরোই পাম্বীগী মরুম কাওন মমি তাররি, য়াম নিংথীজরি। ঐখোয় রারী শাব ওইন লৈকোল্লোমদ ঙাহৌ ঙাহৌ খোকমিন্নরকখি।

ভূত থৌক্লকপ— পুং ১১ মুক তারকপগী অহুরাইদ খুঙ্গাশিংন নিন্নরকপগী মখোল অম তারে। তিকিরি সেনাগী মুপীন লেপখৎলগ লাওরকই "তু, তু, আদগীসিনি ভূত!" মৈ অহু তশেংনমক সুংশিত্ত তাওহুন নোংপোক পাংন পাইখি। ফুত ৩০০ লোম পাইরুরগ অমুক হন্ন নোংচুপলোমদমুক পাইরক্লে। মৈরিহু ফুত ১ মুক চাওগনি অহুগ ফুত ২মুক রাংন চাকই। মৈহু য়ুম য়েংলগ ঐন তিকিরি সেনাগ মচা-নুপাগদ মৈ মনাক্ত.দ চঙলুসি ঐগী তুং ইল্লকউ হায়রম্মী। মখোয়নিমক য়াক্রে থৌওইন মখোয়দি ইমুংদ চঙনিংলে।

ঐন লীচৈ অম পায়রগ মাইকৈদোমদ য়াম চেকশিন্ন তুম্মিন্ন চৎলে। মনাক য়ৌশিল্লকপদগীদি মৈহু ময়েক শেংন উব হৌরক্লে। লৈপাক্তগী ফুত ৬ মুক রাংন সুংশিংত তাওহুন চৎলি ঐন মৈহু তন্ন খোঙলৈ থ.ন পরপ পরপ চঙশিল্লি। হৌজিক মৈবুলহুগ ঐহাক ফুত ১০০ মুক লাপ্পরে।

ভূত ফাব—মৈহু মীৎকুপমুক লেপ্প.রব তুংদ ঐন লৈঙ্খিব মাইকৈ-হুমক তন্ন চুমজিং পাইশিল্লকলে। ঐহাক তুম্মিন্ন লেপ্ত.ন লৈরে। মৈবুল অহুন শুম শুম নকশিল্লকপদগীদি মৈবুলহুগী মথাং মীগী মওং মানব পোৎশক অম নগু.ন লাকপওম মশেল মরাং উরে। মৈবুল অহুন ফুত

২৫ মুক্তং লাপ্লরব মতমদ ঐন থঙলাও লাওই "কনানো ! লেংগনু !" ঐন খংপ্রেক খঙন লাওবহুদ মৈহু মথাদ পাইথপ্রে অহুগ মী মানব পোৎশক্তু চেনব হোৌরম্মী। মী মানব মুত্তিহু য়ুবী ইংখোললোমদ চেলম্মী মতুং ইম ঐস্ম তাম্নরম্মী। য়ুবী মরক্ত কন শাংন তায়রব তুংদ য়ুবী থানব তৌব কোম অমদ মুত্তিহু তাশিনপ্রে ঐস্ম চোংশিনহুন মাবু নমহুন শারে।

"ঐ-ঐবু হাৎপিগনু। ঐহাক নহাকী চাক থোংব জেমিহুনি।" ভুত মানব শক্তমহুন হায়রকই। মহাক্ক ঙাকপীনবগীদমক ঐগী খোঙদ তুথরকখি।

"নঙন মসি তৌরিবসি করিগীনো ?" ঐন হংঙি।

"ওঝা, চানবীহুন ঐগী য়ুমদ লেঙবিসি, ঐ....ঐ-য়ুমদ অশেংব রারি পুম্নমক ঙগাইন তমজগে....।" মহাক্ক হায়জরকই।

ইবানি শ্বয় থবেৎ থবেৎ হোল্লহুন মৈবুল থাদরম্ম মকমহুদ হল্লক-মীন্নরে, মহাক্ক ঙশাউ থাদরম্ম অচৌব কোনপাক্কু লৈপাক্কগী খুনগৎলে অহুগ মাগী য়ুম তম্ন অমুক চৎমিন্নরে। মহাকী কা অমতংগী ওইব খাংপোকশঙহু য়োরে।' জেমিন মহাকী কমুংহুদ কম্বীয়ু হায়রম্মী, কমুংহু শেমত্রৈ নাপৈনরে, কিভম চাক্কে। ঐন কম্নথরব তুংদ মহাক্ক মমিৎত মপী তাবমথৈ রারীহু লীব হোৌরকই।

"ঐহাক ইখোল অসিদ পোকচবনি। ঐগী ইপা ইমা অনীমকম্ম য়ুম্নগী থবক তৌরম্মী, ঐস্ম পীশক পীক্রিভৈদগী মহাকী থবক তৌহুন লৈরকখি। ঐহাক লুহোংব থা তরাক শুরে। ঐগী মুপীস্ম থবক শুব য়াওহল্লি। ঐগী মুপীন য়ুমগী থবক ইনথাং তৌনবগীদমক ঐঙোন্দগী ঙম্ন য়ুমদ হল্লি। মখোয়ন ঐবুদি মুমিদাংগী পুং ১০ দত য়ুম্নদ হল্লহল্লি।

হৌখিব স্কুল ছুত্তি মতমদ পোড়ি হামাহুকরো ময়ুম্নদ লৈ, মহাক্ক মুমিৎ হেক তাবগ ঐগী খাংপোকশঙসিদ লাক্কুন ঐগী নৌজবিবি মুপী অসিদ অয়েৎপ পীরৈ। থৌদোকসি কনাগুম্বদ থঙহন্নবম্ন ঐখোয়গী

পুকচাক তানকম লম্বী লৈতে। মময় অনিন হন্দক অমুক পোড়িন ময়ুম খোল্লকপ মুমিৎসিদগী হোৎহুনু ঐস্থ কোন্নপাকসিদ মৰী মকু মৈ থাবগ লমহাং অসিদ চৎপ হৌরিবনি। ঐন অম্নুম তৌবদগীদি মহাক অমুক ঐগী মুপীদ ময়েৎলশিন্নে। ঐহাক ওসিদগী হৌন মসি অমুক হয় তৌজরুয়োই। চানবীহুন মপুদ অমদি অতৈ অতোপ্প কনা অমত্তদ রাখিসি হায়দোকপীগনু।"

মহাক্কী অরোনবহু হায়দোকপীদনব মহাক্ক হয় হয় ঐতোপ্প পাওমেন্নরকখি। রাকমহু য়ায়হুন ঐস্থ হল্লকখি।

হল্লকপ—ঐহাক হরাও হরাও হল্লকলে। তিকিরি সেনা মহাক্কী নুপী অমদি মচাম্নুপা'পোড়ি হামাছরুবো, মখোয় ময়াম মাঙ্গোপ্প লেপ্তুন ঐবু খোরাংন ঙাইরম্মী। "ঐন মৈবুল পুব ভুতু কারে!" য়োরকপগ ঐন মখোয়দ হায়রম্মী।

"ভুত অহুন লমহাংসিদ অমুক হয় লাকচররোই হায়হুন ঐতোপ্প রাশক্তুন হায়রক্লে।" রাসি তাবদ মখোয় নুঙাইরম্মী অরোনবহুদি ঐন হায়দোক্লে। অহীংহু য়ারেক্লপ নোঙাল্লগ ঐহাক কোলোযোদ হল্লকখি।

চয়োল অমগী তুংদ ঐখোয়গী হোজংদ অচৌব কায় অম থায়রে। তিকিরি সেনা মতৈ মনাও কুমথকরই। ত্রাইভরহুন উপু ১ গ থাও ২ গ পুশিল্লকই।. অমন লৈনি, অতোপ্প থাও অহুন য়েঙ্গাং নাপী অমদি উটেহ রাইহেনি।. উপুহুদ য়াওরকপশিংহুদি হুইসকি লিক্কী খর বিসকুইট তিন খর অমদি বেরা ময়োম অমগনি।

চৎথোক খোৎতোকপ মতমদ করিগুম্ব লম্বী থোক্লবদি মখোয়গীদ হেক হেক লেঙশিনবীরম্মু হায়ন তিকিরি সেনা মতৈ মনাওন চৎলম-দাইদ ঐগী নুপীগ ইবানিদ পুন্সি চুম্নগী ওইব বার্তোন অম তৌরমখি।

তরাশুব তাঙ্কক

# মমা অমদি মচা

চহী ১৫ শুরবী প্রেমা তিসতিক্সন মরি অমদি অতৈ মনা মথৎম অহুমগ লোয়নন G.C.F. পরিক্ষা পাস তৌয়ে। থোয়দোক হেন্দোক্ক অকব ছাত্রি অম ওইব মরম্ম প্রিনসিপালন মহাক্কী স্কুলগী মীংচৎ ওইননব প্রেমাবু ইউনিভরসিতিদ তমহন্নীংঙি। প্রেমাগী অপোকপ অসতিন পেরেরাম্ভু মচানুপীবু ইউনিভরসিতিদ লাইব্রিক মথা তমথহন্নব প্রিন্সিপালন চিঠি ইরকপত্তুদ চাওথোকচরম্মী। মহাক আয়ুর্বেদিক্কী মাইবনি। পথ্রা ওইরব পেরেরাগী মচা অনীথক্কনি মহুদি প্রেমা অমদি মহাক্কী মনাও প্রেমাকুমারনি। মথোয় অনীমক স্কুল অমত্তুদ পুন্ন তম্মীম্নে। প্রেমা য়াম্ম নোল্লকপী হুপী মচানি অহুন মহাক্কী ওঝাশিং অমদি মমাম্মবশিংনস্থু লুন তৌই।

লাইব্রিক তম্বীব— অঙ্ক থয় হেন্ন কগৎনব স্কুলগী অনৌব ওঝা শ্রীসালগাদোন শেল লৌদন য়ুমশকৈশা অমদি ইরাই নুমিত্ত প্রেমাবু তিউসন তম্বীরম্মী। মতম থজিকতগী মনুংদ মহাক্কী অঙ্কগী নোলেজ হেনগৎলম্মী লোয়নন শবান কজরব ওঝা নহা অহুদ মপুক্কিং চঙবস্থু হেনগৎলম্মী। প্রেমাগী autograph দ সালগাদোগী থুৎই য়াওব থেংনবগী রারিন স্কুলগী ছাত্র ছাত্রিশিংগী মরক্ত শন্দোকখিরম্মী। রাকমসি পোলোইদ প্রিন্সিপালগী নাকোং য়ৌথি অমদি মহুন তিউসন তম্বীবহু মথা চৎথহনখিব্রে।

সালগাদোন পোথাকম থঙজ্রহুন প্রেমাগী মপা উম্মরে, অমদি অথন্নব সবজেক থরদ প্রেমাবু লাইব্রিক তম্বীগে হায়রন হায়জরম্মী। স্কুলদ প্রিন্সিপালন লাইব্রিক তম্বীব থিংলবস্থু মপাগী অয়াব লৌহুন য়ুমদ অমুক প্রেমাবু লাইব্রিক তম্বীব হৌরে।

রা হৌদোকপ— নোংম প্রেমান স্কুল চৎখ্রিঙৈদ মপাগী মনাক্ত লাক্কুন কয়িগুম্ব মহাক্ক য়াবিরবদি প্রেমাবু লুহোংলগে হায়রন

সালগাদোন হায়জয়রে। জয়াতিসা কৌব নীপা অমগীদমক প্রেমাসি হায়ন শিংনথিব লৈবন জসতিন পেরেয়ান য়ায় নোম্বকপ মওংদ রাকমহু য়াখিরে। নীংব কায়রব পাওখুমহু তাবদ নহা ওইরিব ওঝাহু মীৎতগী পি শিন্দয়রে। মহাক্কী মতৌহু উবদ মীনুংশি পোক্লহুন পেরেরান রাকমহু অমুক হয় খন্নখিগে হায়রহুন মহাক্কী থম্মোয় থেম-জিনবীরম্মী অহুবু লাইরিক তম্বীবদি লেপ্পসি হায়ব্রে।

নুমিৎতুগী নুমিদাংরাইরমদ পেরেরান মচানুপীদ মহাক্কী ওঝাহুগী মরমদ য়া খর হংলম্মী "সালগাদো ওঝাশি ঐখোয়গী স্কুলদ খাইদগী কব ওঝানি। ঐখোয় পুন্নমকন মহাকপু নুংশি। ঐখোয়দ য়ায় কজন পরা তাকই মান ঐখোয়দ অমুক্ত চৈদে।" রাকমশিংসি প্রেমাগী মতৎ মতৎ ওইব পাওখুমনি। অতৈ লীথুল কয়ামুক্তগী পেরেরান সালগাদোগী মরমদ থিগৎপ হৌখি। পোলোইদ খঙলকখি, সালগাদো ইকাই খুম্নব ইমুংগী মচানি। জয়াতিসাদগীদি সালগাদোন য়ায় হেন্ন কয়রে। নুমিৎ হুম্নিগী তুংদ জসতিন পেরেরাদগী মহাক্কী রাকমহু য়ারে হায়বগী চে অম সালগাদোদ থংলরে। প্রিন্সিপাল অমদি ওঝা পুন্নমক লোয়নন অচা অথক চাওন তৌহুন কায়ন শিংনবগী থৌরম পাঙথোকপ্রে।

লুহোংব— পেরেরান মহাক্কী অমত্ত ঙাইজরবি মচানুপীহু য়ায় চাওন হোঙনিংলম্মী। ১৯৫৫ গী মার্চকী তাং ১৮ দ অওং অউন মরাং কায়ন তমহুন প্রেমা লুহোংলে। ময়ায় শকখঙলব আয়ুর্বেদিক ডাক্তর অমদি পোলিতিকেল থরাই য়াওব মীশক অম ওইবন কেবিনেট মিনিষ্টর অমদি সেনিওর সেনেতোর-নচিংব লুচিংব কয়া লুহোংবহুদ য়াওখি। লুহোংলব মতুংদ স্কুলদগী পংলাপ লাপ্তন য়ুম অম রায়রগ মথোক্ত অনী য়ুম্বানবগী মুংঙাইরব পুন্সি মরেল অম চথব হৌরক্রে। প্রেমা লাইরিক তম্বদি তোক্লে, য়ুমগী লৈত্তেং শেম্বন য়াগী মথৌ ওইরে। ঈশিং শোকপ চৎনিঙাই ওইদে, ইলেক্ত্রিক পঙ্গান চাকখুমদ ঈশিং চিংশিল্লী। চাকখুমদ মথল মথেলগী থোং থাকনব অমদি শেম শানব

থুংলাই কয়ামকম লৈ অরাৎপ অমত্ত লৈতে। মাংলিব হায়ববু মুপী পুম্নমকন খোরাংন ঙাইজব অঙাং অহুমথক্ত ঙাইয়ে।

অম্মাইব অম্মাইবীশিং— ঙসতিন পেরেয়ান মমিত্ত মগু অম উজনিংলম্মী। থা-থা হৌখিম্নন চহী ঙনদ্রে অহুবু প্রেমাগী শওং শদা কবিস্থ হোৎব লৈতে। চহী অহুমগী মতুং ১৯৫৮ দ পেরেয়ান এস্ট্রো-লোজর অমগ তান্নকবদ হায়রকখি মহুদি থরানমীচাকলোনগী কিতম মতুং ইম ১৯৫৯ গী জুলাইদ প্রেমান শোয়দন মচানুপী অম কংজরগনি। অহুবু ১৯৬০ কাঙব পেরেরাম মগু উব কংজ্রবদ মুপী মাইবী অমদমুক তান্নকয়ে। মুপীম্নন "অম্মানা ইজিম্না" দ ম্নেংলগ হায়রকই "পেরেরাম্নী মরী মতা থোকনব অমন শাগৈ মুথংলগ লন থুম লৌনিংবদগী অকনব পোৎশেম অম মহাক্তী ইথোম্নংদ ফুমজিল্লে।" লুপা ৩৫০ চঙন পুজা তৌম্নন পোৎশেমম্নু লৌথোক্লে। মহাকন কোম্নি উত্তোংম্নু থাইদোক্লন মীয়ামদ য়েংহল্লি, মহুদ মীগী শম, শক মচেৎ অমদি পিথ্রাই মচেৎ থর য়াঙরম্মী। পোৎশেম লৌথোক্লব তুংদ মুপীম্নন হায়, "কত্তব পুম্নমক তাম্মোকপ্রবনিন থা ১২ গী মনুংদ শুকশোই শোয়দন প্রেমান মচানীপা অম কংজরগনি।" চহী অম হেম্ন হৌদ্রে অহুবু ইমুং মনুংগী মীশীংদি হেনগৎলকপ লৈত্রি। ১৯৬১ দ প্রেমাগী মন্দোমচা অম প্রেমা উম্নব লাকখি। মন্দোমচান মুপীগী ডাক্তর তান্নকসি হায়রম্মী, মহুদ প্রেমান থোয়শাঙনন খুম্নকখি, "ঐঙোন্দ ডাক্তর তান্নবগী কান্নব লৈতে। মপু-রোইবগী মত্তেং য়াঙদন ডাক্তরন মুপী অমদ অঙাং পোকহনব ঙমপোৎ নত্তে।" প্রেমাগী শংপ্রেক শংব রাহৈম্নু তাবদ মন্দোমচান মথোম্ননিগী য়ুবান্দগী মরীম রাহং করাম্নকম কুপথন হংখি। মহুদ, মথোম্নম লুহোংব চহী ৬ শুবম্নু ওসি কাঙবদ মথোয়রী অমুক হন্দজিম্নদ্রি হাম্নবন্সি থওম্নকখি।

মুংশি পোৎশেম— রাকমসি কাইনবংদ ঙসতিন পেয়েগোগী মনাক্তোং য়ৌখি। পাশংলব অপান অথঙ অহৈ করাদ রা ঙাক্লে। মীগী মচীন্দগী মুংশি পোৎশেম হৈব লাধু অম লৈ হায়ব ঙাবে। পেয়েরান

চম্ভ্রন লুপা ৫০ ভিংথোক্ত্রন থাও মচুম খর মাইবত্নদগী লৌরুয়ে। "কোরিগী যত্র অমদ থাওত্ন হৈজিল্লগ নুপী মচাত্নগী ওকশমদ শিজিনবীয়" সাধুত্নন তাক্লকই। লম্বোইবত্নন মসিমশু চেকশিল্প শিল্পরকখি মত্নদি যত্র অসিন নীপাবু অওকপ কংন কার্ম পোকহনগনি অত্নন নুপীমচাত্ন মপুরোইবগী মনাক্ত নত্তন অতোপ্প নুপাগী মনাক্ত চংহনব য়াদে। পেরেয়ান মচানুপীদ যত্রত্ন শিহল্লি। অত্নবু সালগাদোগী লমচৎতদি অহোংব অমত্ত লৈত্রি। মন্দোমচা অমুক লাক্লে। প্রেমান মন্দোমচাদ হায় মত্নদি মহাক মপুরোইবগ পুন্ন চহী ৭ লৈমীন্নরবশু মহাক হৌজিকশু লৈশাবি ওইরি।

হৌরকফম মরী মথোও— ঐন ইউরোপত চহী অম লৈরুরগ হেক হল্লকপদগী মতাং ১৯৬২ গী ফেব্রুয়ারিদ পেরেয়ান ঐগী য়ুমদ লাকখি। য়ারী পুন্নমক তারব তুংদ ঐন প্রেমা পুরকউ হায়রম্মী। পেরেয়া চৎখিবগ ঐন শিরি সালগাদোদ য়ায় থন্ন উন্নগদব মরম অম লৈয়ে হায়ত্নন চিঠি ইখি। ১৯৬২ ফেব্রুয়ারি ২৭ ত মহাক লাকই। সালগাদোদগী কংব য়ারিশিংত্ন মখাগী অসিনি—

শিরি সালগাদো অসি হেনরি সালগাদো মতৈ মনাওগী অমত্ত পোকচব মচানীপানি। হেনরি সালগাদো অসি কেগাল্লেগী অফাওব উকিলনি। ১৯৩২ দ সালগাদোন চহী অনী শুরকপ মতমদ অপোকপ লৈখিত্রে। মহাক্তী মুংশিরব মপুরোইবন লৈখিত্রবদ লুপ্পা ওইহৌরবী মমান মচানুপা শিরিদ য়াখল পুন্নমক থমত্নন মচাবু লুন চাম অমদি চেকশিল্প য়োকলকখি। অওাং ওইরিতৈদগী হৌন মীনাই অমদি কৈরোই লৈকাইগী অওাংশিংদগী মচানুপাবু তোওাম্ন থম্নকখি। কিওরগায়তেনদগী হৌরত্নন ক্লাস সিক্স তম্নকপ কাওব মমান স্কুলদ থিনবী অত্নগ নুংথিল কাওব শওত্নন লৈ। শিরিন ইউনিভরসিতিদ তমত্রিতৈ মতম কাওব মমাগ কমুং অমত্তদ তুম্মীরৈ। শিরিন পাথং ফারক্লকাওবদ মমান চাক ইনবি। মহাক্ত ইউনিভরসিতিগী হোষ্টেলদ লৈরব মতমদ মম্নমেত নিংশিংত্নন মহাক অহীং তুম্ব য়াখিদে। মহাক্ত ছুতি মতমদ মম্নমদ

লাকপদগী হাল্লগীগুম মমা মচা কমুং অমত্তদ তুম্মীরে। মহাকী অঙাং মচা (পোখং কাজরবত্ত্ব) অত্তুগ তুম্মীন্নরবদি মমাগী লৈকম থগুদে। মমা মচা অনীমক তোখাই তোখাই লৈনবসি গুকগুম ওয়দে। প্রেজুয়েৎ লোইরব তুংদ শিন্নিন মমা থাদোক্লুন চৎকনি খল্লবদ মহাক খবক তৌনিংবগী অপাম্ব পোকখিজে। মরম অত্তুন মহাকন মরৈকাইদ ওবা ওইত্তুন লৈখি। থা খুদিংগী মহাকী তলব পুম্নমক পুরক্লগ মমাদ পীশিল্লি।

১৯৫৩ দ থম্মোয়দগী লায়না অমন নাম্বুন মিসেস সালগাদো লৈখিজে। মমা লৈখিদব মুমিৎ অত্তুদগী হৌন শিন্নিগী পুন্সিগী মহাও পুম্নমক মাঙখিবগুম তৌখি। মহাক মতোমত শিজরগে হায়ন কয়ারক হুম থনখি। শিন্নিগী স্কুলগী প্রিন্সিপালত্তু য়াম্ন মিনুংশি লৈব মীওইনি, মহাক্ল কম হোৎনত্তুন নেগমবোদ শিন্নিবু ত্রান্সফার থাবিন্নকখি।

শিন্নিন স্কুলদ অহানব থংলব মুমিত্ত মহাকী প্রিন্সিপালন নৌন শেম্ব ইউনিভরসিটি ইন্টেন্স ক্লাসকী ওবা অম ওইন মহাকপু পুশিল্লি। শিন্নি অত্তু অমুক হন্ন মুংঙাইব মীশক ওইরে। মশাদি খঙজদন মহাকী থম্মোয়দ মুংঙাইবগী ঈথক অম কন্ন হৌরকখি। মহাকী অনৌব স্কুল অমদি নেগযোগী য়েংলু য়েংলুব মকম খুদিংমক্ল মহাকী থম্মোয়দ অপেনব ঙাক্ত পীরে। গুকথন লৈক্লরব মহাকী পুন্সিত্তু হৌজিক্তি মকা লাম্ব হৌরক্লে। ইথঙ থঙহৌদন শিন্নিন হোংলক্লিবাসিবু অয়োম কন্নি লৈবমনো ? প্রিন্সিপালন অজ্ঞনব ওইন ক্লাসত পুশিনবিব মুমিত্তদ শিন্নিন লৈখিজব মহাকী মমাগ মান্নব মায়থোং অম উব ফংজখি, মত্ত্ব প্রেমাগী মায়থোংনি। মুমিৎ খুদিংগী মমাগ শক মান্নব প্রেমাবু উবদ মশাদি খঙজদন কাওরক্লিব থম্মোয়গী অপেনব অত্তুন মহাকী অনৌব স্কুল অমদি নেগযোগী মীপুম খুদিংমকপু উবদ শিন্নিন মুংঙাইব ঙমজন্নিবনি।

প্রেমাদ লোম্ন লাইরিক তথীব অত্তুদ শিন্নিদ মুংশি মুংঙনগী ওইব ঈথিল কাওখিরে, চুম মহাকী রাখলদ হৈনিংব অম পোকপ[illegible]নি। মহাক্ল প্রেমাবু নুংহোংব পামখিবগী মরমদি মশামক্ল তশেংনে [illegible] মহাকী মমাগী মচুং শিন্ন প্রেমাগ লৈমিন্নব অমদি তুমীনব [illegible]নি

হকশেকা হকতিন্নবগী য়াখলদদি নংখিদে। মহাকন প্রেমাগী হকচাং কৈদৌনুংদ শোকখিদে। সালগাদোন প্রেমাবু থরাই হকচাং য়াওন লুংশিজরম্মী। অদুবু মতৈ মনাও ওইবগী ঈথক ইরাং পুব লুংশিব অদু ওইখিদে, মমা নীংব মচা অমন মমাদ থব লুংশিবহুনি।

ইমা—লুমিৎ নিনিগী তুংদ সালগাদোন স্কুল চৎথ্রিবৈদ পেমেরান ঐগী য়ুমদ মচানুপী পুরকখি। প্রেমাদগী য়ারি কয়া অমত্তু কংখি। প্রেমান মপুরোইবগী মীতুংশি লৈব, অচুম্ব পাম্ব, অমদি মাবু লুন তৌবিব পুন্নমকসিগী লিপুন্ন মপুরোইববু থরাই হকচাং য়াওন লুংশিজরম্মী। শিরিন মহাক্কী অয়াব য়াওদন অমদি মহাক্ক তান্নমদন করিগুম্ব থবক অমত্ত তৌরমদে। তলব পুন্নমক মাঙোন্দ শিরৈ। মহাক্কী মরম্লাই কাওব প্রেমাদগী অমুক লোই। মথোয় অনী কমুং অমত্তদ তুম্মীরৈ অদুবু অমন অমগী মমাঙদ ফি কোমথোক্লদে। শিরিন প্রেমাদ 'অমমা' হায়ন লুংশিনু কৌই। মহাক্ক পামজব অঙাং অদু মপুরোইবন কংনব হোৎনবিদে হায়রুন প্রেমান শিরিবু খাইনরগে অমদি অতোপ্প নীপা অমদ ময়ুম পাল্লগে হায়ন কৈদৌনুংদ খনখিব লৈতে। মহাক্ক তুম্ব মতমদ শিরিগ হকতিন্নবগী মঙ মঙডি।

হীদাক— পাওতাক পীব ওইন ঐন প্রেমাদ হায়খি, "সেক্স হায়বসি physiological গুম্ব হকচাংতগী ওইব Biological function নি। মসি চাদা নাওদা শক্লোকপগ মরী নৈনবনিন ইশাগীত নত্তন থুন্নাইগীম্মু য়েংব তাবনি। ঐথোয়গী চারগ লাম্ব শব অমদি ঈশিং থক্লগ খোৱাংব কোকপগুম সেক্স অসিগ্নু ওপোজ্জিৎ সেক্স অমগ শম্নগ নীংব থুংগদবনি। অতৈ পুন্সিদগী তোপ তোপ্প ময়াম য়ানরব মওংদ মীওইবন সুপী সুপা তীম্নবগী পথাপ শেম্মী। মসিগী চৎনা পথাপসি তাক্লদুবনি মরমদি চাব থকপ, খোয় হোনব, ঈ চেলহনব, থী, য়ুং কাইব অসিন-চিংবসিদি মী মতোমতন তৌব য়াই অদুবু হকতীমবদদি অতোপ্প মী অমত্তু চঙই। অসিগুম্ব লুহোং খোংদোংবগী পথাপশিং অসি লম, কাংলুপ, ধর্ম্ম অমদি মকম মতমগী মতুং ইন থেক্নে। অসিগুম্ব সেক্সকি মরী লৈমন রাকমসিদ লাই তীনগী ওইব য়াকম করিম্ম চংদে।

শা-শিংখ্রীদি হায়খ্রিব চৎন পথাপ ময়ামসি শেম্নব কৌশিং লৈজদে অহুন মখোয়দ লমচৎ শাজৎকী মকম লৈতে। ঐখোয়ন হৌজিক হীংলিব থুম্নাই অসিদ লুহোংলব নীপা নুপী অনীন হকতীম্নহুন মখোয়গী খোয়াংব কোকহঞ্জব হায়বসি আইম্ন মায়ব ৱাকমনি। অপেনব কংনব হোৎনবদ নীপা নুপী অনীমক্কী চপ মাম্নব হক লৈ।

নহাক্কী নীপান নঙোন্দ শোক্লিংবগী ঈহুন কাওজ্রিবসি মহাক্কী ৱাখলগী অশোয়ব অম লৈবদগীনি, মসি মহাক্কী খঙজদবী মমাহুন পীশক পীক্লিঙৈদগী শোয়হনখিবনি। করিগুম্ব অতোপ্প অঙাংগুম্ন য়োকপীরম্নবদি মহাকসি নহাক্কী ৱা খঙব নপুরোইব ওইজরমগদবনি। মহাক্কী অশোয়ব ৱাখলসি মরু কংন ফুক্তোক্তি মখৈদি নঙোন্দ মহাক্ক লোয়নবী ওইন নুংশিবগী মহুত্ত মমা ওইন অদুমক নুংশিখিগনি। অসিগুম্ব থোদোক অমসু ঐ থেংনথ্রে, মহাকসু ইনাক খুনবী শুশ্রোবী অমগী মচানি। মহাক্ক মশক মতো ফজরবী নুপীমচা অম লুহোংলব মতুংদসু মৌ অনৌবী অহুন কা অমদ তুমহল্লগ মহাকন মমাগ তুন্মী। মরাইবক থীরবী নুপীমচাহু হৌজিক্তি মেণ্টেল হোসপিতালদ লৈথ্রে। নখোয়নিন য়ুম্বাম্মীম্নবদ অশোয়ব লৈরিবসি কোকহনগে কোকহল্লোই পুম্নমক নঙোন্দ লৈ। ঐন নীংশিংলিব ৱাকম থরসি করিগুম্ব নহাকন ঙসিদগী হৌন পাংথোক্লবদি নহাক্কী নীপাগী অরানব ৱাখলহু শোয়দন চুমথোকপ ঙমগনি।

"চহী কয়ামুকসি নহাক্কী নীপান হেঞ্জিল্লকপখক্ত ঙাইহুন নহাক লৈরম্বনি, অহুবু হৌজিক্তি নহাকন হেম্ন থরাই য়াওশিনবগীমুক তাঞ্জা লাক্লে। নহাক্কবু থরাই য়াওরবদি য়াম্ন লায়ব ৱাকমনি, নুপী অমন মাগী মপুরোইবগী মকমদ অসিগুম্ব থবক থর তৌব হায়বসি হেন্দোকন য়ায়ব অমদি কিদমনিঙাই ওইব থবকনি। লোয়নবী অম ওইন নুংসি নহাক্কী হকনি।

মীওই অমদ নুংশি নুংঙনগী ঈথক হৌরনব হায়বসি হকচাংগী ইজ্জি মঙান পাঙথোকই। নহাক্ক অথম্নব ঈয়াং থর তৌবদ নহাক্কী নপুরোইবন নঙবু শোয়দন মিত্তাযক্কনি। অপাংব শা কাওবদ অসিগুম্ব তেক্কিকশিংদি

তৌই। তুক্কম কাদ নহাক্কী নীপাবু ঈথক ইয়াং হৌহন্নব হোৎনদন শেয়ান্নন ইকাই খুম্নব উৎতুন লৈরিবস্থ তৌক্কদবনি। চাওজয়ক্লব মচানীপাগী মমাগুদ মমান কি কোমথোক্ত্রবস্থ, মপুন্নোইবগ চীকথন লৈমিন্নবব মতমদ নুপী অমন কি কোমথোকপদি চপ চাব হৌন লোনচৎনি। নুপীন মপুন্নোইবগ তুমীন্নব মতমদ মমা অমগুম কিন পুম্নয়োম য়োমশিনগদব নত্তে। নুপীন মপুন্নোইবদ হকশোক হকতিন্নবগী য়ারী শাবগী চাওয়ব হক লৈ। নুপীন মহাক্কী মপুন্নোইববু নুংশিন, খৌরাংন, কোনব, চুপ্প নত্রগ করিগুম্ব হকচাংগী মকম অমদ হেক্ক শোকপ, পায়ব য়াবগী হকস্থ চাওন লৈ। অস্থুম তৌরবদি মহাক্ক নহাকপু মমা নত্তে মহাক্কী নুপীনি হায়রবসি জ্ঞান তারকনি। মসিন নহাক্কী নপুন্নোইবগী unconscious mind দগী শেয়ান্নব য়াথলহু শোয়দন কোকখিগনি।"

য়াম্ম মপুক্লিং চঙন য়াকম খয়সি তারগ প্রেমা ময়ুমদ হনব্রে।

১৯৬৪ গী জানুয়ারীদ শিরি সালগাদো অমদি প্রেমান মথোয়গী পীক্লিব মচানীপাহু পুরহুন অনৌব চহী (New year) গী ঐবু উন্নব লাকখি। ঐন মথোয়গী নোয় পেল্লব অঙাংহু ইথান্নুংদ নুংশিন কোনবিব মতমদ হয়াও নুংঙাইব অমদি তৌবিমল খঙব উৎলহুন প্রেমাগী চাইরুংদ শিন্থরক্লিব মপী ঈয়াহু ঐন উব কংখি।

### তরামাথোইশুব তাঙ্কক

# ইসপিরিত মেদিয়ম

১৯৪১ দ অকনাগী ডিষ্ট্রীক জজ্ অমন মহাক্কী শিগ্রবী নুপীগ মশাগী অমদি মহাক্কী ইমুং মনুংগী ওইব কান্নব হৌরম কয়াদ কুইন ৱারি শান্নখি। হায়রিব জজ্ অসি সিমোন রোজ্রিগো কৌই, পানাহুরাদগীনি অহুগ মহাক্কী লৈখিদ্রবী মুপীগী স্পিরিতক পাও কাওনহল্লিব মেডিয়ম অহুন মনিপেগী মিঃ X নি।

মহাক্কী নুংশিজরবি নুপীন লৈখিদ্রবদ রোজ্রিগোগী থম্মোয় শাথীন কায়খি। অরাবসি কোক্কব মহাক্ক স্পিরিচুয়েলিজমগী লাইরিকশিং পাব হৌখি। মতমহুদ অকনা পাব্লিক লাইব্রেরিদ ফংব স্পিরিচুয়েলগী লাইরিক্কগীদি মশাগী লৈজব লাইরিক্ক হেন্ন য়াম্নমগনি। ঐগীস্থ ইশাগী লাইব্রেরিদ হায়রিব মখলসিগী লাইরিক ময়াম অম থম্মনিন ইবানি তোয়ন উম্নখি। শিরব মতুংদ থরাই লৈ, লৈতে, হায়বনচিংবগী মরমদ ইবানি মরৈ য়েংনৈ অমদি থন্ন নৈনৈ। রোজ্রিগোন অঙ্কী মতীক থরাই য়াওন লাইরিক পাষ্ট মহুদি স্প্যিরিচুয়েলিজমগী অইবশিং হায়বদি মিয়রস, সোল সিডরিক, পোডমোর, ওলিভর লোডজ আলেকজেন্দার কেনোন, হেরী প্রাইজ, থাওলেস, অমদি অতৈ অইবনচিংব কয়াগী লাইরিক্কগী মহাক্ক করিগুম্ব থর লৌখত্ন হেক্ক হায়ব ওম্মী। খৃষ্টান অইবশিংন শিব নাইদব থরাইগী মরমদ ইব স্প্যিরিচুয়েলিজমগী লাই-রিকশিংদ থরাই লুপখিবন মশামক বুদ্ধিষ্ট অম ওইবগী "থরাই লৈতে" হায়ব রাখলদ্রু মশাগী ওইন কাওথোকচগ্রে।

হরাও নুংঙাইব— ১৯৪১ গী নভেম্বর তাং ৫ দ ঐগীদ লাক্লগ রোজ্রিগোন ঐঙোন্দ হরাও হরাও কৌরকখি। "অব্রাহম! হৌজিক্কি ঐহাক ঐগী মুপীগ রারি শান্নব য়ারে। পুং ১ চুপ্প মহাক রারি শান্নবে মহুদ মহাক্ক শিজ্রিন্দৈ হান্নহৌদ্রব রাকম কয়ামুকস্নু হায়রকখি। মথংগী নোংমাইজিংদ ইবানি অমুক উম্নগনি, ঐন খঙনিংব রাকক্কথরম্নু হংগে

খল্লি। ৱাহৈ খৱসি হায়বদ মহাক য়ায় ৱান মথম্মোয় পুঙমদন উই মপী তময় তময় শিন্থরকই।

ঙাইহাক চীক্ল লৈরুরব অমদি কোক্কি কপ অম থক্লব তুংদ মপুক্লিং খর ইংথরক্ল্ন ৱারি শাব হৌরকই। মহাক্কী স্পিরিত মেডিয়ম ওইরিব মিঃ X ক করয় উন্নখিব অমদি মহাক্কী মুপীগী স্পিরিতত x কী মতেংন করম্ন পাও তমখিব অসিনচিংব ৱারি কয়ামরুম শারকখি। ঐন মথং নোংমাইজিংদ অমুক উন্নসি হায়রুবদ "নুম্মিৎতুদি ঐগী মুপীদগী শিগ্রবী অক্লব পাও খর' লোগদব লৈ অহুন নুম্মিৎতুদি ঐগী মুপীগ চীক্ল লৈমীম্নরনি।" মহাক্ল হায়রকখি।

মেডিয়ম— ঐহাক মিঃ x ক ১৯৪১ গী নভেম্বর তাং ২২ দ উন্নখি। মিঃ x ন ঐবু উবদ হায়রকই, "অরাম্নদগী ঐন নহাক্কী কোক্কী অকোয়বদ মঙাল অম উই। নহাকসি স্পিরিচুয়েলিজমগী অকব ছাত্রনি অমদি থরাম্মীচাকলোন নৈনবদ থৱাই য়ায় য়াওই হায়ন রোজ্রিগোদগী তাই মসিবু চুমদবরনে?" ঐহাক অতাব মী অমগী শক্লম লৌরগ মহাক্ল ঙাঙলিবহু অহুমক মখা চথহল্লি। ৱাঙাঙ ৱাতাহুন মহাক্কী মরমদ চাওরাকপ অম খঙব ঙমহল্লি। মিঃ x নুঙাই য়াইকব ইমুংদগী হৌরকপনি ধর্ম্মদ থরাই লুপচব মমা মপান খৃষ্টানগী লৈহাওদ মহাকপু য়োকপিরকই। ইউরোপিয়ান মিসন্নরিগী ৱাখল ফিদম চুশিন্নন জকনাগী খৃষ্টান স্কুলদ মহৈ তম্ব হৌরকই। ইনা কৈরা খুনব অমদি লাইরিক হৈব অম ওইবনিন মীন ইকাই খুম্নবি। মতমগী চৎনবী ঙাকপগ লোয়নন খুম্নাইগ অকব মরী শম্মী। হীংবগীদমক্তদি মহাক করিস্থ ৱানিঙাই লৈতে, মহাক্ল অঙাং ওইরিঙৈদ খৃষ্টান প্রিষ্ট ওইগে খনখি অহুবু ময়াম্ব অমন হায় ওইখিবদগী মহাক্কী ৱাখলহু থাদোকখি। মচানুপী অম পোক্লব মতুংদ মহাক্কী মুপী লৈখিদ্রে, মহুদ মহাক ককঙাওনব অম ওইখি। মহাক্ল অতোপ্প মুপী অমমুক খিরবস্থ লৈখিত্রব অহানর নুপীহুদ মহাক্কী মথম্মোয় লুপতুন লৈখি। মিঃ রোজ্রি-গোন তৌবগুম অহানব মুপী লৈখিত্রব তুংদ মিঃ X স্থ স্পিরিচুয়েলিজমদ

থরাই য়াওব হৌরকখি। সাইকিকেল রিছার্স সোসাইতি (লন্দন) গী মেম্বর ওইখি অমদি সোসাইতিহুগী চেকোং থরাই য়াওন পাখি। ইংলন্দগী স্পিরিত কোতোগ্রাফর অমন নথ মহাক্কী শিগ্রব মপুবোক অমদি নুপীগী কোতো মাঙোন্দ লৈ, কোতোহু মখোয়না শিখিব চহী কয়ামুক্কী তুংদ নম্বনি। কোতোহু ইচিং চিংনববস্সু (মানকাত্রবস্সু) মহাক্কী ফুরিৎ কোট মনুংদ হাপ্তনা চেকশিন্না পুই। মতাং চাবদ অতোপ্পা মীদ পুখোক্তুনা হেক্ত উৎলি। মমি শাখিওই তৌব কোতোহু শিগ্রব মখোয় অনীগ মায়দে হায়না মহাক মশামকনস্তু অহুমক হায়জে।

"ইহান হায় ঐহাক্কী নুপীগী স্পিরিতক রারী শাব হৌবসি ১৯৩৪ দনি। মহুগী মতুংদদি তোয়না রারী শায়রে, অক অরুব মতাংদ রা তাথোক তাশিন তৌই। মহাকনা হায়রকপ রাকমশিংহু অয়াম্বন শোয়রবস্সু খরদি কজন চুম্মী। ইচানুপী লুহোংবস্সু ঐহাক্কী নুপীগ তায়রব তুংদ পাওখোকখি। করিগুম্ব মকম অমদি মতম অমদ ঐহাক্কী নুপীগ হেক্ত পাও কাওনবু গুহুগী সাইকিক পরার অহু হৌজিক্তি ঐঙোন্দ লৈরে।" মহাকনা হায়জে।

চাংয়েং— মতাং অসি য়ৌশিল্লকপদ ঐন মহাক্কী নুপীগী স্পিরিতক অমুক্ত পাও কাওনবিয়ু হায়রম্মী। মহুগীদমক অচৌকপ মকম পাম্বন ঐগী লাইব্রেরীদ ইবানি চঙমিন্নরম্মী। থোংনাও পুন্নমক থিংজিন্নে। মহাকনা চৌক্তীদ কয়ে, অহুগ মিনিট খর কক্লাংলোমদ ওনশিন্দুনা শংত্রিক য়েংলম্লগ মুন্থপ্রে। "উম, হৌজিক ঐগী নুপী ময়েক শেংনা উরে। মসিদ লেপ্লে, মসিদ লেপ্লগ ঐঙোন্দ য়েংলি।" ভিকার জেনরেল রেভ কোত্তুরগী ককলাংদ য়াম্লিব লাইফ সাইজ কোতো অহুদ ওনশিল্লগ মিঃ X না হায়রকই। "কক্লাংদ য়াম্লিব কোতোহু উবিব্রা?" ঐন হংঙি। "মকম অসিদ কক্লাং লৈতে। অশংব অতীয়াদ ঐগী নুপীন নোং মরক্ত লেপ্পী, মসিতনি ঐন উরিব।" মহাকনা হায়রকই। ঐন কক্লাংদ চঙশিল্লগ ঐগী লৈখিব্রব পাবুংগী কোতোহুদ পায়রগ, "মসি নঙগী নুপীহুর?" হায়দুনা হংঙি। "চুম্মী, মহু মহাকনি, মাঙোন্দ শোকলুগন্নু, নহাককী অঙাংব

অমদি মিঃ X মখোয় অনীমক মখোয়গী শিঞ্চবী মুপাগী রাখলদ ভাণ্ডয়বনি। মখোয়ন স্পিরিচুয়েলিজম অমদি স্পিরিত মেতেরিয়েল- লাইজেসনগী মরমদ মথয়াই মুপ্ত লাইরিক পাবসিন মরম ওইদুনা "স্পিরিত হায়বসি অহীংব পোৎনি, মখোয়গা রারি শায়ব য়াই।" হায়ব রাকমলি চেৎনা শাজরি। অদুবু নাকল অময়োমদ মখোয়ন করিগুম্ব সাইকিকেল রিছার্স সোসাইতিগী অইবশিং হায়বদি এন্টোনি ক্লিউ, কতনর, সিমোনল, ইডয়ার্ড য়োল্ল, হানসেল, মেককোন, স্পেনসার ব্রাউন, অমদি অতৈ অতোপ্প কয়া অমন তায়োয়ব (Negative) দ ইরিব ময়ামসি পারম্নবদি মখোয়গী লৈখিজ্জব মুপীশিংগী লৈস্নু লৈতব স্পিরিতশিংছুগী খোঙ্‌ল লীবদ মখোয়নিন মতম মাঙলমল্লেইদবনি। অশোয়ব অতৈ লৈত্রবস্নু মিঃ য়োজ্রিগো অমদি মিঃ X মখোয়নিমক স্পিরিচুয়েলিজমদদি অঙাওবগুমই। লম্মী অসিদদি মখোয়নি অপু-নব অমন পুবনি। অসিগুম্ব অপু-নব অমন পুবসি অঙাওবগী হৌরককমনি অয়াম্ব মুংগুক মুংজানব অঙাওবশিংসি লায়োং অম্নুম হৌরক্কই। মিঃ X ন অহাওবদ মঙাল উরিব অমদি ঐগুম্ব ইচম চম্ব মী অমগী কোক- থক্ত লুহুপকুম্ব মঙাল উরিবসি মহাক শাখীব হালুসিনেসনগী কায়দোং ওইরে তাকপনি। মহাকী তবং ময়ংগী রাখল অদুন ঐখোয় পাবুংগী অয়েকপ শক্তম অদুদ মহাককী মুপী ওইন উশিল্লুরিবনি, মাঙোল্দদি কল্লাংগদু উৎ ওনরে। মহাককী রাখলদু অম্নুককী মতীক শেমাম্নরে মহুদি কল্লাংদু অশংব অতিয়া ওয়োকরে অদুগ অয়েকপ লাই অদুবুন লাইরৈবাককী মহাককী মুপী ওইন উত্রে।

নৈনব— স্পিরিতন শুমলাকপনি হায়দুন মহাক্ত তমলিব রাকম, পুম্নমক মহাক্ত খৃষ্টান থাজব অমদি মহুগী লৈহাওদ চাওরকপ অদুগী মমি শেংন তাই। স্পিরিতকী লৈবাক্ত থকপ চাব তৌই হায়বসি যিশু খৃষ্টকি গোস্পেল রারিদগী লৌখোকপ মাল্লি অদুবু লাইনিংলোক্ল- শিংগী মমাংদ অমুক হীংগৎলকখিব অশিব অদুন চাব থক[illegible] করিস্নু পাম্নমদে। করিগুম্ব স্পিরিতশিংসি চাব থকপ তৌরবদি ঐখোয়

রায়োইশিন্দ হায়রগনি মহুদি মখোয়স্ন শিব নাই। হুইসকি অমদি য়ুনচিংব স্পিরিতকী লৈবাক্ত শিজিন্নরিবনিন ঐখোয়গী য়ু লম্লোনব মীওই থরদি শিরব মতুংদগ্নু থবক অহুমক কংলগনি। অতোনব শা ঙাগী স্পিরিত লৈত্তে হায়রসিন্নু মহাককী খৃষ্টানগী মীৎয়েংদ হায়বনি। মহাক করিগুম্ব হীন্দু ওইরম্লবদি বেক্তেরিয়া মহীক কাওবদ স্পিরিতনি হায়রমগদবনি। মিঃ X মশামক্ত শিরগ মাগী মুপীগ অমুক য়ুম্বাম্মীরগনি হায়রিবহু মশাগী ওইব অপাম্বনি। মহুব্ শোয়ত্ত্রবদি মসিমস্নু মহাক্ত নিংশিংগদবনি মহুদি মহাক্ত মীরমলেনসিদ অমুক্তদ মুপী অনী য়ুম্বাল-মীয়ব্বস্নু মহাককী অনীগুব মুপীন শিরব মতুংদদি স্পিরিতকী লৈবাক্ত মহাক শোয়দন মুপী অনীগ পুন্ন লৈমীয়ব তাই।

মহাককী মুপী অমদি মপুবোক, অসিতগ্ন নত্তন মাগুম্ব কয়া অমগী spirit ফোতোনি হায়রিবহু খোক তৌবন মসিন ওইরব ইং-লন্দগী ফোতোগ্রাফার অমন শায়বনি। ফ্রেদ বার্লো অমদি মেজর রামপ্লিং রোস, মখোয়নিন পুন্ন ইমিন্নব "Report on Investiga-tion on Spirit Photography" হায়ব লাইরিক্ত ফোতোগ্রাফার-শিংন মনুংদ শায়রিব চলাক অমদি থোকশিংহু মন্নেক শেংন নৈনহুন ফোংঙ্গ্রবনি।

তাইবংশিদগী চৎগ্রব (শিগ্রব) থরাইশিংন মখোযগী হায়গী চৎনবীশিং হায়বদি চাব থকপ, নুপী নুপা লৌন লৈনব, হায়গী লোন ঙাওব, ফি য়োল শেৎ-ইনবনচিংব তৌই হায়রিবসি Mr. X গ মায়ব অঙাওবশিংগী রাথম্নি।

অশিব হকচাংশিংহুন পুমথগ্রব মতুংদ করম্ব কয়াৎ অমমুক হায়গী হকচাংহুমকক চপ মায়ন করম্ন শেমগৎলককদৌরিবনো ?

অহুন রাবোইশিন্দ্র হায়নিংলিবদি থৌদোকশিং অসিদ শুকশোয় শোয়দন মীওইবগী খুৎ চংই। ইমুংসিগী য়েকনব মীওই অমনদি নত্তে মরমদি য়েক্লবদ পৈশা লংশিনব হায়বসি কয়া চৎনদে।"

"মুমিদাংগী পুং ১১ দগীন অয়ুক্কী পুং ৭ কাওব ভূত থোক্লক্লিবসিন খওহল্লি, মহুদি মতমসিদ ভূত শাম্বিব মীসি তুম্মী। স্পিরিতশিংন পুং ১১ দগী ৭ কাওব পোথাহুন লৈ হায়বসি ঐদি তাথিব লৈত্রি। থোও, থোওনাও পুন্নমক লোনশিল্লব মতুংদগী মুও তারকপসিন খবকসি নহাক্কী ইমুং মনুংগী মীওই অমন তৌবনি খওহল্লি। মহাক্কু জর্মনগী লোন্দ poltergeist হায়নবহুনি।"

ভুত (*Ghost*) — অসিগুম্ব মখলগী ভূত চওবগী থৌদোকসি লৈবাকসিদত নত্তে পৃথিবীগী মকম পুন্নমক্তম্ব থোকই অমদি poltergeist অসিবু অওকপ স্পিরিত মখল অমনি হায়না অয়াম্বন লৌনৈ। অহুবু ঐন নওোন্দ হায়রি, মহুদি- মসি Mysterious নত্রগ spiritual ওইব করিগুম্ব অমত্ত নত্তে। লায় থাজনরিব অসি scientific investigation য়াৎপদগীনি। করিগুম্ব খিজিল হুমজিল্লব scientist অহুন স্পিরিত অমদি mysterious power দ থাজব মীশক ওইরবদি মশান হায়ব ওমদব, খওদব মতাং অম হেক থেংনবদ স্পিরিতননি হায়ন হেক্ক শমজীল্লক্কনি। ভূত, শোয়তানশিংদ ঐন কয়া থাজরুদব অমদি ঐন investigation তৌরিৱৈদ থোদোক্তদ চেন্নব মীহুতদি ফাগে হায়ন লুমহুন লৈবনর খওদে, ঐগী খুত্তগী ভূত শাজিন্নব মী অমত্ত নাম্বোকথিজ্রি। মাইব নত্রগ তিনবু লাইপুবশিংনবু লায়েংলবদি স্পিরিতননি হেক্ক হায়জিল্লী। অস্তুম হায়জিনবদগী মসিগী থাজনবীসি মরা চেৎশিনথিবনি।

রাখল চোইব— পোল্টরগিষ্ট হায়বসি রাখল চোইরব মী অমবুনি। মসিগী mental abnormality অসি লায় থাজবদগী হৌরক্লি। মসি অওাং ওইরিৱৈদ অমদি পুংকক চাওরকপ মতমদম্ব তৌগল্লি। অহুবু অমুকখক্কি মচা অনী গুরবী মৌ অম ঐন থেংনখি।

"মখোয়না নুংশিৎ কাণ্ডলকপ মতমদ শেয়ান তুয়ানগী থবক্তু তৌরবস্থু মখোয়না জ্ঞান তারক্লব মতমদ (ভাগুরিবৈদ) করি তৌগ্রবগে হায়বহু নীংশিংব ওমজদে। Schizophrenic ওইব কিভমদ মখোয়ন তৌরিব-শিংহু Hetoro-Suggestive method ননি। অঙাওব রাখলন তৌরিব থবক্কুশু মীন হেক কাব ওমদনব হায়কেৎ হৈ-শিংন তৌই। Poltergeist অহু হকশ্বেংনন হেক কারবদি মহাক মতুংদ অমুক তৌররোই। ঐন থেংনরকপদ হায়রিব মীওইশিংসি হার্থ শোনব ভাক্ত ওইরম্মী অমদি Hetoro Suggestion তৌহুন হিপনোসিস তৌব য়াই। অসিগুম্ব কিভমদ রাশকহনব হায়বসি অরাইবদি নত্তে।

য়ুম অসিদ লৈরিব poltergeist অসিস্থু নহাক্কী নুপী অমদি পীক্ত পীক্লিব অঙাং অনীসি নত্তন কনাগুম্ব অমনি। ঐন নহাক্কী নুপী খন্দোক-লিবসিগী মরমদি মহাক্ল চাবোকশঙদ লৈগ্রিবৈদস্থু ভূত অহুমক থোকই হায়ন নখোয়ন তম্বগী মতুং ইমনি। ঐদি লৈমীরিব মীওইশিংদ pol-tergeist কনানো হায়বসি পাক হায়দোক্কন্দে মরমদি রাখল শোইন-নাইজরব মীহুদ তুক্কৎচব মীৎয়েংগ লোয়নন তাথি তাওই তৌশিল্লুরবদি মহাক্কী কিভমহু হেন্ন শোকচিনখিগনি। অহুবু নহাক্তি রাখল লৈব মী ওইবনিন নহাক্কী ইমুং মমুংদ লৈরিব poltergeist অহু ঐ পুথোক্কে। নখোয়বু রাহল্লি অমদি শেল থুম তিংহল্লি হায়হুন মাঙোন্দ করিগুম্ব চৈরাক অমত্ত পীবীরোইদবনি। থবকশিংসি মহাক্ল নখোয়বু মাংহন তাকহল্লগে হায়হুন তৌখিব নত্তে। মশা কাওব থঙজদন থবকসি তৌখিবনি। মহাকপু য়াম্ন ইংন তপ্প অমদি নুংশিন লোয়নবিয়ু। "…. মহাক অহুদি নখোয়গী পাওথোক্লোই নুপীমচাসি ওইগনি।"

য়েৎলকপ— ঐন চহী ১৩ গী নুপী মচা অহুবু poltergeist নি হায়ন খওহল্লুব মতমদ মিঃ ইলিজরগী মমান নত্তে হায়হুন কম হেক্ত য়েৎলক্লে। মহাকন হায়রকই, "নুপী মচাসিন ঐগী নাক্ত লৈরিবৈদস্থু নুঙ অহুম থারকই, মসি অমুখক্ত নত্তে।" ইলিজরগী মুপীন অমুক রা-পাওশিল্লকই, "ভসাই নুংথিলমক্তদস্থু নুঙ থারকপদ মহাক্ল লাওরক্লিবনি।"

ঐন মখোয়দ হায়, "নুমিৎ নীনি নীনিদং মীওইশিংসি তোঙান তোঙান লৈনহল্লগ নখোয় নশামকস্থু poltergeist ভু অহুমক খঙবঁ ঙমগনি।" মসি অদোম ওইবিবস্থু য়াই নত্রগ মিঃ ইলিজয় ওইবস্থু য়াই অহুবু ঐন থাজবদি হায়িরিব নুপী মচাসিনি।"

মতাং অসিদ মিঃ ইলিজয়ন হায়রকই, "নুপী মচাসি হয়েংমক মবুংগী মনাক্ত মতম খর লৈহল্ল্রগনি, মহুদমুক য়েংব তারে।"

সুমিদাংগী পুং ৯ তারে, ঐখোয় চৎননব খোয়ক্লে। ঐন কায় ষ্টার্ট তৌবগী তাঙাহুদ নুপীন হায়রকই, "মখোয় ফজন য়ানিংব মান্দে। নুপীমচাহু তোথাইন থমহুন চাংয়েংগদব কাওব মান্দে।" ঐ মীকুপমুক খল্লি, কারদগী অমুক কুমথরে। মিঃ ইলিজয়দ চৌক্রী অনীদং শুমাংদ থাবীয় হায়রম্মী। ঐখোয়নি মমলি মমলি তৌব নাকল অমদ ফমে, অহুগ নুপী মচাহু ঐখোয়গী নাক্ত কৌথোক্লে।

ঐন লৈমাইদ কোয়রক কোয়ব লৈই অম থুদোম্বীন চীংই, মহুগী মনুংদ মহাক লেঙদন লেপহল্লি। ঐন মিনিট খর hetero suggestive talk পীরব তুংদ নুপী মচাহু semi hypnotic state ত লৈত্রে অমদি মহাকন তৌখিব পুন্নমক হায়ব হৌরক্লে। থোদোকশিংহু মহাকননি হায়ব য়াজরে। মহাক্ত লংলিব পৈশাহু কৈথেলদ পোৎ-চৈ লৈবদগী খর খর তুংশিলহৌব অহুনি। মহাকন নুংথিলদ নুঙ খুপ্সিল্লগ টিনদ হাপ্লগ চাকশংগী শিঙ্গৈ মথাদ করম্ন থম্ব, মহুস্থু হায়দোকরকখি।

নোংম য়ুমগী মী পুন্নমক অনৌব পোকপ অঙাংহু য়েংব চৎনগ্রিঙৈদ শুমজিৎ মকোক্ক (ঊগী) মখোয়গী অচৌব হুইজাওহুগী মখোঙদ খোমখি। নুমিৎতুদগী হুইহু মখোঙ শেকখি।

ঐন নুপীমচাহু অসিগুম্ব থবকসি অমুক হয় তৌদনব রাশকহল্লম্মী। হায় তৌখিব অয়ানব অহুগীদমক চৈরাক অমত্ত পীহম্লোই হায়ন ঐনস্থু রাশকখি। ঐখোয় য়ালোলদ অমুক কাখৎলে। ইমুংহুগী মী পুন্নমক খোয়য়াংন ঙাইনরম্মী।

"ঐন হায়বদ মখোয়না খাজদবত্তুদ, ঐন পাময় পায়দনা তুপীমচাসিবু চিংখোক্লবনি। হৌজিক্তি মহাক মশান মথাল পুম্নমক য়াজরে, অহুম্ ঐন নখোয়দ হায়জবি মাঙোন্দা য়াহং অমত্ত হংবিগন্নু অমদি চৈবী ভাংবিগন্নু। মহাকপু তুংশিন লুন লোয়নবিজ্ববদি Cronic hysteria ওইরকপগী চান্স য়ায় লৈ।"

হন্নক্তি মখোয় পুম্নমক মাইথোং মকা লায়ে। "ঐখোয় থুইমাস তুংঙাইনা তৌব য়ায়নিকো, বাবা" মচানুপা অহম্ন হয়াঙনা হংজয়কখি। ঐখোয়সু য়ায় পাক্ল পুং ১০ তাবদ মকমত্তুদগী খোঙশাল্লকখি।

চহী অনী হেল্লব কাওবদ মিঃ ইলিজবগী ইমুংহু চেক মোক লাওদনা তুংঙাইনা পাল্লি।

তরাহুমদোইশুব তাক্কক

## মেদিতেসনগী পামবৈন মঙাল ফংব

"Panadure Controversy and Buddhist Society" হায়ব প্রোফ, আই, জি, হেরাজগী লায় লমজিংব রাহৈশিং অহু ঐদি য়ায় পেন্দে অহুন লেয় থাদোক্লীংদহুন চেলেঞ্জ তৌরি। যোগিক হায়ন খঙনব খুদোংথিনিঙাই ওইরব থাজব মথল অসিবু মমল য়াম্নব রাহৈদ চিংশিন্দুন শীজিন্নরি। Contemplative (মশক নাইব মুর্তি রাখন্ন নীংব) নত্রগ Transcendental (মীরম্নেনগী নত্তর, মীওইবগী রাখল লৌশিংন লাম্ব ফংদবদ নীংব) Meditation তৌরবদি মী অহু মশা মঙাল চাওই, লৌশিং শিংই, অখোয়ব খুভম ফংঙি, মশাবু মশক খঙজৈ, রাখল লৌশিং মপুঙ ফায়, Parapsychic power ফংই, অসিনচিংব ময়াম অম হায়জীল্লিবসি মীয়াম্ব লাম লমজিংনবগী মচাক অমনি। মসি ইউনিভরসিতিগী ওঝা অমন ইরকপ রাকম ওইবন মীয়ামগী পুক্নিংদ হেক্ক চুম্নমগনি হায়ন খনবগী মরম অমসু চাওন লৈ।

মপোকথোক্নী য়াওজরকপ হৈ-শিংব হায়বসিন অমনি। অতৈন ইন্দ্রি মঙান পোৎশকশিংগ থেংন উম্নরুবগী মতুং ইন্ন মীওইবন রাখল লৌশিং ফংনরিবনি হীরি কোনবনদি ফংহল্লকপ নত্তে। মীওইবন পোকপদগী হোন ইন্দ্রি মঙা অসি য়াওরক্রুবদি করিগুম্ব মথলগী রাখল লৌশিং অমত্ত ফংব ঙম্নোই, উপাল রাপালগুম হীংব তাবনি। প্রোফঃ হৈরাজকী রাকমসিন করিগুম্ব চুম্নবদি হায়বদি মেডিতেসন তৌরগ নোলেজ ফংলবদি, ঐখোয়ন লৈপাকসিদ লৈরিব মহৈ তম্ফমশিংসি লোয়ন মুথৎলগ মহুগী মহুত্ত মেডিতেসন সেন্টর লিঙখৎপন হেন্ন ফয়ে লাইরিক লাইশু তম্নব হোৎনবদ অসুক য়াম্ন শেন তিংথোকলুহুন করি কান্নগদগে?

ইন্দ্রিশিংন ওবজেক্তিব পারসেপসনদ খঙলিব অসিগুম্ন সবজেক্তিব পারসেপসনদদি ওইব য়াদে মসিদ চুমদব অমদি শেরাম্নব য়াই। খুদম ওইন সাইকোতিক অমন উরিব অমদি ঙাংলিব ময়ামসি অশেংব ওইনদি লৈব নত্তে, সবজেক্তিব এক্সপিরিয়েন্সশিংনি।

কেমিকেল, ফিজিকেল, বাইওলোজিকেল অমদি সাইকোলো-জিকেলগী ওইব থবকশিংনা মী অমবু অভাওব (Hallucination) শেম্ব য়াই। পুঙ-খান থীংজিনব মন্ত্র শোনজিনব, জগোই শাজিনব অমদি ঈশৈ শকচিনবনচিংব তৌবনস্থু মী অমবু থুক্‌হনব য়াই। হোরমোন চাং লাইদব, হকচাংদ ভিতামিন অমদি Enzyme য়াৎপ, কিগনব, থরাই মুভাইতব, হেত্তেরো হিপনোসিস, অউতো হিপনোসিস, হায়-রিবশিংসিনস্থু য়াথল শোনব মীশিংদদি Hallucination থোকহল্লী।

লেক হাউসকি প্রিন্টিং ডিপার্টমেণ্টত থবক তৌব তামিল মুপা অম ভাওহুন মহাকী সিনহন্সিস মুপীহুন ঐগী ইনাক্ত লাম্নেংনবগী পুরকখি। যোগিক মেডিতেসন তৌরুবদগী ভাওরকখিবনি হায়। হায়রিব নীপাসিন তামিল লোন্দ ইব যোগিক মেডিতেসনগী লাইরিক অম পারুবদ অস্তয় থেংনখি মহুদি "কনাগুম্ব মুপা অমন পদ্মাসন্দ কম্নগ 'ওঁ রিম জয়ামনা শক্তি' হায়ব মন্ত্রসি ১০৭ লক শোল্লবদি মীওইবগী ইন্দ্রিশিংনা লাম্ব কংব্রব পোৎশক উগনি অমদি তুংদ থোক্লরুদবশিং উনব মীৎ অহু পাংলকনি।"

মহাক্ন মন্ত্রসি চাংয়েংনিংলম্মী। নোংমদি অহীংদ কমুং মথক্ত খোংগ্রাই চনহুন কম্নগ "ওঁ রিম জয়ামনা শক্তি, ওঁ রিম জয়ামনা শক্তি" হায়ন মন্ত্রসি থীব হৌরে। (মহাকী মুপিন তম্বগী মতুং ইন্ন) মন্ত্রহু ৫০/৬০ লক্ক থীরবগী তুংদ ইমুংদ "মুরুগা মুরুগা," হায়হুন লাওরগ কোয়চেন চেনব হৌরকখি। অহীং অহুদগী মহাক অভাওব হায়বহু ওইখি। মাইব মাইবি কয়ামুক্ত শেমহুন লাকখি।

লাইয়োন ভীল্লোনগী লাইরিক অয়াম্ব অসিগুম্ব থৌদোকশিংসিন রাই চাইব মথৈ থেংনৈ। চচত, সাই হয়াওবদ, ধর্ম্মগী থবক্ত, পোপ সেসননচিংব থৌদোকশিংদ মীয়ামগী থম্মোয় থ্রুকৎনিভাই ওইব হায়বদি পুং ঝাল খিঙব, মন্ত্র থীব, জগোই শাবা, মোক্টবুং খোংব, ল্যাই তোংশিনবনচীংব তৌই।

মেডিতেসন হায়ন থঙনরিব ধর্ম্মগী থাজনবি অসিনস্থু মীগী থম্মোয়বু তপ তপ ভুমজিল্লি। মেডিতেসন তৌবদ উম্বিব মহাক্ক অহু

মরু ওইবা ধর্ম্মগী থাজবিদগী ওইগনি। খৃষ্টান অমনা মেডিতেসন তৌবদ লাইরেম্বাক্ত জেহোবা-না সনাগী কম্বাল মথক্ত যিশুগ লোয়নবা ঙানখোয়বা অমদি মশা পানবা লাইগী দূত (angel) ময়ামা ঈকোয় কোয়শিন্না ঈশৈ খোঙ্গল তৌদুনা লৈবদু উগনি। অমরোমদা হীনদু অমন মেডিতেসন তৌবা মতমদ মমাংগী মপোক নক্রগ তুংগী মপোক্কী ওইবা মশেন মরাংবা ফিভম ময়ামদু উগনি। L.S.D, Mescalin, গঞ্জা, পেয়োতি অসিনচিংবা শিজিন্নরগনু হায়রিবা ফিভমশিংসিদি ইলাই লাইনা থোকহনবা য়াই।

Transcendental Meditation তৌবদগী Cryptesthesia হায়বা লায়নাসি নাবনু য়াওনৈ। লায়না অসিন নারবা মীদি, মহাক লাইগী মশাল কংলবনি, মহাক্ক পুমখত খঙলবনি, অমদি মহাক্ক হায়বতন পুমচুম চুম্নবনি হায়না মশান লৌজে। রাখল খঙ্গবা ওমদবা অমদি লাইরিক লাইশু হৈতবা মীওইদা করিগুম্বা লায়নাসি নারবদি অঙাওবগ চপ মান্নগনি মাঙোন্দা ঙাংবা শকপসি মনাদ শুকহাপ হাপলোই। নাকল অমরোমদন করিগুম্বা লাইরিক লাইশু হৈবা মীদ থোক্লরবদি মহাক মশান মশাবু পুন্নমক্তগী হেন্না খঙ হৈরবনি, লেঙদবা অচুম্বা খঙল-বনি, মশাল কংলবনি, লাইগ অমত্তা ওইরবনি, মশাবু মশক খঙজরবনি হায়না খঙ্গবগ লোয়নন অসিগুম্বা রাঙাং কয়া অম শীজিন্নদুনা অতাবা শিংবু থাজহনদুনা মহাক্কী তুংইনবা কয়া অম শেমগৎনবনু হোৎনরকনি। ধর্ম্মগী লমজিং পুরেনজাও ওইরিবা অয়াম্বা লাইরিক লাইশু হৈরবা অমদি শিংলবা মীওই ঙাক্তনি অদুবু মখোয়গী রাখলদুদি শেরাম্নরবনি।

নেক্রোতিক ড্রগ থিংবগুম্ন মেডিতেসন অসিনু আইম্না থিংজিন-গদবনি, মরমদি মেডিতেসন্না ড্রগ চাবগুম মীওইবগী রাখল পংথহল্লি। মেডিতেসন তৌবা মতমদ মীহুগী হকচাংদগী মশাল অম থোক্লকই মহু মেডিতেসন তৌরিবা মহাক্তন উই হায়না প্রোফ: হেরাজন হায়রিবসি মথক্তগী রানি। মহাক্ক অমুকন্নু হায় "Rationalist শিংন মখোয়গী

মীৎমাংদ উদব অমদি থোক্লকব পোৎপু থাজদে, হায়রিব মঙালসি মথোয়নদি উরোই অহুন মথোয়ন খণ্ডবিবহু অচুম্ব নত্তে।" করাদ মথোং হুক্তব রাকমনো? ইনক্রা রেড, অলত্রা ভাইওলেত মঙালশিং এতোম, মোলেকুল, ওক্সিজেন, অমদি হায়ড্রোজেনচিংব মীৎন উব কংদব পোৎশকশিংশি Rationalist শিংন লৈতে হায়দে মরমদি সাইন্টিফিক ভেরিফিকেসনদ পোৎশকশিংসি থেংনৈ।

লৌশিংগী মঙাওব থাক য়োরব মী অমন মেডিতেসন তৌরিবৈদ মশাদগী মঙাল অম থোক্লকপ উগনি অহুবু অতোপ্প মীওইনদি হায়রিব মঙালহু উব কংলোয় হায়বসি য়ায় নোক্লিংঙাইনি। মসিদি অঙাওবগী হোসপিতালদ অঙাওব মুপা অমম ডাক্তরহুবু ভাব তাদে হায়হুন চৈবগুম্বনি।

মেডিতেসন তৌরিব মী অমগী মশাদগী মঙাল থোকই হায়বসি ময়েক শেংহন্নবগীদমক প্রোকঃ হেরাজন "Psychic Discoveries behind the Iron Curtain" হায়ব আমেরিকাগী নুপী অনীথক্ত পুন্ন ইব লাইরিক্তদ য়াওরিব ফোতোশিংহুদ থিনহুন তাকই। ওক্লিবদি লাইরিক্তমক্তদ উপালগী মনা অমদি ময়োলগী অকোয়বদ মঙাল থোকই হায়রিবহু মহাক নিংশিংজি। পাম্বীশিংন মশাগী অকোয়বদ মঙাল অম কংনবগীদমক লৌশিংগী থাক মঙা য়োন মেডিতেসন তৌখিবজাৎল? শা ভাগী নত্রগ পাম্বীশিংগী অহীংব তিম্মুশিংদ ইনক্রা রেডকি অকোয়ব মমি অম য়াওরিবসি উবদ সাইনটিষ্টশিংদি ওক্তে। হায়রিব মঙালগী লুহুপ অসি মৈশাগী চাং থেন্নবদগী থোক্লকপনি, লৌশিংগী মঙালন থোকহন্নকপ নত্তে।

মাইল চামরি লাপ্পব অতিয়াদ পুক্লিং অমদ পাও থাদোক থাজিন তৌখি হায়ন তেলিপাথিবু চেৎন থাজবগ লোয়নন প্রোকঃ হেরাজন হায়। নোংথক্ত পাইরিব এরোপ্লেনগ ঈশিংদ চৎলিব submarine telepathy গী মতেংন পাও থাদোক থাজিন য়াগনি হায়ন মহাকন

থাজব কোঙদোকখি। মেডিতেসন তৌরগ তেলিপাথিগী পাক্সল হেনগৎহল্লি হায়নস্থ মহাক্ক হায়। তেলিপাথি হায়বসি মীপুম খুদিংমক্ক হেক্ত চাং য়েংবদ খঙব য়ারবদি করিগীদমক্ক মখোং মরম খঙদব পাও চে নত্রগ লাইরিকশিংদত তাংজহুন লৈগদৌরিবনো? ইশামক তেলি-পাথিগী মরমদ কন্ন থিজিঞ্জিরকই, অহুবু অচুম্ব অমত্ত থেংনজ্রি। Space অমদি Submarine গী য়াদি তোকখিসি হেক থংনব কাদ লৈব মী অমগী পুক্লিংগ পাও কাওনব ঙম্ন কনাগুম্ব মীওই অমতং প্রোফ: হেরাজন পুখোকপীয়! লুপা লাক্ক অমগী challenge থমজরি....।

Parapsychology দ মমিং লৈরব প্রোফ: জে: বি: রিনগী লমজিং মখাদ অরাং কোরোলিনাগী ডিউক ইউনিভর্রসিটিদগী মাইল ১২০০ লাপ্ন মকম, অহুগীম্ব মথক্ত ফুট চা কয়াগী সমুদ্র ইরোম্নংদ চৎলিব এটোমিক সবমেরিন অমদ তেলিপাথিগী মতেংন পাও থাদোক থাজিন তৌখি হায়বগী য়ায়ী অম ১৯৫৯ দ কোঙলকখি। হায়রিব পাওসি, মথং মথং পৃথিবীগী অয়াম্ব পাও চেশিংদ ১৯৬৩ কাওব লেপ্তন কোঙদোক্লরকখি। কায়নথংদ আমেরিকাগী চেকোং *"THIS WEEK"* ন হিরম অসিদ থিজিন হুমজিনবগী থবক লৌখৎখি।

মতমহুগী সবমেরিনগী কেপ্তেন উইলিয়ম আর এন্দরসন-ন দিস রিককী ইডিতরদ মখাগী অসুম হায়খি—

"সবমেরিন অহু মথল মখাগী ওইব অচৌব চাংয়েংশিং য়াওই অহুবু তেলিপাথি চাংয়েং তৌনবগীদি য়াওদে। MS/Pouwels অমদি Bergier ন তেলিপাথি চাংয়েং তৌখি হায়ন পীরিব পাওহু তশেংন অয়ানবনি। মখোয়ন হায়রিব মতমহুদদি সবমেরিন অহু পোর্ট মাওন্টকী হীথাংকমদ লৈরি, অশোয় অঙাম খোক্তনব কন্ন য়েংশিনব লাক্সরি।"

সবমেরিন অহুদ য়াওব U. S. Air force কী কোলোনেল উইলিয়াম বোরার-ন য়েৎনরিবহুগী মরমদ অসুম হায়, "ইশামক য়াওব

খোঙচৎ অসুদু হায়রিব তেক্নিপ্পাশিংগী চাংয়েংগ পাংথোকখিদে । তেলি-পাথিক এক্সপিরিমেন্টকী রিজল্ট য়েংঙি হায়রিব রেসট্রিক্টেড শেক্রেটরি অমদি ঐহাক থবকশু তৌদে । ঐহাক ১৯৫৯ গী জুলাই থাদগী আমেরিকাগী Air University দ থবক তৌরকই, মফমসি Extra Sensory investigation-গ করিস্তু মরী লৈনদে ।"

অসুম This Week ন ESP Submarin গী ৱারী-অমি-অচৌব নমথাক (hoax) নি হায়বদু নাইথ শেংন উৎখ্রে । অদুবু ESPদ লুপ-চরিব প্রোফঃ হেরাজওয়গী রাখক্দগীদি রাকমসি পাক হেক কোকদব মান্দ্রে । ইউনিভরসিটিগী ওঝাশিংন অচুম্ব থৌদোকশিংদুদু ইবিগদবনি রাশেম ৱারী (fiction) গুম্ব হেক্ত পংই ইশিনবিরোইদবনি ।

---

Telepathy—মী অমন করিগুম্ব মথলগী পাম্বৈ (মেছিম্রচিংব) অমত্ত শীজিন্নদন অতোপ্প মীন থল্লীব রাখল্লবু খঙব ওম্ব ।

psychokinesis— করিগুম্ব পোৎশক অমবু হেক্ত লেঙহনব ওম্ব (পায়রুব, শোক্রুব তৌদন) ।

Clarivoyance— করিগুম্ব মকম অমদ থোকপ থৌদোকপু হেক্ত (পাম্বৈ অমত্ত শীজিন্নদন) খঙব ওম্ব ।

Precognition— তুংদ থোক্লকদব থৌদোকী মরম হায় খঙব ওম্ব ।

মিৎ, নাকোং, নাতোন, লৈয়েং অমদি উনশা, হায়রিব ইন্দ্রি মঙা অসিগী মতেং য়াওদন রাখলথক্কন অসিগুম্ব রাকমশিংসি খঙব অমদি তৌব ওম্মী হায়ব রাকমসিদ থাজরিব রাখল্লোন মওংসিবু ESP (Extra Sensori Perception) হায়ন খঙৈ । ESP গী রাখল্লোনসি নোংচুপলোমদ চহী ১০০ গী মমাঙদগী হৌরকখি । [illegible] নৈনরিব মীবু paraspychologist হায়ন খঙৈ । [illegible] অমে-রিকাগী মশক নাইব paraspychologist [illegible]



মশক নাইব অফব
লাইরিক পুথোক্নবগী পান্দম
মথাদ Education (S) ন পীবিব
publication grant কী শেল্হৎন ফোংজব

## নমথাক্কী মায়থুম হাংদোক্লকপদ !

ডাঃ কোভুর পৃথিবীগী মীয়াম্না থোয়দোক্লা শকখঙনরব Rationa-list অমনি। অপং থাজনবী অমদি ধর্ম্মগী মিংদ লৈরিব ফত্তব চৎনবী ময়ামসি মুথৎনবগী লাম্থেংদ মপুন্সি কৎথোকখি। মতীক মগুন চাওরব লাইওইব কয়াগী Supernatural power শিংবু মহাক্না ওইদব নমথাক্কী হায়ন শীংনখি। করিগুম্বা মথোয়গী miracle শিংদু মহাক্কী মমাংদ উৎপ ঙম্লবদি লুপা লাক্ষ ১ গী মনা লৌবীব য়াগনি হায়ন পৃথিবী অসিদ লৈরিব লাইওইব পুম্নমক্কী মায়োক্ত চেলেঞ্জ লাওখি। অদুবু পাক চাওরব মালেম অসিদ মহাক্কী Challenge বু মায়েরাং য়াব ঙম্ব কনাম্বু লৈখিদে

অপং থাজনবীন কুপশিন্দুন লৈরব থুন্নাই অমগী রাথল্লোন—অদুগ হায়রিব রাথল্লোনদুগী খুদোং চাব লৌরগ তীনবু লাইপুবশিংন শান্নরিব থোক মোক, অমদি হায়রিব থোক মোকশিংদু কোভুরন করম্না ফাখিবগে হায়বদু লাইরিকসিগী মন্নুংদ ফোং ফোং শান থেংনবিগনি। লোয়নন Superstition গী চৎনবীশিংবু লুথাককোমদ লাক্কুন হুন্দোকপ ঙম্বগী থৌনাদু লাইরিকসিদগী শোয়দন ফংবিগনি।

লুপা : ৩০/-